# নেলসন মন্ডেলা



অইবা ঃ

**নাওরেম গন্ধার**

ফোংজবী ঃ—
নাওরেম সুমীতা দেবী
ককচিং বাজার।

অহানবা ফোংবা ঃ—
অক্টোবর ২, ১৯৮৭ ইং,




কোপী— ৫০০

মখুমগী দিজাইন ঃ—
ক্ষেত্রিঃ ইবোয়াইমা সিংহ
ককচিং।

মমল ঃ— লুপা ১৫°০০

নম্ফম ঃ—
দি লিলা সিংহ মেমোরিয়েল প্রেস,
ককচিং বাজার, মণিপুর।



"ঐ পুন্সি চেঙজেন লৈরিঙৈ মনুংসিদা ঐ ইছামক আফ্রিকান মীয়ামগী লাঞ্জংসিদা কৎথোকচরে। ঐ অঙোবা অমদি অমুবা অনিগী শাসন মায়োক্তা লাম্ফেংনখে। ঐগী থম্মোয়দা চেৎনা থমজবা ফিদম অমদি গনতান্ত্রিক অমসুং নিংতম্বা সমাজ অমা লৈবা হায়বসিন ... ... ... অসিগুম্বা পান্দম অসিগীদমক ঐ হিংবা অমদি থবক পাংথোকপা পাম্মী। তঙাই ফদনা দরকার লৈরবাদি ফিদম অসিগীদমক ঐহাক থরাই কৎথোক্রবগীদমক শেম শারে।"

# ৱাহৈদোক

অচৌবা পান্দম অমগীদমক্তনি, শান্তিগী মীফম। লিংখৎনরি মরুপ ওইবগী সংস্থান কয়াগ্ মালেম শিনবা থুংনা, শিবা কিদনা হোৎনরি মীওইবা সমাজবু হিংহন্নবা অকিবা লৈতনা, নিংতম্না। শান্তি, মীয়ুংশিগী ৱাফমনি, থাজনবগী, অমগা অমগা। লালদি, মীয়ুংশি ৱাৎনরকপা লৈবাক অমগা অমগা থাজবা থম্নবা ঙম্নরক্তবদগী থোকপনি। শান্তি থমসি হায়বগী থোল্লাওস্থ লেপ্পা লৈতে অমরোমদা শান্তি থুগাইবা য়াবা মালেমসিবু তরানিপাল্লক হন্না মাংহনবা ঙম্বা লালগী খুৎলাই কয়া পৈশিন্দুনা থম্নবগী ৱাফমস্থ লৈরি। তমথিরবা প্রোপেগন্দাগী লাল্লোং, মীচং খোম্নবগী থৌশিল, মরাল শীনবগী চোকথবা নাইত্রবা ৱাহৈগী লাল নোংমতা কাংদে। অতুম ওইনমক শক্তি লৈরবা লৈবাক খুদিংমক্তা য়ানরিবা ৱাফম অমদি— "নিউক্লিয়ার লাল শোক্লহৈদে, মসিদা কনাগীস্থ মাইপাকপা লৈরোই।" অতুনদি নিউক্লিয়ার খুৎলাই শাবা লেপ্পবগী থোল্লাও লেপ্পা য়ারোই, হৌরবস্থ হৌত্রবস্থ তিনশিনখিনবা শান্তি পামজবা মীয়ামগী খোঞ্জেল্লক্তা।

চহি খুদিং, অতুক হাক্তা কুইত্রিবা মতমদগী হৌনা মতমচানা পাংথোকই হিরোশিমা নাগাশাকীদা এটোম বোম থাদখিবগী নিংশিং যুমিৎ, আগষ্ট ৬ অমস্থং ৯ লোয়ননা শান্তিগী সভা। শক্লাইরবা লুচিংবশিং, ভারতকী মপান্দা ফমথিবা শান্তি মীফম কয়াদা শরুক য়ারুরবা দিলিগেৎ কয়াগী পুক্লিং হুরবা পাওদম মীয়ামদা তাহল্লি। অতিয়া মচুগী ফিরাল য়েক্লি মথক্তা পৃথিবী মেপ নিংতম্না পাইরিবা খুমুগী মুক্তি পৃথিবীগী শান্তি সংস্থানগী মুংশিরবা ফিরালনি। ফিরাল

অসিগী মখাদা লিংখৎখিবা সংস্থান অমনি, ওল ইণ্ডিয়া পিস এণ্ড সোলিদারিটি ওর্গানাইজেসন ককচিং, কাংলুপ খুদিং শুনা য়াওবা, পীজরিবা শান্তিগী পাওজেল লমদমসিদা। মীনা শিংথাবিবা শিংথা-বীদবা থোইনা নাচুংলুদে। মতম হেক য়োৌরকপগা ঐখোয় মেম্বর খরনা কোইচেন চেন্দুনা পৈশা খরা খায়না, খরা নি তৌরগা হেক্তা পাংথোকপনি শান্তি সভা ইবুধৌ নাওহনলাই লম্পাক্তা।

সংস্থান অসিগী মতেংদগী ঐহাক ৱার্লড পিস কংগ্রেস, ডেনমার্কী কোন্নুং কোপেনহেগেন্দা অন্তরজাতিগী শান্তি চহিগা মরী লৈননা পাংথোকখিবা মীফমদা ইণ্ডিয়াগী দিলিগেৎ অমা ওইনা য়াওজবা ফংজখি। মীফম অদু ১৯৮৬, ওক্তোবর ১৫ দগী ১৯ ফাওবা চৎথখিবনি।

মীফমদুগী নিনি চনবা নুমিত্তগী টোপিক সেণ্টর ৭ খায়দোক্তুনা শান্তিগা মরী লৈননা বিষয় কয়ামুক পুথোক্লগা খন্নবা হোই। বিষয়শিং অদুগী মনুংদা ঐনা য়ান্না পামজনা য়াওখিবা সেণ্টরশিংদি দিস-আর্মামেণ্ট অমসুং পিস এণ্ড হ্যুমেন রাইটস অসিনি। এফ্রো এসি-য়ান লৈবাকশিংগী দিলিগেৎনা মশীং য়াম্না হেন্না তিনবা সেণ্টরশিংনি। মরু ওইনা পিস এণ্ড হ্যুমেন রাইটস নৈনবা সেণ্টরদা আফ্রিকান লৈবাকশিংগী দিলিগেৎশিংনা ইচং থৌনা জ্যাৎ-কুচু খায়বা খা আফ্রিকা সরকারবু নিন্দা তৌবা অমসুং সরকারদুগী মখাদা মী মিলিয়ন কয়া হিংবগী আধিকার ফংহন্দনা ৱানা মীওৎ-মীনৈ খাঙখিবা শক্তমশিং মরিক চুম্না পাওদমখি। মখোয়না শক্তি লৈরবা লৈবাকশিংদা খা আফ্রিকা সরকারগী মায়োক্তা অর্থনিতিগী লমদা অথিংবা থম্মীনবা আপিল তৌখি। মখোয়গী আপিল অদুনা দিলিগেৎ খুদিংমক খা আফ্রিকান মীয়ামগী মরক্তা খঙহৌদনা পুশিনখিবগুম তৌখি। মখোয়না নিংতম্বা অমসুং মান্নবা রাজনিতিগী আধিকার ফংনিংবগী কয়াদা ইখৌ লাংথ্রবা!

খুদক্তা থেন্নবা ঐগী রাখলনা লামশিল্লুই ভারতনা চহি কুন্থ্রামাপন নিংতম্মা, জাং ধর্ম্ম খায়দনা, গনতান্ত্রিক সমাজবাদকী লম্বীদা খোঙদারকপগী মুংঙাইরবা মতম। অসি ফাওবদা রাজনিতিগী লুচিংবা কয়ানদি নিংতম্বগী মহৈ ফজনা ফংহনবা ঙমদ্রি, লোয়ননা গনতন্ত্রগী শক্তি অমসুং কান্নবা মীওই খরগী থুত্তা লৈখ্রে হায়বগী দোষ পীনরি। অসিনদি জাং-কুচুদা য়ুম্ফম ওইবা প্রেটোরিয়া শাসনগী মথাদা হিংলিবা কুচু মুবা আফ্রিকানশিংগী ফিভম খল্লুবদা অকীবগী মশক ওইরগনি।

রাখল অসিনা ঐবু খা আফ্রিকা মীয়ামগী রাজনিতি পুন্সি মরু ওইনা মখোয়গী লুচিংবা নেলসন মন্দেলাগী পুন্সি ৱারী খঙনিংবনা লাংতক্লহনখি। ঐগা থংননা ফম্লিবা নাইজেরিয়ান দিলিগেৎ অমদগী নেলসন মন্দেলাগী পুন্সি ৱারী নৈনবা লাইরিক অমতং সজেস্ট তৌবীয়ু হায়জকুবদা মহাক্না তাকপীরকখি মতুংদি মেরী বেনসন্না ইবা লাইরিক 'নেলসন মন্দেলা' পাবা কান্নগনি হায়না। লাইবক ফবদগী লাইরিক্তু মোস্কোদগী হল্লকপদা নিউ দিল্লি ইন্টরনেসনেল ইয়ার-পোর্টতগী লৈবা ফংখি।

লাইরিক অসি চাওরাকপা অমা পারবা তুংদা মৈতৈলোন্দা অমুক ইথোক্কুনা খা আফ্রিকা মীয়ামগী সমশ্যা অমসুং নেলসন মন্দেলাগী পুন্সি ৱারী লমদমসিগী নহারোল, ছাত্র-ছাত্রি অমদি সধারন প্রজাবু পাহন্নিংখি। অপাম্বসি লৈবদগী শোন শোন্না হোৎ-নজহুনা ঙসি পুথোকচরিবা লাইরিক অসি মৈতৈলোন্দা ইবা হৌজখিবনি। মেরী বেনসনগী লাইরিক অসি নেলসন মন্দেলাগী পুন্সি ৱারী য়াক্না কুপ্না নৈমবা ওথোরিটি লৈবা লাইরিক্নি লামায় ২৬৮ পানবা, চেপ্তর ১৬ থোক্না খায়দোক্পা। কেরেক্টর অমসুং সংস্থান মন্দেলাগী পুন্সিগা মরি লৈনরবসি ওন্থোক্না য়ামগ্রে।

মশানা ইন্টরভিউ তৌরগা লৌখিবা মন্দেলাগী স্টেটমেন্ট কয়া ক্লাস বেক নমুনাদা পুথোক্লুনা ফজনা তাকই। পুন্নমকসি শুনা য়াওনবা মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা হায়বসি ঐঙোন্দা য়াম্না ৱানা থোকখি। মরম অসিদগী মহাক্কী পুন্সি ৱারীদি কায়হন্দনা অমসুং মহাক্না চথরকখিবা আন্দোলন কয়াদা য়াম্না নক্কনা থবক তৌমিন্নখিবা মীওইশিং অমসুং সংস্থানশিংগী থৱথক্কুপী মরমদা শয়ম্না। ৱারী ওইনা মন্দেলানা 'লাইফ ইম্প্রিজনমেন্ট' (পুন্সিচুপ্পা জেল) গী দণ্ড ফংখিবা তাঙ্কক ফাওবদমক ইজবনি। মীগী অমদি লমগী মিং ইছাগী ওইবা খোঙ্গোক্তা ইজুরে।

লাইরিক অসি ইনবা হোৎনজবদা শ্রীবীরমঙ্গল সিংহ জোইণ্ট সেক্রেটরি, রাইটর্স এসোসিয়েসন, ককচিং অমসুং শ্রীলেখক, সেক্রেটরি আইপসো, ককচিংনা পুক্নিং থৌগৎপীরকখি। মসিগী-দমক ইবুংঙোশিংবু থাগৎচরি।

লোইননা 'লাইরিক ফোঙবা মরুপ্না' শেলগী মতেং পীবিরকপা হায়নিঙাই নৈতনা হরাওজে অমসুং তৌবীমল খঙবা উৎচরি। মখাগী মীওইশিং অসিনা পৈশা ওইনা অমদি চে ওইনা তেংবাং-বীরকপগীদমক শিংবা ঙম্নরোইদবা লম্মন অমা তোনশিল্লবনি।

১। শ্রীৱাই, মৈনো সিংহ লাংমৈদোং, - চে রিম অনি।

২। শ্রীএম, শরতচন্দ্র সিংহ পি, আর, ও, - চে রিম অমা।

৩। ময়াংলম্বম কামিনি দেবী ককচিং বাজার, - লুপা ৩০০্।

লাইরিক অসি অকক্নবা মতম অমগী মন্নুংদা নম্বীহুনা মতম চানা ফোঙদোকপা ঙম্নবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবীখিবা 'লিলা সিংহ প্রেস' কী প্রোপ্রাইটর অমসুং অতৈ থবক তৌবীরিবা ইচিল-ইনাওশিংদা তৌবীমল খঙবা উৎচরি।

য়াম্না শেংলবা নুমিৎসিদা ঐগী মমল য়াওজ্রবা লাইরিক মচা অসি পুথোকপা ঙমজবা, ঈশ্বরগী থৌজাললনি। মীওইবা জাতিবু লুনা-চান্না তৌবীরম্বা, শান্তিগী পাওখোল্লোই, ভারত জাতিগী লমজিংবীরম্বা রাষ্ট্রপিতা মহাত্মা গান্ধীজিগী মপোক নুমিৎসিদা মশামক্লা খোঙদাবীরম্বা খা আফ্রিকা অমসুং জাৎ-কুচু থায়বা সরকারগী মীওৎ-মীনৈদা রানা খাঙজরবা মীয়ামগী য়াইফনবগীদমক খোঙ্জেল অমত্তা ওইনা লাওরসি— "নিংতমহল্লো: নেলসন মন্দেলা, থাদোকপীরো: নেলসন মন্দেলা, নেলসন মন্দেলা: নিংতমহল্লো।"

ককচিং, ইরাই
তাং ২।১০।৮৭ ইং,

—নাওরেম গম্ভীর
ককচিং বাজার।

# নেলসন মন্দেলা



## ১বা পন্দুপ

চীঙতুম মচা মচাশিংগী মরক্তা লৈবা লৈহাও চেল্লবা তম্পাক্কী লমনি ট্রান্সকী রিজার্ভ। মুৱাসে তুরেলনা কোনবা চুজাক লৌবুক অমদি পুক্লিং হুরবা শঙ্গাবুঙনা পাক-শন্না শন্দোকখ্রি, নোংপোক পাংনা ভারত মহাসাগর তন্না। তান্না উরি, অঙৌবা খাঙপোকশঙশিং, ইমুং-মনুং লৈফম (ক্রাল) মথং মথং। মহৌশা লাইরেম্বীনা চেকশিন্না শেম-শারবা পুক্লিং হুরবা লমদম অসিদা মরৈবাক মজাতি মুংশিবগী অকনবা থম্মোই চেনবা তাঙলবা মীওইপোক অমখক্কী রাখল চান্না লিংখি, মরা তাখি। মহাক অদো নেলসন মন্দেলানি— নেলসন রোলিহ্‌লাহ্‌লা মন্দেলা। কুন্নু হায়না খঙনবা খুঙ্গংগী সহর ওইনতৌবা উমটাটাগী মনাক্তা জুলাই ১৮ ইং, ১৯১৮ দা পোকখি। অপোকপগী মিং হেনরী মন্দেলা কৌই। থেম্বু শাগৈগী নিংথৌ কোনগী নক্লবা ইমুং-মনুংগী মীশক অমা ওইবনা ধারাগী চৎনবী হৌন-লোনচৎ তুংইন্না দায়িত্ব লৈবা মীশক অমা ওইরনবা ফজনা নাওয়োকলকখিবনি। লোয়ননা নিংথৌগী রায়েল বিচারদা তেংবাংনবা শেম্বা সভাগী মকোকসু ওইরম্মী। অহানবা পৃথিবী লাঙ্গাওদা নিংথৌগা লোয়ননা খা-নোংচুপ আফ্রিকাদা জর্ম্মনগী মায়োক্তা থৌনা ফনা লাম্ছেংনখি। তুরোনবা মীনি হেনরী মন্দেলা, মুপী মরিগী মপুরোইবনি। নেলসন

মন্দেলাবু পোকপী মমাগী মিংদি নোনকাকী খ্বাইনদি নোসেকিনী হায়রগন্সু খঙনৈ। ফজবা অমদি অকনবা লমচং চৎপীনি। মীনা পাক হেক হেঞ্জিনবা য়াদবীনি। মতম অতুদা ট্রান্সকী লমদমশিংগীতা ওইবা অফ-ফত্ত কয়া য়েংশিন্নবা অমদি প্রেটোরিয়া শাসন্দা পাওতাক পীনবা জেনেরেল কাউন্সিল অমখক লৈরম্মী। কাউন্সিল অদু— "বুঙ্গা" হায়না খঙনৈ। আফ্রিকান অমদি ইউরোপিয়ান পুন্না য়াওবা সভানি। হেনরী মন্দেলাসু সভাদুদা য়াওরম্মী।

কুনুদা লৈরিঙৈগী পুন্সিদি য়াম্না চম্বা মপানগী ইরাং চংদবা খুঙ্গংগী পুন্সিনি। মচেমশিংগা লোয়ননা ষণ শেনবা নুত্তিগী চৎলি। হামেং-য়াওনচিংবা য়োকপা য়াম্না মরুওইবা ইমুং-মনুংগী থবক্লি। নেলসন মন্দেলাগীদমক্তদি লো খোইৎগী থবকসু য়াওরম্মী। অঙাং ওইরিঙৈদগী অকল-অথৌগী থবক্তা পুক্নিং লুপ্লম্মী অমসুং থৌনা ফনা পুন্সিগী চাংয়েং কয়া থেংনবা পাম্লকখি। মহাক্কী চহি লেঙ্গাগী অঙাংশিংদি নুংথিলদা চেন-চোংহুনা শান্নরুবা অমদি ষণশেন-ষণঙাক চৎলুবগী অৱা পোথাহুনা নুমিদাং ঙম্না য়াহিপ তাল্লি। নেলসন মন্দেলাদি নুমিৎ খুদিং অহল ওইরবা কাংলুপ কাংলুপকী অমদি জাতি জাতিগী মীওইশিংনা লমহাংদা মৈজাও থাহুনা মৈতিকপা অমসুং মখোয়না হৌগ্রবা নুংঙাইরবা মতম কয়াগী মরুওইনা অঙৌবা জাতিনা লাকত্রিঙৈ মতমগী ৱারী লিনবত্থু থৱায় য়াওনা তাহুনা অহিং মিংশেল খাঙলম্মী। ৱারীশিং অসিনা মহাক্কী তুংগী রাজনিতি পুন্সি অমা শাগৎপদা অচৌবা লমজিং ওইখি। তত্তনা কাওবা লৈতনা শোঞ্জখিবা ৱারী অমদি—

"মতম অতুদা ঐখোয়গী মীয়াম প্রজানা কয়াদা হরাও-তয়াম্না চীক্না হিংজরম্বা, মখোয়গী নিংথৌ, মখোয়গী মন্ত্রি সভা কয়াদা গনতন্ত্রিক ওইরমগ্রবা, পুন্সিদা থাজবা থমহুনা লৈবাক্কী মফম অমদগী মফম অমদা নিংতম্না চৎথোক-চৎশিন তৌবা ঙম্লম্মী। মতম অদুদদি

অসিগুম্বা দেশ অসি ইছাগী ইরৈবাক ওইজরম্মীদো ……………।
লৈহাও চেল্লবা লম, নিংথিজরবা মমল য়াম্লবা জঙ্গল, তুরেল, অৱাংপা
কৌবদা লৈতবী খনি কয়ানিদো লৈরোল মুংদা। ওইরম্মীদো
মতমদো ইনাক খুনবী ফজবদা মপা লৈত্রবী, মীখা পোন্দবী পোক্লফম
লমদম। ঐখোয় ইছানা লৈঙাক শাসন লিংলম্মী। খোঙমী লাম্মী
ঐখোয়না খুর্জি পায়জরম্মী। লল্লোন ইতিক্কী হিরম কয়ামুকসু
ঐখোয়না শিল-লাংজরম্মী। খুল খুলগী সেনাপতি খুল্লাকপশিংনা
থৌনা ফনা মরৈবাক কম্নবা শোক্লখিবা লানফমশিং, মতুদা পুন্সি
পোম্বা ওইখিবা লুচিংবশিংগী ৱারী আফ্রিকা জাতি খুদিংমক্কী চাও-
থোক্লনফম ওইরবা কাওঙম্লরোইদবা থৌদোক ঙাক্তনা থল্লি।”

মিশন স্কুল তম্লিবৈ মতমদা অঙকপা সংসার অমগা শকখঙনখি।
ইতিহাসকী লাইরিক খুদিংদা অঙৌবা জাতিশিংবু থৌনা ফবশিঙদা
চলহনবা অতুগা কুচু মুবা জাতিবুনা শাহিং-ঙাহিং চাবা, ৱণ হুৱানবা
মীওই হায়না শিংথাবা। অঙাং ওইজরবসু নেলসন মন্দেলাগী থম্মোয়না
মতু খক খাঙবা ঙমখিদে, থম্মোয় কায়খি। তম্লিবা লাইরিকশিংতু
মমুৎ তানা নৈনগে খনখি। অচুম অৱানগী বিচার চঙখোন্না শাগৎনবা
হোৎনখি। লাইরিক লাইশু তম্বদা পুক্লিং চংখি। স্কুল কাবদা
মপানা শেৎলম্বা খোংগ্রাও অচোনবা শেমদোক্লগা শেৎলি। মতুগী-
দমক মহাক ময়ামগী নোক্লফম ওইরম্মী, মহাক্লদি মখোয়বু খক
ধৌশাবীরমদে।

স্কুলদগী কুম্লকপগা য়ুমদসু মতম অরেম্বদা খক মাঙহল্লমদে।
মুমিৎ খুদিং ইকুই কুইদনা থোকখিবা থৌদোক কয়া নিংশিংনবা হোৎনৈ,
লোইননা ইতিহাস পাতুনা নৈনবা লেপ্পা লৈতে। মতৌ করম্না
জেনেরেল ইসম্যুটনা ১৯২১দা নোংপোক থংবা ক্যেপ টাউন্দা নিপা,
মুপী অঙাং পুম্না মী ১৬৩ মীমুংশি খঙদনা হাৎখিবা। অমুকসু

দোগ টেক্স থীবা ঙমদবগীদমক খা-নোংচুপ আফ্রিকাদা এরোপ্লেন্দগী বোম থাদখিবা। নিংশিংলুবা খুদিং মহাক্কী থম্মোয়দা অৱাবগী চৈনা অমা ফাওখি।

শোক ১৯৩০ দা হেনরী মন্দেলা অকনবা অনাবা অমদগী মশাগী ফিভম য়াম্না শোকচিনখি। পুন্সিগী অরোইবা পুংফম লাক্লগনি খঙজবুনা পারামাউন্ট চিফ (জাতিগী নিংথৌ) কৌতুনা মহাক্কী অমতা ঙাইজরবা মচানিপা নেলসন মন্দেলাবু শিন্নবীরম্মী। শিন্নবা মতমদা অসুম্না ফোংদোকচরম্মী— "ইচানিপা অসি নহাক্কী ননাই ওইনা শিন্নজরবনি। অমত্তা ঙায়বা ইচানিপানি। মহাক্না মচেমশিংদা অমদি মহাক্কী মরুপ-মপাংশিংগা ৱারী শান্নবা তাবদগী ঐনা হায়বা ঙম্মী মতুদি মঙোন্দা মজাতিবু মুংশিবা অমদি শেমগৎ-শাগৎনিংবগী অকনবা ইন্নুন অমা লৈ। নহাক্না চানবীতুনা মাবু অসিগুম্বা অমা ওইরগা ফগনি খনবীবা মঙংতুদা শেঙ্গীয়ু। মহৈ-মশিং চঙখোন্না তঙ্গীয়ু, মতুনা নহাক্কী তুংইনবা অমা ওইবদা মতিক চাজনবা।" হেনরী মন্দেলানা পামজবশিংতু পারামাউন্ট চিফনা য়াবীরম্মী।

মপা লৈখিদ্রবা মতুং মশাগী চহি ১২ দা নেলসন মন্দেলা নিংথৌগী লৈফম মেককেজ ৱেনিদা লৈরম্মী। মচে মাবেলনা মুংশিনা শোঙখি— "হৌজিক্কি নিংথৌনা মাগীদমক ফজ ফজবা শেৎন-চানবা ফি-রোল থোনবীরগনি, অতুগা ইপ্পা অসিসু মী অমা ওইজবা ঙম্লগনি।" মশাগী চহি ১৬ শুবা মতমদা নেলসন মন্দেলা লাইমিং লৌনবা থৌরাং তৌরম্মী। মহাক্কী মমান্নবা নিপামচা কয়ামুক্কা লোয়ননা চীঙদা চয়োল কয়া লৈমিন্নরম্মী। জাতিগী চৎনবী মতুংইন্না মায়দা অঙৌবা মচু তৈশিল্লি অতুগা মশা পুম্বনা অশংবা উনা নাপীনা কুপশিনবা ফিজোল শেৎলম্মী। মথক থোংবা অহলশিংনা লমজিং-লগা ধর্ম্মগী ওইবা থৌরম কয়া পাংথোকখি। লোয়ননা পাথং

ওইরকপগী হৌনবী শাজং-লিচং অমদি জাতিগী সভা কয়াদা মেম্বর অমা ওইবগী চংদবা য়াদবা গুণশিং লৈননবা অকনবা শিক্ষা পীরম্মী। মতম অসি নেলসন মন্দেলা ক্লাকব্যুরিদা ট্রেনিং কলেজ অমগী ছাত্র ওইরি।

ছুটিগী মতনদা নেলসন মন্দেলা রায়েল লোয়শঙদা নিংথৌনা মাগী মখা তাবা চিফশিংনা থাঙ্গৎলকপা কেশ খুদিংমক্কী বিচার তৌবদু পুক্লিং চংনা তাশিল্লম্মী। খা-আফ্রিকাগী সরকারনা জাতি জাতিগী ওইনা পাল্লিবা নিংথৌশিং ময়ামগী শক্তি ডম্না লৌথোকগ্রবসু পারা-মাউণ্ট চিফ অদুদি মীয়ামগী সনমান ফংবগা লোইননা শক্তি খরদি পায়শিন্দুনা থম্বা ঙম্মী। অতৈ নিংথৌশিংদি মনিংতগী ওইবা অঙৌবা সাহেবশিংগী ত্তলব পীরগা থম্বা সরকারগী থবক তৌবা অমগুম্না শিজিন্নরম্মী। কেশকী মরম কয়া চৎথরকপদা বাদি বীবাদি অমদি শাক্ষিশিংগী জবান লৌবা অদুগা মমৈথংদা নিংথৌনা মাগী সভাগা তানরগা পীবা রায়, নেলসন্দদি য়াম্না মুংঙাইরবা পুক্লিদা নৌনা থেংনবা জ্ঞানগী ওইবা থৌদোক অমা ওইখি। মহা ওইরিবা নেলসন্না উকিল অমা ওইগে খনখি। ত্তশেংবদি মহাক জাতিগী মকোক থোংবা অমা ওইরনবগীদমক শেম্বী শাবীরিবনি। মদু মহাক্কদি খঙলমদে।

শোক ১৮৫৪ দগী আফ্রিকাগী লন-থুম পায়বা, ক্যেপকী নোংপোক থংবা ট্রান্সকী অমসুং সিস্কী য়াওনা, অয়াম্বা মীওইশিং সধারন ভোটর লিষ্টা য়াওরম্মী। মসি মিশন্নরীশিংনা নোংচুপ-লোমগী মহৈ-মশিং তম্বীবগী থবকসি তোঙান তোঙানবা জাতিশিংদা পাক শন্না শন্দোরকপগী মহৈনি। মন্দেলাগী মপুবোক ঙ্বেংসুকানা মিশনরিশিংদা স্কুল শান্নবগীদমক লম দান তৌরম্মী। মহৈ-মশিং তম্বনা নাগরিক অধিকার ফংনবগী অচৌবা উপাই অমনি হায়না আফ্রিকানশিংবু থাজহল্লম্মী। অদুবু বৃটিশনা পানবা কিম্বরলিদা

শোক ১৮৬৭ তা হিরা মণি-মুক্তানচিংবা পুথোকখিবা অদুগী তুংদা শোক ১৮৮৬ তা ট্রানাভালগী বোরর রিপব্লিক্তা সনাগী খনি কয়া পুথোকপদগী খা আফ্রিকাগী মকম কয়ামুক খুৎ-শা হৈবশিংগী লাঙ্গুংদা থক-খা ওনবা হৌরকখি। ইউরোপকী মীতোপ অরেপ্পা লৈতনা চেনশিল্লকখি লোইননা অহোংবা লেবর মশীং লাকওমদনা পাম্লরকখি। টেক্স থীবগী পোৎলুম পুবদা বাজরবা অমসুং হান্না লৈজরম্বা লৌ ইশ্লোল যুমদাংলবা লান্দাবশিংনা ওয়া মুনবীখ্রবা উপায় লৈজদ্রবা আফ্রিকানশিং হিংনবগীদমক তওাই ফদনা খনিশিংদা থবক শুবা তাখি। মতম অসি লৌমী-শিন্মীশিংগীতা ওইবা অমুবা জাতিগী কাংলুপ অমা শাগৎনবগী তাঙ্গা অমদি ওইখি। হান্ননা আফ্রিকাশিংগী রিজার্ভ এরিয়া ওইনা থম্লম্বা ট্রান্সকী অমসুং সিস্কী হৌজিক্তি মপান্দগী লাকপা মীতোপ কুলিশিংগী লৈফম ওইখ্রে। বোররশিং অসিসু বৃটিশনা শাসন তৌবা ক্যেপতগী শোক ১৯৩০ দা চেল্লকপনি। মখোয় ডটচ, হুগনোট অমসুং জর্মন্দগী হৌরকপা খা আফ্রিকানশিংনি।

শোক ১৯৩০ গী ময়াইরাইদা নেলসন মন্দেলা মহাক্কী মেট্রিকুলেসন পরিক্ষা পিনবা হিল্ড টাউন্দা লেম-শারম্মী। মতম অদু রাজনিতিগী অকনবা ঈথিলনা খা-আফ্রিবাদা ছাত্রশিংগী পুক্নিং য়াম্না লাংতক্লখিবা মতমনি। লাইরিক তম্বা অমদি পরিক্ষাগী রাখল কয়া চংলমদে। খা আফ্রিকা অপুম্বা রাজনিতিগী অনৌবা রাখল অসিনা অকনবা শফু অমা পীরম্মী, মরুওইনা ক্যেপ আফ্রিকানশিংদা।

নেলসন মন্দেলা জাতি অনিদুগী মরক্তা থোকখিবা থোদোক অদুগী ইতিহাস কুপ্না নৈনখি অমসুং সিভিল রারনা কয়াদা তমথিগ্রবা য়েক শরৌশিং শন্দুনা থম্লম্বগে হায়রবদু খওবা ওমখি। অওোবা জাতিশিং অদুগী মরক্তা থৎন-চৈনবা, য়েংথিনবা লৈরবসু অমুবা জাতিনা শিওনরকপদি মখোয় মশেল অমত্তা ওইনা হেক্তা পুনশিন্নখি।

মসিগী খুদমদি শোক ১৯১০ দা বৃটিশনা আফ্রিকা লিদরশিং, ধর্ম্মগী মকোকশিং অমদি লিবরেলশিংনা পাক-শন্না অঙৌবা সাহেবশিংগী মায়োক্তা য়ানিংদবা কয়া উৎখিবত্থু ইরাই-লাইনা নমথখিবা অত্তুনি। লোইননা খা আফ্রিকাগী কুচু মুবা জাতিশিংগী মথক্তা মশীং য়ামদবা অঙৌবা জাতিনা শাসন তৌখিবত্থু পনবা য়াই।

অমুক হন্না শোক ১৯৩৬ তা আফ্রিকানগী অপুনবা ওপোজিসন কাংবু— রাজনিতি, ধর্ম্ম, সমাজ অমস্তুং অতৈ অতোপ্পা কাংবুগী মীওইশিং য়াওবা ওল আফ্রিকান কনভেনসনগী মখাদা ঈহৌ অমা মান্নবা নাগরিক অধিকার ফংনবগীদমক হৌখি। ক্যেপ টাউনগী অঙৌবশিংগী পার্লিয়ামেন্টনা কুচু মুবা ভোটরশিং সাধারন লিষ্টতগী লৌথোক্নবা ভোট ১৬৯ না ১১ গী মায়োক্তা পীত্তুনা পাস তৌখি। ক্যেপ সহরদা লৈবা আফ্রিকানশিং অসিখকতনি খা আফ্রিকা পুম্বগী মনুংদা ভোট থাদবা য়াবগী খুদোংচাবা ফংহল্লিবা অত্তুবু হৌজিক্তি মখোয় ভোট পীবা য়াবগী অধিকার লৌথোকখ্রগা স্থুপ্পগী তোঙানবা লিষ্ট অমদা নেটিভ রিপ্রজেন্টেটিভ অত্তুমথক খন্নবগীদা মত্তুস্থু অঙৌবা মীত্তুৎ অমস্তুং অঙৌবা সিনেট মেম্বর মরিখক খন্ননবগীদমক্তা য়াওহনখি।

খ্বাইদগী হেন্না তম্নখিবা অঙৌবা জাতিশিংগী মীওৎ-মীনৈদি ক্যেপ সহরদা লৈবা কুচু মুবা প্রজা খুদিংমক ট্রান্সভাল নাটাল অমদি ফ্রি ওরেঞ্জ ষ্টেটতা তৌবগুম্না পাস য়াওদনা লৈবা য়াবদগী আইন চংনহনবা অত্তুনি। শোক ১৯১০ দগী হৌরত্তুনা অসিগুম্বা মাং কুচু খায়বগী আইন চংনহনবসি ৩৬ লক শুপ্রবনি। অসিগুম্বা তুকচরবা আইন অসিনা খা আফ্রিকাদা লৈবা মীয়ামগী চংথোক চংশিন তৌখদা অথিংবা কয়া পীখি। আইন অসিগী মতুংইন্না আফ্রিকা মচা অমতনা পাস য়াওদনা মশাগী পোক্লকম লমদম

ওইরবস্সু নিংতম্না চৎথোক-চৎশিন তৌবা য়াহল্লমদে। পাস পায়ৎরবদি থবক শুবগী খুদোংচাবস্সু ফংহল্লমদে। কনাগুম্বনা পাস উৎপা ঙমদ্রবদি ফাইন তৌই নত্রগা কৈশুম শঙদা থমজিল্লি। অসিগুম্বা মী ওৎপা আইনগী মায়োক্তা খজিক্কুং য়ানিংদবা পেন্দম্বা উৎলুবা আফ্রিকানশিংবু ফারগা পুলিসনা য়াম্না তম্থিবা মওংদা ওৎ-নৈবী। তশেংনা হায়রবদা জঙ্গলদা লৈবা শা-ঙাদা চৎকদবা শাজৎ-লিচৎ আফ্রিকানশিংগী মথক্তা চৎলম্মী। তং-তাবা পুন্সি অমা লৈজবদা চংদবা য়াদ্রবা আফ্রিকান খুদিংনা মুংশিনা লুনা খঙবা 'লম' অরেপ্পা লৈতনা অঙৌবশিংনা লুট তৌখ্রে। নেটিভ লেণ্ড এক্ট ১৯১৩ গী মতুংইন্না অপুনবা লমগী চাম্মদা তরানিথোই থক্তমক আফ্রিকান মিলিয়ন ৮ গী ওইরম্মী। লেমহৌরিবা লম হায়বদি ৮৮% দি মিলিয়ন অনিথক্তা ঙায়বা অঙৌবা জাতিশিংগী ওইহনখি।

মথোং হুকত্রবা আইনশিং অসিনা মরম ওইদুনা আফ্রিকান খুদিংগী থম্মোইদা পেন্দবগী মৈরি চাওনা চাকখৎলকখি। লৈবাক শিনবা থুংনা শাসন পায়রিবা অঙৌবশিংগী মায়োক্তা আন্দোলন চংশিনবা হৌরকখি। ঈহৌ অসিনা স্কুল কলেজদা তম্লিবা ছাত্রশিংগী পুক্নিংদা মজাতি মরমদম্সু মুংশিবগী থাখল কনখৎহনবা ঙমখি। মতম অসি নেলসন মন্দেলা ফোর্ট হারে কলেজদা বিঃ এঃ তম্লি। কলেজ অসি নোংপোক থংবা ক্যেপ সহরদা শ্যোক ১৯১৬ তা লিংখৎখিবনি। থৌনা, লিংজেল অমদি বুদ্ধি ফবা খা আফ্রিকানশিংদা নত্তনা সেণ্ট্রেল আফ্রিকাগী লুচিংবা কয়াগী লাইরিক তম্ফম ওইখি। ফোর্ট হারে কলেজদা তম্লিঙৈ মতমদা নেলসন মন্দেলা য়াম্না চান্নজরবা মরূপ অমা ফংখি। মরূপ অদুগী মিং ওলিভর টম্বু কৌই। নেলসন মন্দেলাদগী চহি অমা হল্লি। মহাকস্সু ট্রান্সকী রিজার্ভতগীনি পোন্দু-লেণ্ডা লৈবা লৌমী অমগী মচানি। অহানবদা লৈকাইগী ইংলিস স্কুল অমদা লাইরিক তম্বা হৌখি। মতুগী তুংদা জোহান্নেসবর্গগী

সেন্ট পিটর স্কুলদা স্নেকেওরি থাক ফাওবা তমখি। সেন্ট পিটরদা তম্নিণ্ডৈদা ওলিভর টম্বু খ্বাইনা শকখঙনবা অকবা ছাত্র অমা ওইখি। শোক ১৯৩৮ দা মেট্রিকুলেসন পরিক্ষা ফাষ্ট ক্লাসতা পাস তৌখি লোইননা ট্রান্সকী বুঙ্গানা মঙোম্দা স্কোলার সিপ পীদুনা ফোর্ট হারে কলেজদা সাইন্সকী বিষয় লৌদুনা দিগ্রি তমহনখি।

শকখঙনবা হোৌরকপা মতমদা ওলিভর টম্বুনা নেলসন মন্দেলাবু করম্বা মীশক্নো হায়বদু মথন্তা কুপ্না য়েংশিনখি। মহাক্কী মত্ত মতুংইন্না নেলসন মন্দেলা খঙ্জিক্কুং হায়বদা খঙগনবা, ইকাইবা নংহনবা য়াদবা মীয়াম্না খ্বাইদগী শকখঙবা মবুক ফবা মীশক অমনি। মখোয় অনি কলেজদা মরুপ ওইনা লৈমিন্নবগী মতম খঙহৌদনা তেনশিনখি। মরমদি নেলসন মন্দেলা মতমদুগী ছাত্র মীহুৎনা শেম্বা কাউন্সিল মেম্বরনি। অদুগুম্বা কাউন্সিল অদুগী শক্তি কলেজ ওথোরিটিশিংনা মতম চাদনা লৌথোকখি। মদুদা পেন্দবা উৎপা ওইনা ক্লাস বোইকোট তৌনবগী শিল-লাংবদা নেলসন মন্দেলা অচৌবা থৌদাং লৌখি। অসুম্না ছাত্র ইরাং হৌনবা শিনবা য়াওই হায়বগী মরাল শিরদুনা ওথোরিটিনা নেলসন মন্দেলাগা লোইননা কাউন্সিলগী ছাত্র কয়ামুক কলেজদগী তান্থোকখি।

মেককেজরেনিদা হল্লক্কুনা য়ুমদা অমুক লৈরে। পারামাউন্ট চিফ (নিংথৌ) না অদুগুম্বা ছাত্রগী ইরাং য়াওদনবা অমসুং বোই কোট তৌবগী ৱারেপ অদু ইন্দবা, মদুগী মহুত্তা লাইরিক-লাইশু থৱাই য়াওনা তমদুনা কলেজ ওথোরিটিনা হায়বা ইন্নবা থেম্লম্মী। পুক্নিংদা য়াম্না লাংতক্কবা অমসুং পোল্লেপকম খঙদবা মতম্নি। নিংথৌ পারামাউন্ট চিফনা হায়বা খুদিং ইল্লসিন্না হায়না খনবা মীকুপ য়াওখি। অদুবু থাজদবা থৌদোক অমনা নিংথৌনা য়াশিন্নবা শিনবা থৌরাংদগী নান্থোকপা ঙমখি। নৎলমদ্রবদি নেলসন মন্দেলাগী পুক্নি খোঙচত্তা

অহোংবা অমা লৈরম্মোই। ৱাফম অসি মহাক্কী ওইরকখিবা পুন্সিগী তান্নক অমা নিংশিংবদা পনখি— "ঐগী ইপা শন্নবা গার্জিয়ান পারামাউন্ট চিফনা ঐগী লুহোংনবা থৌরাং অমা তৌখি। মহাক্না ঐবু লুনা চান্না তৌবী। অপোকপা ইপামক্না খনবীবদগী য়াম্না হেল্লি। অতুম ওইনমক মহাক গনতন্ত্রিক ওইবদি খরা ৱাংলি। ঐগী য়ুম পানবগী ৱাফম অসি ইছাগী অপাম পামদা তানফম থোকপনি। মতু মহাক তৌখিদে। মহাক্কী খুৎশিনা অমা হেক্তা শক-চু য়েংদনা মশা নোয়রবী মুপী মচা অমা খনখিবনি। মুপী মমল (লোবোলা) নচিংবা পীতুনা লুহোংনবগী থৌরাং লোইখ্রে।"

নংহৌরোই মতাগুম লাংবা লুহোংবগী থৌরাং অসিনা নেলসন মন্দেলাদা ইঙ্কিং অমা ফাওহনখি। মতুদি মহাক য়ুম-কৈ পানহল্লগা পারামাউন্ট চিফকী মখাদা চিফ টেনসিপ অমা পীতুনা ৱায়েল থৌদাগী দায়িত্ব পুহনগদৌরি। লুহোংবা পামদবদগী চিফ টেনসিপ ওইনিংদবনা অমুক্তা হেনখ্রে। মহাক্না খনখি— "হান্ননা য়াম্না ওৎপী নৈবীরবা মীওই প্রজাশিংবু অমুক্তা হন্না মখোয়গী মথক্তা পাল্লবগী করি অর্থ লৈরিবগে?" ৱাখল অসিমক্তনা মরম ওইরতুনা নেলসন মন্দেলা মশাগী চহি ২২ শুবদা নিংথৌকোলগী পুন্সি থাদোক্লগা জোহান্সে-সবর্গতা চেনখি।

——

## ২শুবা পন্দুপ

সহরগী মতাই খুঙ্গংগী লমশিং ফাওহনা চেনবা বস অমা তোংলগা লাকখি, মথংদা ট্রেন তোংলগা। **'Non Europeans'**, 'ইউরোপ মচা নত্তবশিংগী' হায়না থাবা ডব্বা অমদা কাখৎলকখি। অৱাং পাংনা নাটাল ফাওদোক্তুনা ট্রান্সভাল তারকখি। নাপু মচুগী লৈপাক ময়াম খনিদগী তৌথোক্লগা পৈহনা থম্বা থেংনরে। খরা অমুক চংথরগা 'সনাগী সহর' হায়রগা খঙনবা ইগোলি সহরগী ময়াদা থৌজিল্লক্লে। সহর অদু য়োৱকপদা নেলসন মন্দেলা ইনৌ নৌবা সংসার অমদা ইখঙ খঙহৌদনা ইম্বরম্বগুম থোকখ্রে। সহর অদুগী মফম খুদিংমক্তা হাঙনা লম মরাং কায়না অঙৌবা কাংবুগী য়ুম-কৈ য়াম্না চাওখৎপা মওংদা লিংলি। অমরোমদা পাৱী-পুৱীদগী লৈরক্লবা আফ্রিকানশিং অপীকপা খাংপোকশঙ ঙাক্তগী ওইবা, অমোং অকায়, ফত্ত-হৌদিনা থল্লবা মৈ থান্দবা লম্বী নিংথি মুংঙাইনা লৈতবা মফম অমদা কৃক কৃক ইন্নবা লৈহল্লি। মরক মরক্তা পুলিসনা লান্দাহনা পাস য়াওদনা অমদি য়ু থকপা মী ফারগা শাথিনা ফু-চৈবী। ইমুং-মনুং লৈজবশিংদু তোখাই তাহল্লি, অত্যচার তৌই। হাৎন-শুনবগী ঘটনা য়াম্না তোয়শিল্লকখি। মসি জাৎ কুচু খায়বা শাসনগী মখাদা হিংজৱিবা আফ্রিকানশিংগী অশেংবা পুক্সি শক্তম-শিংনি। য়েংহৈদ্রবা শক্তমশিং অসিনা নেলসন মন্দেলাদা অনৌবা রাজনিতিগী শিক্ষা পীবা হৌখি।

অঙাং ওইরিঙৈদগী য়াম্না ইকাই খুম্ননা মশাগী ইজ্জৎ ঙাক্লা হিংলকখিবা নেলসন মন্দেলা হৌজিক্তি সহরগী হিংনবগী লানফম কম্বীথক্তা ওন-থোইনা খাঙবা তারে। অহানবমক্তদা য়াম্না থুনা

থবক অমা ফংনবা খিখি, খ্বাইদগী খোয়দাজবনা খনিদা থবক শুবনি। ক্রাউন খনিদা পুলিসমেন ওইনা, মতুংদা কেরানিগী থবক্তা প্রোমোসন ফংলকপা য়াই খন্দুনা থবক তৌবা হৌই। অমুক্তা শিল্মীগী গেট ঙাকপা ওইখি। অরুম্বা অচৌবা চৈ অমা পায়রগা হুইশেল অমগা য়ানশিন্দুনা কুচু মুবা থবক শুবশিংগী য়ুম-কৈ ঙাক-শেনখি। মহাক্না পুলিসমেন ওইনা থবক তৌরিঙৈ মতমসিদা পারামাউন্ট চিফনা অরোনবা মী থাত্তুনা নেলসন মন্দেলাগী খোঙ্গুল লিরকখি। মহাক্কী লৈফম খঙখিগদৌরে চিংনরত্তুনা অঙোম্বা মফম অমদা অমুক চেন্নবা হোৎনখি।

জোহান্নেসবর্গকী অরাং নোংপোক চীদাইদা লৈবা সহর অলেক-জেন্দ্রাদা চেন্দুনা লৈরে। হায়ফেৎ খঙনখিবগুম তৌবা আফ্রিকান অমনা বালটর সিস্লু কৌবা কনাগুম্বা মীশক অমগা উন্নরবদি মঙোম্গী য়াম্না কান্নবা ফংগনি হায়না নেলসন মন্দেলাদা শেংখাংননা নিংশিং-লকখি। সিস্লু নেলসন মন্দেলাদগী য়াম্না হনবা মীতানি ট্রান্সকী রিজার্ভতা লৈবা। মজাতিগী ওইবা নাৎ অমস্তুং ধর্ম্মদা য়াম্না হকচিন্না থাজবা মীশক্নি। মহাক খনিদা মাইল কয়া কয়া য়োংপাক, বিরাচান্দ পায়তুনা লৈন্নুংদা থবক শুগ্রবা মীওইনি। অঙাং ওইরিঙৈদনা অঙৌবা সাহেবশিংগী চাকথোংবা, মৎংদা ফেক্টরিশিংদা থবক শুবা য়াওখি। চুমদবা শাজৎকীদমক্তা মাগী মকোক থোংবশিংগা তত্তুনা খৎনৈ। অঙৌবা ইমুং-মনুংগী ফিগু-ফিজাম তৌবী মমাগী নাক্তা লৈরগা চে চৎনত্তুনা জুনিয়ার সার্টিফিকেৎ পাস তৌনবা নিংহন্নদনা হোৎনবা উইন কনবা অতাঙবা মীনি।

নেলসন মন্দেলাগা উনবা মতমদা বালটর সিস্লু মশাগী ওইবা লম অমদা এজেন্সি ওইরম্মী। মশাগী লমদা থবক তৌবনিনা কুচু মুবা কাঙবুনা মহাক্কীদা চংথোক-চঙশিন তৌবদা য়াম্না

খুদোং চায়। থিজ্জনা সিস্তুলুনা খুল্লানলকপা মীনৌ অতুদা পাউগু অনি থাদা পীতুনা থবক পীখি।

নোংমা নেলসন মন্দেলানা মহাক্কী অঙাং ওইরিঙৈদগী পাজরকপা আইন তম্বগী ব্রাকমতু সিস্তুলুদা ফোংদোকখি। মহৈ-মশিং তম্বরু থৌগৎপা পামজবা সিস্তুলুনা ব্রাকমতুদা য়াখি। শেল থুমগী মতেং পীখি। অহানবদা চে চৎনরগা বিঃ এঃ দিগ্রি লোইশিনহনখি। গ্রেজুয়েৎ অমা ওইরকপগী হরাওবা ফোংদোকপা পার্টিগী অমদি অনৌবা স্যুট অমা লৈননবা নেলসনদা লোন পীখি। লোয়ননা অঙৌবা উকিলশিং খরগা শক খঙনহনখি। মখোয়দগী নেলসন মন্দেলা উকিল অমা ওইবগী নিয়ম, থবকনচিংবা তম্বা হৌখি। অশংবা মতমদা লো তম্বস্থু হৌখি ব্রুইটরার্টর্সরেন্দ ইউনিভরসিটিদা।

আলেকজেন্দ্রাদা লৈরিঙৈ মতমসি নেলসন মন্দেলা ইউরো-পিয়ান মচাশিংগা হকথেংনননা মায়োক্নবা তাখি। মরমদি মহাক অঙৌবশিংগীদমক্তা মখোয়গা লোয়ননা থবক শুবা মী ওইরবনি। মহাক্না ওফিসতা চংলকপগা সেনিয়ার টাইপিষ্ট অতুনা তৌগে মতা-গুম শন্দোক্লা তাক্লম্মী— "য়েংউ নেলসন ঐখোয়গী মফমসিদদি জাৎ কুচু খায়বগী চৎনবী লৈত্রে। চা পুবা অঙাংতু লাকপা মতমদা নংস্থু চংশিল্লগা ট্রেদগী চা কপ অমা হেক্তা লৌবা য়ারে। ঐখোয়না অনৌবা কপ অনি লৈরুরবনি নংগী অমা অতুগা গৌর-গী অমা। মতু নখোয়গী শিজিন্নবনি। গৌরদস্থু তম্মু, চেকশিল্লু মহাক য়াম্না শাথিবনি।"

গৌর রাদেবী কেরানীগী থবক তৌবনি, ফার্মতুদা। রাজ-নিতিগী মীয়েংদা হায়রগদি মহাক রেদিকেলনি। নেলসন্না মঙোন্দা অনৌবা কপশিংতুগী মরমদা নিংশিংলুবদা মহাক্না খুম্নকখি— "নং মুম্না য়েংতুনা লৈয়ু, ঐনা তৌবতুমক নং তৌগদবনি।" চা পুশিল্লকপগা

রাদেবীনা তৌগে মতাগুম অনৌবা কপশিংতু খৌশাদনা হান্নগী অরিবা কপতু লৌরগা থরুম্মী। নেলসনদি মহাক্না অমদি টাই-পিষ্ট অতুগা খংননিংদবদগী চা থক্তবা শাশিন্নতুনা লৌখিদে।

নোংমন্তু অতোপ্পা টাইপিষ্ট অমনা নেলসনদা পাখোল শী-রকখি। য়াম্না নোকনিংবা অঙৌবশিংগী অচাওরম কাবা অমদি অপংবা ফুদোকপগী খৌদোক্নি। অঙৌবা ক্লাইন্ট অমা চংলকখি উকিল তানবা করিগুম্বা কেশ অমগী। মতমতুদা নেলসন ড্রাফত অমা দিক্টেসন তৌরগা টাইপিষ্ট অতুবু নমহনবনি। ক্লাইন্ট অতুগী মমাংদা নেলসন্না মঙোন্দগী মথক থোংবনি হায়বতু উৎনিংদে। ফুরিং-খাউদগী পেনি তরুকথক লৌথোক্লগা খৌদারকখি— "নেলসন নং ঐগীদমক কেমিষ্টতগী সেমপু অমতা লৌরুচো।" মখোয়গী হৌনবী মপাম্বোংগী অচাওরম কাবগী সোতু নেলসন্না অপং খৌনা অমদি নোক্লিংবা শাজংনি খনখি।

নেলসন মন্দেলা ছাত্র ওইনা ওইনা এভলিন কৌবী শক-চু চংখোনবী রাঙাং তপ্পী সিটি ডিপ মাইন হোসপিটালগী নর্স অমগা লুহোংলম্মী। নেলসনগী পীফম থোকপা ফী মুপীতুনা পুকচেল চাওনা পুথোক্লম্মী অমসুং ওরলেন্দো হায়বা সহরদা য়ুম-কৈ নিংথিনা শেম শাখি। ওরলেন্দো, জোহান্নেসবর্গতগী খা-নোংচুপলোমদা মাইল তরামুক চংলগা লৈবা মৈথেং উপু মান্না শাবা য়ুম কয়ামুক লৈবা ইকং কংবা সহরনি। সহর অসি মমৈথংদদি সোরেটো হায়না খঙনখি। নক্লনা লৈবনি সিস্তুলুস্থ মাগী মুপী নর্স অলবর্টিনাগা লোয়ননা। মতম অতুদা ওলিভর তম্বু সেন্ট পিটরগী ওজা অমা ওইনা জোহান্নেসবর্গদা থুংলখি।

মতম ওহাক ওহাক্নী ওইনা লো তম্বসি নেলসনদা অরাবা অমা ওইখি। অশাংবা ট্রেনগী খোঙচৎ অমসুং পুং ১১ গী কার্ফিউ থেংনবা তাবনা লাইরিক তম্বদা অকায়বা পীখি। মহাক্না থবক

তৌরিবা ফার্মগী পার্টনর জিউ অচুনদি নেলসনবু উকিল অমা ওইহন-নিংথি অমসুং মঙোন্দা রাজনিতিগী রাখল তৌদনবা পাওতাক পীখি। নেলসননা ৱাফমতুদা য়ানিংখিদে। মহাক্না থেম্বু শাগেগী মীচম ওইবদগী আফ্রিকান জাতিয়াবদ অমা ওইবনা হেন্না পানজখি। ঙাইঙমখিদে আফ্রিকান নেসনেল কংগ্রেসকী থবক্তা পুক্নিং চংবা হৌখি। ৱালটর সিসুলুদি হান্নবা সংস্থানসিগী মেম্বর ওইগ্রবনি। মহাক্না ওলিভর টম্বু অমসুং নেলসন অনিবু অমুবা জাতিশিংগী ওইবা সংস্থানসিগীদমক থৌনা ফনা থাজবগা লোয়ননা অন্না-অনা খাঙমিন্নবা পুক্নিং থৌগৎলম্মী। মতম থরদি এঃ এনঃ সিঃ গী ঈহৌসি মরায় চায়থরুরে। শোক ১৯৪২ দা সংস্থানগী মেম্বর থরা পার্টি অসিদগী থৈদোক্লুনা চংনখি অচুগা আফ্রিকান দিমোক্রেটিভ পার্টি হায়না দোল অমা শেমখি। ওলিভর টম্বু, নেলসন অমসুং সিসুলু মরুপ অহুমসিদি নহারোল ভলুন্টিয়ারশিংগা লোইননা কংগ্রেস অসিগী থবক কনখৎনবা হোৎনচুনা ইতিহাসিক ওইরবা কাংলুপ অমা ওইনা লৈখি।

আফ্রিকান নেসনেল কংগ্রেস হৌগৎলকপা মতমদদি সাউথ আফ্রিকান নেটিভ নেসনেল কংগ্রেস (SANNC) হায়না কৌরম্মী। ১৯১২ গী জনুয়ারি তাং ৮ দা লিংখৎখিবনি। পিক্সলি সিমে কৌবা কলম্বিয়া ইউনিভরসিটিদগী ইনস ওফ কোর্ট তম্বা লোইরবা উকিল অসিগী লীচিং মখাদা নহা ওইরিবা উকিল মরিখক্না লোইননা ব্লোয়েম-ফোন্টেন্দা কনফরেন্স অমা কৌখি। মীফমতুগী পান্দমদি জাতি জাতিগী অথুবা মীয়েং থাদোক্লুনা রাজনিতিগী হেন্না পাকচাওবা মীয়েংদা কাংলুপ কাংলুপকী মীওইশিং অমতা ওইনা পুনশিনবা অসিনি। অঙকপা যৌদোক অমা ওইখি। "ঐখোয় অমতনি" হায়বা কনফরেন্সকী স্লোগান মখাদা জাতিগী লুচিংবশিং, রাজনিতি সংস্থানশিং, মন্ত্রিশিং, ওজা, জর্ণেলিষ্ট অমসুং উকিলশিং অমতা ওইনা পুনখি। থা আফ্রিকাগীদা নত্তনা বৃটিশকী লম বেচুয়ানা, বাসতুলেণ্ড

অমস্থং স্বাজিলেণ্ডনচিংবদগী মীহুৎ কয়ামুক য়াওখি। মখোয়না জাং, কুচু, লোন অমস্থং পোক্লফমগী খেন্নবা কয়ামুক কাওথোক্লখি। মীয়াম্না ইকায় খুম্নবা এহুকেসম্নিষ্ট জোহন দুবেবু প্রসিদেন্ট জেনেরেল, সিমেনা ট্রেজরর মশা মথন্তা হোৎনজহুনা খবর কাগজগী ইডিটর অমস্থং উপন্যাসকার ওইরবা সোল প্লাটজেবু সেক্রেটরি জেনেরেল খনখি। সংস্থান অসি আমেরিকান কংগ্রেস অমস্থং বৃটিশ পার্লিয়ামেণ্টকী নমুনা মতুংইন্না শেমখিবনি। মরু ওইখিবা পান্দমশিংদি মহৈ-মশিং তম্বদা, পার্লিয়ামেণ্টকী মীহুৎ খনবদা, খুৎ-শা হৈবগী থবক্তা অমস্থং শাসন্দা জাং কুচু খায়বগী চৎনবীহু লৌথোক্লবা আন্দলোন চংশিনবা হায়বসিনি।

এঃ এনঃ সিঃ হৌগৎলকপগী লুচিংবশিং আফ্রিকান জাতিগী ভাক ওইরবস্থ মখোয় অঙৌবা জাতিশিংবু য়েক্লবনি হায়না খনবদি ঙম-খিদে। অহুম ওইনমক চহি তরামুক্কী তুংদদি জাং কুচু খায়বগী থৌশিল পুন্নমক য়াদবা হায়বা ব্রাফমসিদগী নাথৈহুনা খক চংখিদ্রে। অহানবা ওইনা য়াম্না চীংলেম্বা সভা ফম্বদা জোক্লাগী ঈশৈ ইবা ইনোক সোন-তোংঙাগী ***"Nkosi Sikelel i Afrika"*** 'ঈশ্বরনা আফ্রিকাবু থৌজানবীরে' **(*Lord Bless Africa*)**, হায়বা ময়েক অসি শক্তুনা লাইশোল থৌরম পাংথোকখি। এঃ এনঃ সিঃ গী জাতি ঈশৈ ওইখি লোইননা আফ্রিকান অমুবা জাতিশিংগী লৈবাক নিংবা ঈশৈ ওইনা শক শোন্নখি। শোক ১৯৬০ গী অহুবাইদদি হায়রিবা ঈশৈসি নৌনা নিংতম্লকখিবা আফ্রিকান ষ্টেটশিংগী জাতিগী ঈশৈ ওইনা লৌ-শিন্নখি। এঃ এনঃ সিংগী জাতিগী ফিরালদি— অমুবা মচু মীয়ামগীদমক, অশংবা মচু, লমগীদমক অমস্থং সনাগী মচু মচাক মরলগীদমক, শোক ১৯২৫ দগী চৎনরকখি।

---

# তশুবা পন্দুপ

চুম্‌দবা থৌশিল কয়াগী মায়োক্তা পেন্দবা ফোংদোকপগী সভা যাত্রা, মিটিং অমসুং ব্রাকৎ চে পীশিনবা শান্তি ওইবা মওংদা মথং মথং চংশিল্লকখি। মপান লমগী শেল থাদবা কাংবুনা য়াম্না হোংনা ফংবা লেবরগী খুদোংচাবা লৌতুনা খুং-শা হৈবগী শিনফম পাক শন্না লিংখংলকপা মত.ম্ন। অমুবা থবক শুবা কাংবুগী অশুমন হিংবা ঙম্বা থাক্তগী য়াম্না হম্বনা পীরম্মী। শু-নোমলিবা কাংবুগী সংস্থানশিংনা আফ্রিকা শিনবা থুংনা চৎনবী অতুগী মায়োকতা খোইরাং খোইশাওবা উংলম্মী। অসুন্না শিংনরকপা কয়াসি মায়-য়োক্লনবা ইন্দজষ্ট্রিগী মপুশিংনা সরকারগা তানয়গা আফ্রিকানশিংনা ষ্ট্রাইকনচিংবা তৌবা য়ারোই অমসুং আইন্না য়াদবনি হায়না লাও-থোকখি। বস ভারা হেনগংপদগী অব্রাবা নংলবা আলেকজেন্দ্রাগী মীয়াম্না পেন্দবা উৎতুনা নিংথম থাগী য়াম্না ইংলবা মতমদা মুপা মুপী লিশিং লিশিংনা মাইল তরা মুমিৎ খুদিংগী থবক শুফম তানা খোঙনা চৎখি। মুমিং মাপলনিগী তুংদা বস কম্পানি অতু মীয়ামদা চংজখি।

নাজিজম অমসুং ফেসিজমগী মায়োক্তা থেংনখিবা লাল কয়াগী মহৈনা আফ্রিকানশিংগী পুক্লিংদা নিংতম্বগী অমসুং মশা মরমদমগী মরাইবক মখোয়না লেপচনিংবগী অকনবা ইথিল পীখি। মরুওইনা খা-আফ্রিকাগী লুচিংবশিংনা হেন্না পাক চাওবা সংসার অমগী শরুক অমনি খনখি। থোইদোক হেন্দোক্লা লোইজম ওইরবা এসিয়া অমসুং আফ্রিকাগী নিংতম্নবগী লানজং অমসুং থৌরাংগী বাখলনি।

এঃ এনঃ সিঃ গী মতমতুগী প্রেসিদেন্ট ডাক্তর ঝুমা অমসুং সোসিয়েল সাইন্টিষ্ট জেঃ কেঃ মেথ্যিউ অনিনা "আফ্রিকানশিংগী দাবী" হায়বা চেরোল অমা পুথোক্লম্মী। চেরোল অতুনা অপাম্বা ফোংখি মতুদি জাৎ কুচু খায়বগী চৎনবী লম লম খুদিংদা মরু ফংনা মাংহনগদবনি লোয়ননা লোইলমদা লৈরিবা মীওইশিংদা মশাগী লম শাসন তৌজনবগী অধিকার পীগদবনি। অসিগীসু মথক্তা পাস পায়বগী আইন মুথৎপা, কল-কারখনাদা থবক শুবা মী লৌবদা জাৎতি বীজাতি খায়দবা, লেম্না মহৈ মশিং তম্নবগী খুদোংচাবা পীবা, মপুং ফাবা নাগরিক অধিকার ফংহনবা লোয়ননা ভোট পিবা য়াহনবা অসিনচিংবা দাবীশিংনি। দাবীশিং অসিবু সরকারনা থওইবীরকত্রবদা নেলসন্নচিংবা নহা ওইরিবা নেসননেলিষ্টশিংদা ফোংনা শিংননিংবগী অপাম্বা ফোংদোক্লরকখি। মতমতুদা নেলসন মশা-মউ ফরবা ফজবা বোক্সর অমসু ওইরম্মী।

এঃ এনঃ সিঃ য়াম্না চাওবা মীওৎ-মীনৈগী মায়োক্তা লৈরা আফ্রিকান জাতিশিংগী অচৌবা রাজনিতিগী সংস্থান ওইরবসু মশাগী পোলিসি পাংথোক্লবা হোৎনবদা কনখৎপা অমসুং শোম্বা নাইরম্মী। য়াম্না স্কোলার ওইরবা ওজা অনিখক মশানা হোৎনজরগা উকিলগী শিনফমদা চংথ্রবা মখোয় অনিগী লীচিং মখাদা এঃ এনঃ সিঃ গী মপাঙ্গল কনখৎহন্নবগীদমক য়ুথ লিগ হায়না কৌবা নহারোলগী সংস্থান অমা শেম্লম্মী। নেলসন, সিস্লু অমসুং টম্বুসু সংস্থান অসিদা য়াওরম্মী। মখোয়না ডাঃ ঝুমাদা এঃ এনঃ সিঃ গী শরুক অমা ওইনা য়ুথ লিগ অসি থবক তৌবা য়ানবা হায়জরম্মী। রাফম অতু ডাঃ ঝুমানা য়াম্না চেকশিন্না খল্লগা য়াখি।

শোক ১৯৪৪ গী এপ্রিল থাদা লিম্বেদে অমসুং টম্বু মথংশিংনা য়ুথ লিগকী প্রেসিদেন্ট অমসুং সেক্রেটরী হাপখি। নেলসন মন্দেলানা

লিগ অদুগী মরুওইবা পোলিসি কয়ামুক ড্রাফত তৌবগী দায়ত্ব লৌখি। য়ুথ লিগ অসিগী মতেংনা জাতিগী নিংতম্বগী আন্দোলন কনখৎহনগনি হায়বসি মখোয়না আশা তৌখি। আফ্রিকান জাতিয়াবাদ ওইবা হায়বসি মখোয়গী রাজনিতিগী থৌশিল খুদিংদা মমি তাহল্লম্মী। অশেংবা গনতন্ত্র পুরক্লবগীদমক লিগ অসিনা অচান মীরাই নাইবগী আইন লৌথোকপা অমসুং আফ্রিকানশিংবু মপুংফাবা নাগরিক অধিকার ফংহন্দুনা পার্লিয়ামেন্টতা মখোয়গী মীহুৎ য়াওহননবা আন্দোলন চংশিন্নবা পান্দম থমখি। লোয়ননা লৌমীশিংদা লম অমুকহন্না য়েন্থোকপা লেন্না অমসুং তৌদবা য়াদবা ওইনা অডাংশিংবু মহৈ-মশিং তম্বীবা, শুজ-নোমজরিবশিংগী অধিকার মাংহন্দবা আফ্রিকান সংস্কৃতি য়োকখৎপা অসিনচিংবসু লিগ অসিগী উদ্দেশ্য ওইরম্মী।

অসুম্না য়ুথ লিগকী অকনবা খোঙথাং কয়া চংশিন্নবা হোৎনরিঙৈদা ডাঃ ঝুমাসু অতোপ্পা রাজনিতি সংস্থানশিং মমিং পল্লবদা কম্যুনিষ্ট পার্টি অমসুং খা আফ্রিকান ইণ্ডিয়ান কংগ্রেসকী লুচিংবশিংগা লোয়ননা অপুনবা খোঙজং অমা পাস পায়বা আইনগী মায়োক্তা চংশিনবা হৌখি। অশিগুম্বা ইহৌসি মতমদুগী সরকারনা পাস পায়বগী আইন অদু চৎনদনবা পার্লিয়ামেন্টতা পুথোকউ হায়বা য়াদবা অমদি পাস লো থৌশাদবা ময়াম অমা ফাগৎলকপদগী ওইরকখিবনি। দেশশিনবা থুংনা য়ানিংদবা উৎপা ব্রাকৎ চে কয়ামুক পীশিনখি অমসুং ধর্ম্মগী মকোক থোংবা কয়ানা সরকারগী থৌদোদুবু গনতন্ত্রিক লৈবাক অমদা হিটলরগী থৌশিল পুশিল্লকপনি হায়না সরকারবু মরাল শিখি। মীয়ামগী সভাযাত্রা, ব্রাকৎ-চে অমসুং মীহুৎশিং থাদুনা হায়জবা খুদিং অমতা কান্নফম খঙখিদে। অতোপ্পা সংস্থান কয়ামুক্কী কো-ওপরেসনগা লোয়ননা শোক ১৯৪৫ গী মে থাদা আফ্রিকান লিশিং

কুনদগী হেনবা মীয়ামগী সভাযাত্রা খ্বাইদগী হেন্না মী য়াম্বা অমা জোহান্নেসবর্গতা এঃ এনঃ সিঃ না শিন্দুনা পাংথোকখি। মীতিন অতুদা অতোপ্পা জাতি খরস্তু য়াওখি। মীয়াম্না এঃ এনঃ সিঃ গী ফিরাল পায়তুনা "ঐখোয়গী থবক লোইশিল্লসি" হায়বা অকনবা স্লোগান লাওখি। হান্নদগী পৈশা থাজিন্দুনা শিনশঙ কয়া লিং-থ্রবা অঙোবশিংস্তু মখোয়গী শক্তি হেনগৎনবা অমস্তুং মরা চেৎশিন্নবা উপাই কয়াম্মুক শিজিন্নখি।

অঙোবা কাংবুনা নৈহৎলম্বসি কুচু মুবা আফ্রিকানশিংদা নত্তে ভারত মচাশিংদস্তুনি। "ঘেটো" বিলগী মতাংদা ভারতবাসিশিংনা য়ানিংদবা উৎতুনা ইংনা থেংনবগী কেম্পেইন চৎথখি। বিল অতুগী মতুংইন্না ভারতবাসি অয়াম্বা মতম কুইনগী ওইনা অকক্লবা মফম খরদতা লৈহন্নবা অথিংবা পীখি। য়ানিংদবা উৎপগী থৌরম অতু ডরবান্দা পাংথোকখ্রবস্তু মতুগী কৈরাং পুম্নমক্তি জোহান্নেসবর্গতিগী তৌরকখিরনি। ভারতবাসিশিংগী মায়কৈদগী চংশিল্লকখিবা মচিন তুম্বা লানজংদি শোক ১৯৪৬ তগী হৌখ্রে। নাটাল অমস্তুং ট্রান্স-ভালদা পাংথোকখিবা আন্দোলনদা ইণ্ডিয়ান কংগ্রেসকী লুচিংবা ওইনা ইসমাইল মীর অমস্তুং জেঃ এনঃ সিংহ মরুওইবা থৌদাং লৌখি। ইসমাইল মীর অমস্তুং জেঃ এনঃ সিংহ মখোয় অনিমক নেলসন মন্দেলাগা ব্রুইটস লো স্কুলদা লাইরিক তম্মীন্নরকখি। মার্কেৎ স্ট্রিটতা লৈবা মীরগী য়ুম নহারোল ছাত্রশিংগী তিনফম ওইরম্মী। করিগুম্বা মতমদা নেলসন মন্দেলাস্তু অহিং অথেংবা ফাওবা মীরগী য়ুমদা খন্ন-নৈনবা অমস্তুং বাফম কয়াম্মুক্কী মরমদা মরৈ য়েৎনবনচিংবদা য়াওরম্মী। ধর্ম্মগী পুরোহিত রেভঃ মাইকেল স্কোট কাইনথংদা আন্দোলন চংবা য়াওখি, চহি ১৮ তা ডাইরিবা রুঠ ফার্স্ট মহাক্কী মমা মপা লোয়ননা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী থৌনা

ফরবা কেম্পেইনর ওইখি। মখোয়দি জিউ ডাকনি, লাটভিয়া অমসুং লিটুৱানিয়াদগী লাকখিবনি।

নেলসন মন্দেলানা খা আফ্রিকাদা ভারতবাসিশিংনা চংথরিবা আন্দোলনগী মরমদা মীর মুস্লিম মচাশিংদগী কুপনা খঙজিনখি। ভারত মচাশিং অসি বৃটিশনা শোক ১৮৬০ দা নাটালদা চু থা-নবগীদময়ক কুলি ওইনা পুরকখিবনি। গান্ধি য়াম্না নহা ওইরিবা উকিল অমা ওইনা ডরবান্দা লাকখি অতুগা চুমদবা শাসনগী মায়োক্তা শোক ১৯০৭ তা সত্যগ্রহ আন্দোলন চংশিনখি। মতম-তুদা মকোক থোংবা লুচিংবশিং ওইখিবতু য়াম্না নহা ওইরিবা ডাক্তর অনিনি— মোন্টি নায়কর গান্ধিগী তুংইনবনি নাটালদা লৈবনি অতুগা য়ুশুফ ডাতুনা ট্রান্সভালদা লৈবা কম্যুনিষ্টনি।

জোহান্নেসবর্গতগী ভারতবাসিশিংনা মাইল চামঙাগী লম্বীদা চৎতুনা ডরবান্দা মশানা ফাহনজনবগী নহারোল ভোলুন্টিয়ারশিংগী থৌনাতু উবদা নেলসন মন্দেলা অপেনবা পোকখি অতুবু রাজ-নিতিগী ওইবা ৱাফমদগীদি তোপ্পা লৈখি। মীর অমসুং সিংহ অতৈ ভারতবাসিশিংনা খনবগুম কম্যুনিষ্ট পার্টিগী অর্থনিতি অমসুং রাজ-নিতি দর্শন ফিদমশিংতু মরম চাবনি হায়না খনখি। ৱাখল অসিনা মখোয়গী কম্যুনিটিগী মীহুৎশিং মরুওইনা ললোন-ইতিক অমসুং কারবার তৌরিবা মীওইশিংদা অকিবা পোকহনখি। অসুম্না নহারোল ভোলুন্টিয়ারশিংগী ৱাখলদা কম্যুনিষ্টকী ঈথিল অমা ফাওহনখিবগী মরমদি— ডাঃ মাবেল পালমর কৌবী ইংলিস মুপী জর্জ বর্ণাদ শোগী মরুপ ফেবিয়ান ( সমাজদা অহোংবা পুরক্কবগী নিতি ) অমনা জাৎ খুদিংগী নহারোলশিংদা সোসিয়েলিজম অমসুং মার্কসিজম তম্বীরম্মী। মরম অসিদগী কম্যুনিষ্ট অপিকপা পার্টি অমা ওইজরবসু লেবর প্রোগ্রেমগা মরি লৈনবা হিরম কয়ামুক্তা অচৌবা থোদাং লৌখি।

নেলসন মন্দেলা থম থেংনা কম্যুনিষ্টপু য়াদবা মীশকনি। হৌরকউৈদগী চংনবী অমদি মাগী ধর্ম্মগী ওইবা থাজবদু কম্যুনিষ্টকা চানদবনি খনখি। মহাক্কী এন্টি কম্যুনিষ্ট ওইবা ৱাখল অসি অতৈ য়ুথ লিগকী মেম্বরশিংনসু য়াখি। মরম অসিননি রুঠ ফাষ্ট´না প্রোগ্রেসিভ য়ুথ কাউন্সিলগী সেক্রেটরী অমা ওইনা এফিলিয়েৎ তৌনবা হায়জরকপদু য়াখিদে। অসিগুম্বা পার্টিসিগা মরি লৈনরবদি য়ুথ লিগকী আন্দোলন শোক্হনগনি মরমদি অঙৌবা কম্যুনিষ্টশিংনা জাতিয়াবাদ ওইবা ৱাখলসি থাজদে। অসিদসু নত্তে কম্যুনিষ্টকী নিতিদি থবক শুজ-নোমজরিবশিংগা শেঞ্জাও পায়বশিংগা নাকপাক তাহনবগী ৱাখলদা হেন্না পুক্লিং চংই। মসিনা মরম ওইদুনা আফ্রিকান পুম্বা পুনশিনবগী ৱাকম অসি কুপশিনখিবা য়াই। চিংনবা অসি লৈবদগী লেম্বীদে, মন্দেলা, সিসুলু অমসুং টম্বুনা আফ্রিকান কম্যুনিষ্ট অয়াম্বা পার্টিদগী রিজাইন তৌ নত্রবদি এঃ এনঃ সিঃ দা মেম্বর ওইবা য়ারোই হায়বগী ৱাকম অমা চহিগী কনফরেন্সতা পুথৎলকখি। কংগ্রেসকী য়াম্না ইকাই খুম্নরবা অমসুং থৌনা লৈবা থবক তৌবা মীওই কয়া কম্যুনিষ্ট ওইরম্বনা য়ুথ লিগকী ৱাকমদু মাইথিখি।

য়ুথ লিগকী কাংবুশিংনা য়ারম্মী মদুদি ইউরোপকী মীওই খরদি জাং কুচু থায়বগী থৌশিলসি য়ানিংদে। অদুমকপু মখোয়না অসিগুম্বা য়ানিংদবগী খোল্লাওদি অদুক হক্লা হৌনা পীবা ঙমদে মমৈথংদদি করিসু কান্নদবগুম তৌখি। ভারত মচাশিংদা থম্বা মীয়েংদি তোঙানখি। অতোপ্পা লৈবাক্তগী লাক্লগা লৈরবা ওইরবসু মখোয়দি য়াম্না ওৎ-নৈবীরবা কাংবুনি। আফ্রিকাগী নিংতম লান্দসু অয়েৎপা পীত্রবদি মখোয় য়েক্লবা নত্তে খনখি। কুচু মুবা কাংবুনা নংখিবা অৱা অনাগী থাকসি খেন্নরম্মী। থেংনরিবা ফিভম অদু কাংলুপকী

ওইনা মশা মশাগী নিংতম্বা ফংনবা থেংনজগদবনি হায়বগী ৱাখলগ্ন য়ুথ লিগনা ফোংদোকখি।

শোক ১৯৪৬ তা খনিদা থবক শুবা আফ্রিকান খুদিংমক ষ্ট্রাইক তৌখি। মখোয়গী লিদরশিং, মার্কস অমসুং রাদেবীনা মতম কুইনদগী চেম্বর ওফ মাইনসতা হৌগৎলক্লিবা পেন্দবগী ইরাংসি খঙহনখি। কুচু মুবা খনিদা থবক শুবা মীওই ৩০৮০০০ গী ৱাফমনি য়াম্না মরুওইবা ৱার্কশিংনি, য়াম্নদি নৈহৎপীরবা। মখোয়না সধারন চাংচত্তা থা অমগী পাউণ্ড অহুম সিলিং ১১ পেনি ৮ তানবা ঙম্লম্মী। তাল্লিবা দাবীদি নোংমদা শিলিং ১০ গী অশুমন পীনবগীদমক্তনি। হায়রিবা অশুমনগী দর অসি পৃথিবীগী ওইনা ইউঃ এনঃ ওঃ না চৎনবা য়াবা হিংবগী থাক্কী মীয়েংগা চাননা লেপখিবনি। মী লিশিং হুক্ষ্ফুতরানা অকনবা আন্দোলন চংশিনখি, থবক শুবা লেপখি। পুলিসনা নোংমৈদা বেয়োনেৎনচিংবা হাপচিন্দুনা অমদি চৈনচিংবা পায়হুনা ষ্ট্রাইক্করশিংবু থবক শুফমদা তানশিন্নবা হোৎনখি। মতম অসিদা সরকারদা পাওতাক পীনবা লিংলিবা নেটিভস রি-প্রজেণ্টেটিভস কাউন্সিল (খুঞ্জা মীহুৎ সভা) না প্রেতোরিয়াদা মিটিং মফমহুনা সরকারদা মীশি-মীনা অশোক অপন থোকহনবগীদমক য়ানিংদবা উৎখি। কাউন্সিল্লর অমখক্লা সরকারদা হায়খি— "নখোয়না ঐখোয়বু নোংমৈনা কাপ্পা অমদি জেলদা থম্বা ঙম্মী অহুবু ঐখোয়গী থৌনাদি খক নিংহন্নহনবা ঙম্লোই।"

লাইবক থিবনি, খনিগী ষ্ট্রাইক অহু চয়োল অমগী মহুংদা কাইখি অমসুং মাইথিখি। পুলিসকী মীওৎ-মীনৈ অমদি সরকারগী থৌশিলতনা নৎখিদে, খনিদা থবক শুরিবা আফ্রিকান সংস্থানশিং চেম্বরস ওফ মাইনসনা মাংহনখিবদগীনি। লোইননা আফ্রিকান শিম্মী অয়াম্বা মাগী জাতিগী মতুংইন্না তোঙান তোঙানবা কম্পাউণ্ডদা

লৈহনখি। ষ্ট্রাইক অতুদা মী ৯ শিখি, ১২৪৮ না অশোক-অপন নংখি।

শোক ১৯৪৮ দদি কুচু মুবা কাংবু নমথনবা জাৎ কুচু খায়বগী থৌশিলসি আইন্না য়াবা ব্রাফম অমা ওইনা খা আফ্রিকাদা চৎনখ্রে। আফ্রিকানর নেসনেল পার্টিনা মেজোরিটি ওইখিবদগী শাসনগী শক্তি পায়খ্রে। মখোয়না থুনমক প্রো-নাজি ওইবা থৌরাং কয়া লৌখৎ-ল্লকখি। অমসুং মখোয়সি ঈশ্বরগী বর ফংলবা 'রেদ মিনাস' (কম্যুনিষ্ট) তগী কন্ননবা থারকপনি হায়না লৌখি। সরকারগী দিপার্টমেন্ট-শিংদা নত্তনা ধর্ম্মগী লাইশং, ইউনিভরসিটি অমসুং পুলিস ফোর্স খুদিংমক অরোনবা সোসাইটি ব্রোইদর বোন্দ (**Band of brothers**) হায়বা অসিনা খুর্জি পায়রম্মী। অসুম্না চহি খরগী মতুংদদি অঙৌবা ভোটরশিংনা য়ানিংদবা উৎলফাওবদা থৌশাদনা সংবিধান শেম-দোকখি অমসুং মখোয়বু সংবিধানগী মতুংইন্না লৌথোকপা য়াবগী নিতিশিং চৎনহনখিদে।

জাৎ কুচু খায়বগী থৌশিল অসিবু নেলসন মন্দেলানা 'অঙাওবা ভাব তাদবা মীওইশিংগী পোলিসিনি' হায়না শিংথাখি। মীওইবগী অধিকারবু থৌশাদবা য়াম্না তায়োম্নবা শাজ্রৎনি হায়নসু নিন্দা তৌখি। অনিশুবা লাঙ্গাওগী মতমদা হিটলরনা জিউশিংগী মায়োক্তা চৎখিবা শাজৎতুগা চপ মান্নবা মওংনি, অতুগা আমেরিকা বৃটিশনচিংবনা শোক্লখিবা লাল অতুসু হিটলরগী মায়োক্তনি। নোংচুপকী লৈবাক-শিংনা খা আফ্রিকাদা চৎথরক্লিবা শাসনগী মওংসি য়াম্না তুকচ্চবা অমসুং য়ানিংদবা মপানথোংদা ফোংদোক্লবসু মখোয়না খা আফ্রিকা জাৎ কুচু খায়বা সরকারদা থাদবা শেনফমশিংদি অত্তৎ অথম লৈতনা হেনগৎহনখি।

পেন্দবা উংখৎনবা হেনগৎলকখি। জোহান্সেসবর্গকী অকোইবদা লৈবা সহরশিংদা মীয়াম থোমজিল্লকখি। নম হাতুনা মীয়াম্সু তানখায়বা,

পুলিসনা আফ্রিকান লৈফমশিংদা য়ান্দাবা থবক কংদবগী অরা মৈশা মৈজাওবী হৌরকতুনা হাংন-শুনবা কয়া থোরকখি। শোক ১৯৪৯ গী জানুয়ারী থাদা ডরবান সহরদা ঝুলু পাখং অমগা ইণ্ডিয়ান মচা অমগা খংনবদগী আফ্রিকান মীয়ামদা য়াম্না শাওনিংবা পোক-হনখি। মখোয়না মপান্দগী লাকপা লল্লোল-ইতিক অমসুং কারবার তৌবশিংদা আক্রমন তৌখি। য়ুম মৈ থাবা, হুরান-চিন্থি অমসুং হাংন-শুনবগী থৌদোক কয়া থোরকখি। থৌদোক অহুদা পুলিসনা লৌখংখিবা একসনগী মতুংইন্না মী ১৪৭ শিখি— ভারত মচা ৫৩, ৮৭ না আফ্রিকান মচা অঙৌবা কাংবুগীদি অমখক্তনি। ওলিভর টম্বু অমসুং অতৈ এঃ এনঃ সিঃ লিদরশিংনা থিন্দনা ডাঃ নাইয়েকর ইসমাইল মীর অমসুং জেঃ এনঃ সিংহগা উনহুনা অৱাবগী থৌদোক কয়া থোকখিবা মফমশিংতুদা চংতুনা য়েংখি। মীয়ামগী পুকনিং ইংথহন্নবগীদমক অমসুং মন্নুংদা চেল্লিবা ৱাখলশিং লোয়ননা মখোয়গী অৱাবা খুদোংথিবশিংগী মরমদা কুপ্না থিজিনখি।

ভারত মচা অমসুং আফ্রিকান লিদরশিংগা পুন্না চংশিন-মিন্নরকপগী তাঙ্কক অসি নেলসন মন্দেলাগী পুন্সিদা কাওবা ঙম-লরোইদবা থৌদোক অমা ওইখি। শোক ১৯৪৭ তা নেলসন য়ুথ লিগকী সেক্রেটরী খনগ্রে লোয়ননা রাজনিতিদা ৱাখল লুপখিবদগী মাগী লো তম্বসু অতুক হাক্লা থৌশাখিদ্রে। হৌজিক্তি মহাক য়ুথ লিগকী লুচিংবা অমা ওইনা লিগ অসিনা পায়খংকদবা থৌরাং খরা শেম শাগ্রে। মতম অসিৱাইদদি মহাক এঃ এনঃ সিঃ প্রসিদেণ্ট ডাঃ ঝুমাগা খরা মুক্কবগী মওংদা লাকখি। ডাঃ ঝুমা নিং-মাং য়াম্না কুপ্না য়েংবা লিদর অমনি, মঙোন্দা পুকচেল শেংনা অশিল অৱাং তৌবগী ৱাখল চেল্লি। মহাক্কী খুজিল থৌরাংগী মখাদা এঃ এনঃ সিঃ গী মেম্বর লিশিং কয়াগী মথক্তা লৈখি অমসুং পাউণ্ড

লিশিং অহুমগী মথক্তা ফগুনচিংবা থোমজিনবা ঙমখি। য়াম্না চেক-শিননা মাগী লিদরসিপসি করিদা শোইখিগদগে খনবা মীতানি। একসন প্লানগী মতাংদা খরা য়ানদবা লৈরবস্থ নেলসন মন্দেলানা ডাঃ ঝুমাবু মী অমা ওইনা খ্বাইদগী হেন্না ইকাই খুম্নরম্মী।

ইকুই কুইদনা এঃ এনঃ সিঃ গী চহিগী মীফম পাংথোক্কদবগী মাংওইননা নেলসন, ওলিভর, টম্বু অমস্থং সিস্থলুগা লোয়ননা ডাঃ ঝুমাগা উনখি। মতু য়াম্না শাথিবা মিটিং অমা ওইখি। ৱাফমশিংত্থ ডাঃ ঝুমানা ফজনা কন্ট্রোল তৌবা পামখি। অমরোমদা নহারোল লুচিংবশিংনা অকনবা থবক খরা লৌখৎনবগী চপচারা মতম ওইরে হায়না তকশিনখি। মমৈথংদা য়ানদবগী মওং অমা লাক্কদবত্থ উরত্থনা ডাঃ ঝুমাদা অরোইবা ৱাফম খরা থমখি— করিগুম্বা ডাঃ ঝুমানা মখোয়না লৌখৎলক্কদৌরিবা থবক্কী প্রোগ্রামশিংত্থ য়াবা ঙমদ্রবদি মখোয়না ডাঃ ঝুমাবু প্রেসিদেন্ট জেনেরেলগী ইলেক্সন্দা শোগৎলরোই হায়বা ৱাফমসিনি। য়ানদবদগী অরোইবা মীকুপ্তা নহারোল লুচিং-বশিংনা এক্সন প্রোগ্রামবু য়ানিংদবা ফোংদোকখিবা ডাঃ মোরোকাবু শোগৎনবা ফিরেপ লৌখি। হান্নগী অরিবা অহল ওইরবা মেম্বরশিংনা ঝুমাদা ভোট পীখি অত্থগা নহারোল কাংবুনা ডাঃ মোরোকাদা য়ুথ লিগপু মীয়াম্না শোগৎখিবনা এঃ এনঃ সিঃ গী ওফিস বিয়ারর শিন্দোক-শিনজিন তৌবত্থ মখোয়গী অপাম্বা মতুংইন্না পাংথোকখি।

ৱালটর সিস্থলু অহানবা ওইনা এঃ এনঃ সিঃ গী ***(full time)*** সেক্রেটরি জেনেরেল হাপখি। থাগী তলব ওইনা পাউণ্ড ৫ খক ফংলত্থনা জোহান্নেসবর্গকী লল্লোল ইতিক্কী মরু ওইবা জিলা অমদা ওফিস লিংলম্মী। মখোয় অয়াম্বা সিস্থলুগী মুপী এলবর্টিনানা মহাক্কী নর্স ওইবগী ফংলকপা শেনফমনা হিংনরম্মী। নেলসন মন্দেলা একজিক্যুটিভ কমিটিদা অনৌবা খল্লকপা মেম্বরশিংগী মনুংদা অমা

ওইরম্মী। অনৌবা খল্লকপা জাতিগী ওইবা একজিক্যুটিভতা ময়াই ওইবা নীতি চৎপা কাংবু, কম্যুনিষ্ট অমসুং য়ুথ লিগনচিংবগী মীহুৎনা অয়াম্বনি। মখোয় মত অমতা ওইনা থৌনা ফনা থবক ওইনা পাংথোক্লবা প্রোগ্রামশিংদু লৌখৎনবা রাশক লৌরম্মী। প্রোগ্রাম-শিংদু নিংতম আন্দোলনগী হৌরকফম ওইখি। জাতিগী ওইনা নিংতম্বা, মশাগী লৈবাক ঙাকপগী নিয়ম মশানা শেমজবা, জাৎ কুচু খায়বা য়াদবা, অঙৌবা কাংবুতনা পানগদবনি হায়বা রাফমসিবু য়াদবা, অসিনচিংবসি প্রোগ্রামদুগী উদ্দেশ্যশিংনি। পান্দমশিংসি ফংননবা অনৌবা খুৎলাই অমসুং লাল্লোং শিজিন্নবা তাবনি খুদম ওইনা— বোইকোৎ, ষ্ট্রাইক অসহজোগ আন্দোলন, আইন অমান্য অমসুং অতৈ উপায় শিজিন্নদুনা মখোয়না তাল্লিবা পান্দমশিং ফংবা ঙম্লবা হোৎনখি। অহানবা ওইনা লৈবাক শিনবা থুংনা থবক শুবা লেপ্পা অমসুং সরকারনা চাওখৎ খোংথাংগী ওন্নতৈনবদা লৌখৎ-লিবা পোলিসি য়ানিংদবা উংপা অসিনি।

অসুম্বা মীয়ামগী থৌনা অমসুং থবক্তা য়ুম্ফম ওইদুনা চংশিল্লক্লিবা থৌরাং কয়া লৌখৎপনা এঃ এনঃ সিঃ গী অনৌবা লাল্লোং ওইখ্রে। নেলসন মন্দেলানা ফোংদোক্লম্মী— মদুদি হান্নগী এঃ এনঃ সিঃ গী লুচিংবশিংনা সরকারগী ওথোরিটিশিংদা মখোয়গী মরম ফজনা হায়-জরগা মখোয়গী থম্মোয় পেৎপা ঙমগনি অমসুং তাল্লিবা দাবীশিংদু থুংহনগনি। হৌজিক্তি চুম্লদগী হায়জবনা য়াররোই। দাবীশিং ভানবগী ভারি পীশিন্দুনা দন্দিনা মখোয়গী আধিকারশিং ফংহনগদবনি হায়বগী রাখন্দা চপ য়ুংখ্রে। মহাক্না হায়খি— "ঐখোয়গী শক্তি চেল্লবা আইদিওলোজি লৈরি, মসিনা মীয়ামগী পুক্লিং ফাজিনবা ঙমগনি, হৌজিক ঐখোয়গী ইথৌদি রারম পরেংশিং অসি মীয়ামদা মপুং ফানা খঙহনবা অসিনি।"

জাতিগী ওইনা থবক শুবা লেপ্পগী থৌরাং শোক ১৯৫০ মে থাদা পায়খৎনবা হোৎনরিভৈদা মতম মতমগী ওইনা শেম্বা, কম্যুনিষ্ট, ইণ্ডিয়ান কংগ্রেস অমসুং ট্রান্সভালগী এঃ এনঃ সিঃ গী কাংবু অমনসু চপ মান্নবা বন্দ অমা জোহান্নেসবর্গ এরিয়াদা কৌখি। মখোয়গী বন্দ অদু কোটেন, মার্ক অমসুং ডাত্নদা থম্লিবা অথিংবা অদুগী মায়োক্তা য়ানিংদবা উৎপনি। নেলসন মন্দেলা অমসুং মাগা লোইনবা জাতিয়াবাদ ওইবা নহারোলশিংনা থুগাইনবা হোৎনখি অমসুং মখোয় মশেল খৎনখি। য়ুথ লিগকী চেফোংশিংদা নেলসন মন্দেলানা কম্যুনিষ্টপু কাহেন্না য়ানিংদবা উৎতুনা সমালোচনা তৌখি। থবক শুবা মীয়ামদি আফ্রিকান মচানি, ওৎ-নৈবীরবা কাংবুসু অমুবা শিন্মীশিংনি, কম্যুনিজমগী চারা আফ্রিকাগী লৈমায়দা থানবগী থৌরাং, ওইথোকপা য়ারোই হায়বসি মাগী থাজবনি। মতম অসি নেলসন মন্দেলা য়াম্না শাওগনবা মীতা ওইনা খ্বাইনা লৌনরম্মী।

য়ুথ লিগকী য়ানিংদবা উৎনা-উৎনা অমসুং সরকারগী অথিংবা হুকুম লৈনা-লৈনা ষ্ট্রাইক অদুদি মায়পাক্কা পাংথোকখি। থবক শুবা শিন্মী তংখাইদগী হেন্না য়ুম য়ুমদা লৈনখি, থবক কারকখিদে। অদুম ওইনমক লোইশিললকপগী মতম অদুবাইদদি য়াম্না মুং-ঙাইতবা অমদি অৱাবগী থৌদোক ওইখি। মরমদি পুলিস লিশিং অনি চাইখায়খিবা অদুনা মীয়াম তানখায়নবা হোৎনবদা নোংমৈ কাপখি অমসুং মীশি-মীনা, অশোক-অপন কয়া থোকহনখি। নেলসন মন্দেলা অমসুং সিসুলু ওর্লেন্দোদা চেনশিন্দুনা মীয়ামদা শান্তি ওইনা লৈনবা অমসুং চায়খায়দুনা মচি মচিদা চংজফম লৌরগা লৈনবা হায়জখি।

মে ডেগী ষ্ট্রাইক অদুনা নেলসন মন্দেলাগী থম্মোয়দা অনৌবা ঈথিল্ল অমা পীখি। মরু ওইনা অশিল-অরাং তৌখিবা নহারোলশিংনা

লৌখিবা থৌদাংদু য়াম্না পেন্নিংডাই ওইখি। নহা ওইরিবা ভারত মচা পাউল যোশেক কেক্টরীগী শিল্পী অমসুং মুহম্মদ কাথ্রাদা অনিনা অয়ুক অঙনবদা অমদি মুমিদাংবাইরমদা অইবা চে চাইথোকপগী থবক পাংথোকখিবগীদমক সিম্লু অমসুং নেলসন মন্দেলানা হরাওবা ফোংদোকপগা লোয়ননা থাগৎখি।

জাৎ কুচু খায়বগী আইন্না তোঙান তোঙানবা জাৎ তিন্নদবা মীওই থাইদোকতুনা তোখাইনা লৈহন্নবা হোৎনখি। মীশক য়েং য়েংদুনা নাইতোম তাহল্লবা লম্নাই মীওইশিং পোপুলেসন রেজিস্ট্রেসন এক্টকী মখাদা অরাবা কয়া নংখি। গ্রুপ এরিয়াজ এক্টকী মখাদনা খুন্দংগী অমসুং সহরগী লমদা জাৎ কুচুগী মতুংইন্না লৈফম খায়দোক্লম্মী। থৌরাংসিগী মখাদা খ্বাইদগী হেন্না অমাং-অতা নংখিবা কাংলুপতি ভারত মচা ললোন-ইতিক কারবার তৌবশিংনি। অসিদদু নত্তে, ইউরোপ মচা নত্তবশিংবু দন্দিনা খুল হোংহনবা ময়ুম-মকৈ থাদোক্লুনা চংহনখিবা আইন অদুগী মতম মতমগী ওইবা চৈরাক্নি। আফ্রিকা মচাশিংবু বান্টু হায়না খঙনখ্রে অমসুং বান্টু ওথোরিটিজ এক্ট শেমদুনা আফ্রিকানশিংবু নৌহৌনা জাতি মচা মচা থোক্লা খায়দোক্লবা থৌরাংখি।

মখা তাবা খরা হেন্না তমখিরবা রাজনিতিগী থৌশিল অমদি কম্যুনিজম নমথনবা আইন শেম্বনি। আইন অসি থোইদোক্লা কম্যুনিষ্ট লিশিং অনিখক— আফ্রিকান ১৬০০, ইণ্ডিয়ান ২৫০ অমসুং অঙৌবা ১৫০ অদুগী মায়োক্তা ঙাক শেমখিবা নত্তে, পাক-চাওনা য়েংবা মীয়েং অমগী মখাদনি। মরু ওইনা ইউরোপ্তা কোল্ড ৱারগী ঈরাং শন্দোরকপদু য়েংদুনা আফ্রিকাদা কম্যুনিজম শন্দোকপা থিংননবা লৌখৎখিবনি। মসিগী মমাংদা পার্লিয়ামেন্টতা খুঙ্গা মীহুৎ থাগৎপা অমসুং জোহান্নেসবর্গ অমদি কেপ টাউন সিটি কাউন্সিলশিংদা কম্যুনিষ্টশিংসু য়াওহনগ্রবনি। কম্যুনিজম হায়বসিনা মতমদুদা

খঙহল্লম্বদি— করিগুম্বা রাজনিতি নিয়ম অমা মতুনা রাজনিতি, সমাজ, অর্থনিতি অমসুং খুৎ-শা হৈবগী লমদা অচৌবা অহোংবা অমা পুরক্লবা হোৎনরিবা, আইন থুগাইতুনা ইরাং থোকহন্নবা সর-কারবু শিংনরকপা খুদিংমক। রায়েল-বিচারগী থৌরম পুবা মন্ত্রিদা শক্তি য়াম্না পীশিল্লম্মী। মহাক্লবু চিংনরবদি হেক্তা হায়রিজিন্দুনা অথিংবা পীবা ঙম্লম্মী। আইন্না য়াদবা সংস্থান লিংগনি হায়বগী দোষ পীশিন্দুনা চহি ১০ মী অমবু জেলদা থমজিনবা ঙম্লম্মী।

জাতিগী ওইনা য়ানিংদবা উৎতুনা সভা যাত্রা চৎনবগী থৌরাং তৌখি। শোক ১৯৫০ গী জুন তাং ২৬ তা পাংথোক্লবা লেপ্পরে। এঃ এনঃ সিঃ য়ুথ লিগ, ইণ্ডিয়ান কংগ্রেস অমসুং কম্যুনিষ্ট পার্টি য়াওনা কো-ওর্ডিনেটিং কমিতি শেমতুনা থবক চংশিনবা হৌরে। অহানবদদি মখোয় মশেল অমনা অমবু থাজনদবগী মঙংদা লৈরম্মী। অতুবু মোজেস কোটেন কৌবা কেপ টাউনদগী লাকখিবা জোহা-ন্নেসবর্গগী কম্যুনিষ্ট পার্টি সেক্রেটরিনা কন্না হোৎনতুনা অসিগুম্বা চিংনবগী থীরবা শকফমশিংতু লাপ্না হুন্দোকহনবা ঙমখি। নেলসন মন্দেলানসু মাগী পুকচেল শেংনা থবক তৌবা মতৌতুদা পেনখি অমসুং অশেংবা জাতিয়াবাদ ওইবা মীশক্তি খঙলতুনা খুদক্তা মরুপ শান্নখি।

জুন ২৬ কী সভা যাত্রা অমসুং থবক শুবা লেপ্পগী আন্দোলন পোর্ট এলিজাবেৎ, ডর্বান আলেকজেন্দ্রা সহরদা মাই পাকখি। জোহান্নেসবর্গ অমসুং কেপ টাউনদদি য়াম্না মপুং ফাবা ওইখিদে। ট্রান্সভানদসু মীয়ামগী সমর্থন থরা রাৎখি। ডর্বান সহরদা ভারত মচাশিংনা থৌনাগা লোইননা অকনবা থৌদাং লৌখি। অরাবা কোঙ্গাই নংখি, খুদক্তা শিন্মী লিশিং অমা থবক্তগী লৌথোকখি। অরাবা তারবা শিন্মীশিংতুগী খুন্দা লৈতাহন্নবা অমদি হিংবা য়ানবা মতেং কয়ামুক ষ্ট্রাইক চথরিবা সংস্থানশিংনা পীখি। মতাং অসিদা

এঃ এনঃ সিঃ না ভারত মচাশিংগী কণ্ড খোমগৎপা ঙম্বগী শক্তি অদু উবদা সংস্থানগী ওইনা কান্নবা পারা অমা লৌখি অমরোমদা ইণ্ডিয়ান কংগ্রেসনসু মীশিং য়াম্নবা আফ্রিকানশিংগা নকশিন্ননা চৎ-মিন্নবগী খুদোংচাবা ফংখি। ইউঃ এনঃ ওঃ দসু কুটনিতিগী ওইবা সমর্থন এফ্রো-এসিয়ান লৈবাক ১৪ দগী ভারতনা ফংবা ঙম্মখি।

শোক ১৯৫০ গী লোইরমদাইদা নেলসন মন্দেলা য়ুথ লিগকী নেসনেল প্রেসিদেণ্ট খনখ্রে। এক্সন প্রোগ্রামগী মরমদা ৱালটর সিসুলুগা ৱা তানখি। আইন অমান্য আন্দোলন চংশিনবগী মতাং-দনি। সিসুলুনা জাতি খুদিংমক খোংজং অসিদা য়াওনবা বার্ত্তন তৌবা পামখি। ৱাফমদুদা নেলসন মন্দেলাদি আফ্রিকান মচাশিংসি অতোপ্পা জাতিনা শুপচিনখিগদ্রা হায়না চিংনবা ফোংদোকখি। অদুবু হৌখিবা মে ডেগী দিমোনষ্ট্রেসন অদু নিংশিংলুরগা সিসুলুগী প্রস্তাপ অদু য়াখি। অমরোমদা কম্যুনিষ্ট পার্টিনসু এক্সন প্রোগ্রামসি সোসিয়েলিজমগী মীয়েং লৈতবা খৌরাংনি হায়না নিন্দা তৌরম্মী। অদুম ওইনমক এঃ এনঃ সিঃ গী লাঙ্গং অসিসু ওৎপী নৈবীরবা লৌমী শিন্মীগী শ্বার্থ ঙাকপগী আন্দোলন ওইনা অমদি জাৎ-কুচু খায়বা নিতিগী মায়োক্তা লৈবা হায়বসি কেপিটেলিজমগী মায়োক্তনি খনখি।

শোক ১৯৫১ গী ডিসেম্বর থাদা ফমখিবা এঃ এনঃ সিঃ গী চহিগী মীফমদা প্রস্তাপশিংদু পুথোকখি। মরুওইবা ৱাফমদি শোক ১৯৫২ এপ্রিল ৬ তা মীয়ামগী প্রতিবাদ সভা পাংথোকপা হায়বসিনি। হায়রিবা মুমিৎ অসিমক্তদনি অঙৌবা কাংবুনা মখোয়না পানবা চহি অহুম শুবগী পালন তৌনবা শিনখিবা। চুমদবা আইন তরুক অদু চৎনহন্দনবা সরকারদা হঙহনখিরম্মী। করিগুম্বা সরকারনা হায়রিবা ৱাফমদু য়াদ্রবদি দেশ শিনবা থুংনা শান্তি ওইনা আইন শিংনবগী খোঙ্গং অমা চৎশিন্নবা কনফরেন্স অদুনা লেপ্পখি।

ডাঃ মোরোকানা কংগ্রেসকী সলামী পীখি অমসুং স্লোগান লাওখি— 'Mayibuye Africa (Let Africa Return)' ডেলিগেট-শিংনা লেপথংতুনা জাতিগী ঈশৈ 'Nko Si Sikelel i Africa' শকখি।

খা আফ্রিকা সরকারসু চেকশিন থোরাং লৌখৎপা হৌরে। কম্যুনিষ্ট অমসুং ট্রেদ ইউনিয়নশিংদা অথিংবা হুকুম থমরে। সরকারনা হুনবা খুদিংদগী পাস পোর্ট লৌথোকখ্রে। কুচু মুবা মীওই কয়া ভোটর লিষ্টতগী লৌথোক্লবা শেম শাখ্রে। নাটালদা লৈবা অভৌবা লিবরেলশিং অমসুং মহাত্মা গান্ধিগী মচানুপা মনিলালনা কদায় ফাওবা আফ্রিকানশিংনা অহিংসা আন্দোলন চৎথবা ভমগদগে হায়বহু চিংনবা ফোংদোকখি।

———

# ৪শুবা পন্দুপ

সরকারবু শিঙনবগী চৎথরক্কদোরিবা কেম্পেইনগীদমক নেলসন মন্দেলাবু ভোলুন্টিয়ার ইন-চিক হাপখ্রে, মাগী মথং খনবনা মৌলবী কাছালিয়ানা ওইখি। মৌলবীগী অপোকপা মপা মহাত্মা গান্ধিগা লোয়ননা শোক ১৯০৭ কী আন্দোলনদা অরাবা কয়া খাঙমিন্নখিবা মীশক্নি। নেলসন ক্যেপ, নাটাল অমদি ট্রান্সভালদা যুমথোংগী অমদি সহরগী মফম খুদিং কোইনা চৎতুনা মীয়ামদা চৎথরক্কদোরিবা থৌরাংশিংতু খঙহনখি। মহাক্কী মরু ওইবা মথৌদি— অহিংসা আন্দোলন্না সরকারদা অচোবা চৈথেং অমা পীবা ঙমগনি অমসুং মীওৎ-মীনৈ চৎথরিবা কাংবু নমথবা শোইদ্রবনি হায়বগী থাজবতু পীবনি। মীয়াম উনবগী চৎথরকখিবা খোঙচৎসিদা কুচু মুবা অমা ওইরম্বগী খুদোংথিবা থেংনখি— ট্রেন তোংবদা, হোটেলদা, চৎথোক চৎশিন তৌবদা। ওলিভর টম্বুসু নেলসনগা করিগুম্বা কান্দা লোই-নদুনা চৎমিন্নরম্মী। অথাপ্পা খুঙ্গংশিংদা মাইল কয়া খোঙনা চৎলম্মী। মখোয়বু লুনা-চান্না তৌরকপা য়াই খনবা যুমদা চংদুনা থোঙ থিল্লম্মী। কনাগুম্বনা হরাও তরাম্না তৌরকপা য়াওখি, কনা অমনা তথি তথিনা।

এপ্রিল ৬, অঙৌবা কাংবু ডটচশিংনা মখোয়না ক্যেপতা থুংখিবগী চহি ৩০০ শুবা কুমওন পাংথোক্লবা থৌরাংখিবা মুমিংংনি। মুমিংৎসিদা আফ্রিকান লিশিং তরা তরানা খুজিং ওইদুনা ক্যেপকী নোংপোক থংবা মরু ওইবা সেণ্টরদা থুংলখি। মখোয়না নিংতম্বা ফংনবা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌখি। জোহান্নেসবর্গতা ডাঃ মোরোকানা ফ্রিদম স্কে্অরদা তিনখিবা মীয়ামদা বা ঙাংখি অমসুং তাল্লিবা দাবী

ফংনবগীদমক মীয়ামগী পুক্লিং অম.দি হকচাংগী থৌনা-লিংজেন ফুদোক-পীনবা আপিল তৌখি।

নেলসন অমসুং মৌলবী কাছালিয়ানা গভর্নমেন্ট বার্কস ইউনিয়নগী হোলদা বা ঙাংখি লোইননা ভোলুন্টিয়ার মীং চনশিনবগী থবক খুমাং চাওশিনহনখি। ভোলুন্টিয়ারশিংদা, সরকারনা মখোয়বু শাওগৎহন্নবা থৌশিল কয়া লৌখৎলল্লবসু য়ারিবমখৈ য়াম্না থক.সি-খাসি ঙাক্ল লৈনবা পাওতাক পীরম্মী। ক্যেপ টাউন য়ৌনা অমুক চৎখিরম্মী। মতম-হুদা খা আফ্রিকাদা লৈবা অঙৌবা কাংবুনা হৈনবী অমা ওইনা রাকম অমা চৎনরম্মী। কুচু মুবা কাংবু শং অসি উবদা মঙ্গল লৈ-তবনি হায়না অঙৌবশিংনা তুক্কচনা য়েংলম্মী। তমথিবা মীয়েং অসি নেলসনগী মফমদা থম্বা মতিক ওইখিদে। মহাক্না চৎখি চৎখিবা মফমদা লু-হেন্না শেং-চারবা অঙৌবা নিপা ভুপীশিংনা মাগী রাঙাং, শাজৎতা য়াম্না ঙরুপা উৎলতুনা মায় ওনশিন্নরকখি, মনাক্তা নক-শিনখি। ডর্বানদা ভোলুন্টিয়ারশিংগী নুমিৎ পালন সভাদা নেলসন ভাষন পীখি। মিটিং অদু ভারত মচা অমসুং আফ্রিকান মীওই লিশিং লিশিং তিনখি। মখোয়না চংশিল্লক্কদৌরিবা প্রোগ্রাম কয়ামুক শরুক য়ামিন্নবগী রাশক চে সহি তৌখি। নেলসনগী থম্মোয়দা থৌদোক অদু য়াম্না অর্থ লৈবা অমা ওইনা কাওখি। মহাক্না হায়খি— "ঐখোয়না হৌজিক হায়বা ঙমলে মতুদি ইউরোপিয়ান নত্তবা মীওই কাংলুপশিংগী মরক্তা অমতা ওইবগী রাখল চেনবা তরং তরংনা উবা ফংলে।" নাটালদসু চিফ লুটুলী অমসুং ডাঃ নাইয়েক্করনা ভোলুন্টিয়ার খোম্বগী থবক কন্না চৎথখি। ভারত মচাশিংসু আফ্রি-কান ভোলুন্টিয়ারশিংগা লোইননা নিংতম ঈশৈ শকপা য়াওখি অমসুং ইতিহাসিক ওইরবা থৌদোক অমা ওইখি।

চৎথরক্লিবা কেম্পেইন অসি উবদা মীং নারহুনা সরকারগী মাইগৈদগী লমন খুম্বগী শাজৎ কয়া চংথরকখি। অহানবা ওইনা

নিপা মুপী পুন্না মী ৫০০ গী লিষ্ট অমা ফোংখি। কম্যুনিজমবু নমথবা হায়বা আইনগী মথাদা মখোয়না অথিংবা কয়ামুক পীরম্মী। মীয়ামগী মীটিং থৌরাং তৌবা অমদি মীটিংদা বা ঙাংবা অমতা য়াহন্নদে। অসিগুম্বা অথিংবা হুকুম অসিবু শিঙনবা ওইনা মার্কস, কোটেন অমস্থং ডাডু মীটিংদা বা ঙাংলম্মী। থুনমক মখোয়বু ফাজিন-খিরম্মী অমস্থং জেলদা চয়োল কয়ামুক থমজিনখি।

এঃ এনঃ সিঃ না লৈবাক শিনবা থুংনা ষ্ট্রাইক তৌনবা কৌখিবা অতুগী মতুংইন্না থৌনা ফরবা নিপা মুপী ভোলুন্টিয়ারশিংনা পোর্ট এলি-জাবেঠকী নিউ ব্রাইটন সহরদা খুদাংদা এঃ এনঃ সিঃ বেজ থেৎলদুনা "মেয়িবুয়ে আফ্রিকা" স্লোগান লাওরগা থোরকখি। মখোয়না পুক্নিং মকা লাম্না "ইউরোপিয়ান থক্তা" হায়না থাবা চংকম ফাওজিন্দুনা রেলরে ষ্টেসন তম্না ফুজিনখি। ঙাইতুনা লৈরম্লিবা পুলিসশিংনা মখোয়-বু ফাজিনখি অতুগা "ইউরোপিয়ান থক্তা" হায়না থাবা থোং অমা লাম্থোক্তুনা ষ্টেসনগী তোঙানবা নাকল অমরোমদা ভোলুন্টিয়ারশিংদু পুথোকখি। ট্রেন মনুংদা তোংলম্বা আফ্রিকানশিংনা স্লোগান কয়া লাওদুনা মখোয়দা থৌনা পীখি। কাংবু অতুগী লুচিংবদু থা অমা জেলদা থমখি অতুগা অতৈ তুংইনবশিংনা মুমিং ১৫ নি।

ট্রান্সভালদগী মাইল ৭৫০ লাপ্লা লৈবা সরকারগী অয়াবা য়াওদনা চংবা য়াদবা মফম অমদা নানা সিটা কৌবা গান্ধি নিতিবু চেৎনা থাগোঙ্গবা ভারত মচা অসিনা সিস্থলুগা লোয়ননা ভোলুন্টিয়ার ৫২ লুচিংদুনা সরকারগী অথিংবা হুকুম শিঙনখি। মখোয় লোয়নবা ফাজিনখি। মুমিং অতুগী মুমিদাংদা নেলসন মন্দেলা জোহান্নেসবর্গকী মিটিং অমদা বা ঙাংখি। মুমিদাংগী পুং ১১ তাবা মতমদনি, আফ্রি-কানশিংগীদমক কার্ফিউ চলাইবা মতমনি। নেলসন তুংদা চংথরক্কদবা আন্দোলনগী থৌরাংগীদমক পুলিসনা ফাদনবা হোৎনগে খনখি।

অদুবু পুলিসনা খুৎ চনশিনখি। হায়না ফাতুনা লৈরম্নবা ভোলুন্টি-য়ারশিংগা লোয়ননা চিংতুনা পুখি, থবাই শোক্লা জাতিগী ঈশৈ শক্লহুনা পুলিস গাড়িদা কাখৎখি। মখোয় পুলিসকী অপিকপা কা মচা অমদা থমজিনখি।

নেলসন মণ্ডেলাগী পুন্সিদা অহানবা থেংনবা পুলিস লোক-অপতা লৈখিবা থোদোক্নি। লোক-অপতা লৈরিডৈদা থেংনখিবা পুলিসকী শাজৎতু নেলসননা অসুম্না শিংথাখি— "ঐখোয়বু গাড়িদগী ইম্বহুনা মখোয়গী ড্রিল তৌফম্‌ শুমাংদা থমখি, ঐখোয়গী মরক্তা অমদি ইউরোপিয়ান কনষ্টেবল অমনা অসুক্কী মতিক শক্ষু কন্না ইম্বরকখি মহাক খোঙকাপ অমা অনি থাংলম্নগা তুথখি। খুজেংগী শরু কায়বা তেকপা উরে। ঐনা য়ানিংদবা উংতুনা লাওরম্মী, খুদক্তুদা নহা ওইরিবা সিপাই অমা চেলশিল্লক্তুনা ঐঙোন্দা কন্না কাওরকখি, অশেংবা কাওবোয় অমনা তৌবগুম। ঐখোয় ময়াম হৌহুনা শাও-নিংবা উত্তুনা সভা যাত্রা অমা মফমতুদা পাংথোকখি অমসুং অশোকপা অদুবু ফজনা লায়েংবিনবা তকশিনখি। মথংগী মুমিত্তা অসুম্না অমুক হায়জো হায়না য়াম্না শম্না থৌশাদনা হায়রকখি— অহিং অদু সাম্যুয়েল মেকি অপিকপা কাখুতুদা থরো থরো ওন্দুনা অনাবা থাঙখি। মথংগী মুমিত্তা মহাক হোসপিতালদা পুখি।"

নেলসন থাদোরকপা মতমদদি কেম্পেইন অদু লম্মৈ চাকপগুম শন্দোকখিরম্মী। কল কারখানাগী শিল্মী, ওফিসকী থবক তৌবশিং, ডাক্তর, উকিল, ওজা, ছাত্র অমদি ধর্ম্মগী থবক তৌবা খুদিংমক জাৎ কুচু খায়বগী থৌশিলবু শিঙনবগী খোঙজংদা অমতা ওইগ্রে। নিংতম ঈশৈ শকপনা কেম্পেইন অদুগী মরু ওইবা শরুম ওইখি। অমনা হেক্তা হৌই— "ঐখোয় আফ্রিকা মচানি আফ্রিকান! ঐখোয়না ইরমদমগীদমক লাওরি। মখোয়না মুনগ্রে। মখোয়না মুনগ্রে।

ইউরোপিয়ানশিংনা। মরোমদোম হিংহল্লু লৈবাক অসিবু ……।" অতোপ্পা অমনা—"হে মালান জেলগী থোঙহু হাংদোক্লো ঐখোয় ভোলুন্টিয়ার ময়াম লাক্লে জেল চংনবা … … …।"

জুলাই ৩০ দা লৈবাক শিনবা থুংনা লম্লাই য়ুম অমদি ওফিস-শিংদা লান্দাখি। মোরোকা, সিস্‌লু, ডাহু অমসুং কাছালিয়া অতোপ্পা মী ৩০ গা লোয়ননা ফাজিনখি। মখোয়দা কম্যুনিজম শন্দোকপগী মরাল শিখি। কেস থোক্লখি অহুগা মখোয় ফাখিবহুনা ভোলুন্টিয়ার খোমজিনবদা অকায়বা শুইখিদে। ওক্তোবর হৌগৎ-লকপদদি ভোলুন্টিয়ার লিশিংগী মথক্তা জেল চংবা হৌগ্রে। কেম্পেইন চৎথরকপগী থা ৪ মতুং অরোয়বা তাঙ্কক য়োরক্লবদা মীয়াম পুন্না আইন শিঙনবগী আন্দোলন য়াওনবা আপিল তৌখি। নেলসন্না থাজখি মহুদি করিগুম্বা থৌরাং অসিনা মাই পাক্লবদি সরকারগী শাসন আইনগী মতুংইন্না চৎথবা ঙম্লরোই। মসি অরাইবা থবক্তি নত্তে, অকনবা তকশিনবা অমা চংই। য়াম্না চিংনখিবা রাকমদি 'হিংসা' থোরকক্ত্রা হায়বসিনি।

ওক্তোবর ১৮ দা নিউ ব্রাইটন রেল ষ্টেসন্দা নোংমৈ কাপ্পা অমসুং হাৎন-শুনবগী থৌদোক অমা থোকখি। অঙৌবা পুলিস অমনা আফ্রিকান অনিথক রং কৌটা অমা হুরানবগী মরাল শিরহুনা কোইতান তান্দুনা ফাগদবগী হোৎনবদা নোংমৈ কাপখি। চরাংনবা মীয়াম মরক্তা পুলিসমেন অহুনা নোংমৈ ২০ লক কাপশিল্লগা চেনখি। শাওগংহল্লবা মীয়াম্না ষ্টেসন আক্রমন তৌখি, মৈ থাবা, হাৎন-শুনবা থৌদোক কয়া থোকখি। থৌদোক অহুদা আফ্রিকান ৭ ইউরোপিয়ান ৪ শিখি অহুগা মী ২৭ না অশোক অপন নংখি। সরকারগী ওইবা চেকশিন থৌরাং লৌখৎনবা পুলিসকী থবক কন-থৎহনখি। ক্যেপ সহর অকোয়বদা মিটিংনচিংবা তৌবা অথিংবা

থমগে লোইননা পাস লো হান্নদগী হেন্না কনশিন্না চৎনহনগে। ষ্ট্রাইক য়াওরুরবা শিন্মী কয়ামুক থবক্তগী লৌথোকপীগে। কিম্বরলী অমসুং ইষ্ট লন্দনদা থোকখিবা হাৎন-শুনবগী ইরাংদা আফ্রিক.ন ২৫ পুলিসনা নোংমৈ কাপ্পদগী শি.খি, কয়া অমসু শোকখি। ইষ্ট লন্দনদা উংখৎনবগী ফিভম লৈখি, মীয়াম্না লন্বীদা অভৌবা অম। চৎপা উবদা হেক্তা আক্রমন তৌখি। ঘটনা অহুদা অশোকপা নংলবা কয়াগী সেবা তৌবা লাকচবী লম্বোইবী (নন) অমসুং ইন্স্যুরেন্সকী থবক তৌবা এজেন্ট অমগা শিখি। হাৎন-শুনবা থোকখিবগী থৌদোকশিংগা মরি লৈননা থিগৎনবা ইনক্বারী কম্মিসন অমা শেম্নবা এঃ এনঃ সিঃ না সরকারদা তকশিনখি। ইনক্বারি তৌবগী মায়োক্তা অহোয়নহুম কেম্পেইন চৎথ.রিবা কাংবুদা হিংসা থোরকপশিং অহুগী মরাল শিরম্মী। অহুন ওইনমক কেম্পেইন লেপ্পুনা চৎথখি। ওক্তোবর থাদা ভোলুন্টি-য়ার ২৩৫৪ ফাজিনখি। মতাং অসিদদি মপাল লমগী মীওইশিং ফাওবনা আন্দোলনকারিশিংনা য়ান্না থকসি-খাসি ঙাক্না চৎপহুদা থাগৎনরকখি। ইউনাইটেদ নেসননসু জাৎ-কুচু খায়বগী শাসন অহু য়েংশিন্নবা কম্মিসন অমা শেমখি। মসি অন্তর্জাতি সংস্থান্না জাৎ কুচু খায়বগী চৎনবীবু য়ানিংদবা উৎপগী খুদম্নি। এঃ এনঃ সিঃ অমসুং মাগী খোঙবুনা মখোয়গী দাবী তানবদা নৌহৌনা পুক্লিং থৌগৎপীরে খনখি। খা আফ্রিকাদা খরা কোমথোকপা নিতি পান্বা অঙৌবা কাংলুপ, ইকুই কুইদনা থুংলবা জোহান্নেসবর্গকী বিশোপ য়াওনা কেম্পেইন শরুক য়াখি। মখোয়সু জোহান্নেসবর্গ ক্যেপ টাউন্দা ফাজিন্দুনা থমখি।

'অমরোমদা সরকারনা অথিংবা হুকুমগী মখাদা কেম্পেইন শৌ-গৎপা কাংবুগী লুচিংবা ৫২ দা পুন্সিগী ওইনা অথিংবা থমখি। নভেম্বর খা লোইরমদাইদা মোরোকা, নেলসন, সিসুলু, অমসুং

অতৈ লুচিংবশিং কৌখৎতুনা বিচার তৌখি। সরকারনা পীখিবা মরালদি মখোয়না কেম্পেইন ঈশৈ শক্তনা অমদি মুপীশিংবু লাওখোংহন্দুনা শান্তি থুগায়বগী থবক তৌই হায়বসিনি। রাকম অতুদা ঈশৈ নোংমাইদা শক্লাইরবা ম্যাজিকোলিজিষ্ট প্রোঃ হুগ ট্রাসিনা শন্দোক্লা তাকখি মতুদি মুপীশিংনা লাওখোংবতু চুমনগী হরাওতয়ানবা অমদি অরাবা ফোংদোকপগী তোপ তোপ্পা আফ্রিকাগী চৎনবীনি হিংসা থোকননবা ধমকা তৌবা নত্তে। রাকমতুদা য়ানিংলতুনা থা ৯গী জেলদা থমজিন্নবা পীখিবা দণ্ড অতু চহি অনি ফাওবা (করিগুম্বা অনৌবা মরাল লংজরক্রবদি) য়ৈথোক্লনা থমখি।

শোক ১৯৫২ ডিসেম্বর থাদা চিফ এলবার্ট লুটুলী এঃ এনঃ সিঃগী প্রেসিডেন্ট জেনেরেল অতুগা নেলসন মন্দেলাবুনা মহাক্কী দিপুটি ওইনা খনখি। হান্ননা ওজা অমা ওইবগী পুন্সিদা লৈরম্বা অমসুং চহি ১৭ চিফ ওইরকপগী হৈ-শিংবা লোয়ননা ধর্ম্মদা চেৎনা থাজবা খৃষ্টান অমনি। মহাক্লা প্রেসিডেন্ট ওইবগা পোর্ট এলিজাবেথতা মী লিশিং কুন্থ্রামগামুক তিনবা মীতিন অমদা রাঙাংখি। ওরেঞ্জ ফ্রি ইষ্টেটতা থুংবা মতমদদি অথিংবা হুকুম থমতুনা মফমতুদা রাজনিতিগী শিক্ষা পীনবা হোৎনবতু পুলিসনা থিংখি। নেলসন মন্দেলা য়াওনা এঃ এনঃ সিঃ অমদি ইণ্ডিয়ান কংগ্রেস মেম্বরশিংগী মথক্তসু অথিংবা হুকুম অসে থম্মখি।

থা আফ্রিকা সরকারনা কম্যুনিষ্টপু নমথবা হায়বা এক্ট অসিগী মখাদা লৌখৎখিবা অথিংবা হুকুমশিং অঙকপা মওং অমা ওইখি। অহানবদা লামায় অমা অনিগী ওইনা অথিংবা নিয়মশিং ইতুনা পীরম্মী, মমৈথংদদি লামায় নিপান নত্রগা তরা ফাওবা শাংথনা অথিংবা হুকুম ইরগা পীরম্মী। মরাল লৈবগী মরম প্রমান অমতা

য়াওরমদে, আপিল তৌবস্তু য়ারমদে সুপ্রভগী কৃশি তৌনা হায়নিংবতা হায়জনবগী মওংনি। আইনগী মন্ত্রিনা পীবা হুকুম ফংবা খুদিংমক কম্যুনিষ্ট নিত্তি শন্দোকপগী মরাল লৈরবা মীওইনি হায়না লৌরম্মী অমসুং মখোয়বু চহি তরা ফাওবা অথিংবা হুকুমগী মখাদা থমলম্মী।

মিটিংনচিংবা অমতা য়াওবা য়ারোই হায়বগী অথিংবা পিরবা নেলসন মন্দেলা থা ৬ মুক জোহান্নেসবর্গতগী চথোকহন্দনা লৈহনখি। অতোপ্পা শাথিরবা আইন কয়াসু লৌখৎখি— কনাগুম্বা অমা মরাল লংজরবদি অথিংবা হুকুম য়ানিংদবা উৎতুনা নত্রগা আইনগী মায়োক্তা মীয়াম খোমত্থনা আন্দোলন হৌবা য়াওরবদি মহাক অদু চহি অহুম জেল, পাউণ্ড ৩০০ গী জরি, শাক্তেনা তরারক ফুবা নত্রগা দণ্ডিশিং অসিগী মরক্তা অনি পুম্না ফংবা অসিনি। অদুগা কনা-গুম্বশিংনা অতোপ্পা মীওইশিংদা আইন শিংনবগী থবক তৌনিংনবা বাহৈনা নত্রগা থবক্তা পুক্লিং থৌগৎলবদি মথক্কী দণ্ডিশিং অসিগী মথক্তা পাউণ্ড চনিগী জরি নত্রগা চহি অনিগী জেল হাপচিল্লম্মী। মীয়াম মমাংদা ফোংনা বা ঙাংবা য়াহন্দ্রবসু নেলসন ফিজং মরুমদগী অনৌবা রাজনিতিগী লাম্লোং কয়া শেম শাবদি লেপ্পা লৈখিদে।

---

## ৫শুবা পন্দুপ

নেলসন অমসুং এভলিন মন্দেলাগী অঙাং অহুম লৈরম্মী—মচান্থুপা অনি, মুপী অমা। থেম্বী, মকগাতো মুপানি, পুমলানা মুপীনি। শোক ১৯৫০ হৌগৎলকপদা মচান্থুপাশিংহু ওয়লেন্দো প্রাইমারি স্কুল কারম্মী। নোংমা চহি ৬ শুরবা মচান্থুপা মকগাতোগা লোয়ননা ওলিভর টম্বুগী চান্নবী এদিলাইদ সুকুহু গাড়ি তোং-মীন্নহুনা থিন্দোকপীরম্মী। গাড়ি অসুম থোরকপদা শগোল গাড়ি অমগী নাক্তা তম্না চংশিল্লম্মী। শগোলনা গাড়ি চিংবহু মচান্থুপা মকগাতো য়েংহন্নিংলম্মী লোইননা মানা অঙাং ওইরিঙৈ মতমদা থুঙ্গংদা লেনখিবা পুন্সি অমসুং মফমহুদা লৈরম্বা লমলক্কী শা-উচেক্কী মরমদা শুগায়না তাক্লম্মী। এদিলাইদনা থনখি কয়াদা চেৎনা লৈপ্রবা মুংশিবগী রাথলনো মথুঙ্গং মুংশিজবগী! থুঙ্গংগী পুন্সি অমসুং সংসার পিক্লবা মচাশিং অহুগী রাথলনা মমি তাহনবা পামখি।

উকিল অমা ওইবগী গুণ শুনা চেল্লবা নেলসন মন্দেলা শোক ১৯৫০ দা ওলিভর টম্বুগা পাহুনা তোঙানবা ফার্ম অমা লিংখৎখি। জোহান্নেসবর্গকী মেজিস্ট্রেট কোর্টকা নক্লনা লৈবা চান্সেলর হাউস, ভারত মচা অমথক্কী য়ুমগী অনিশুবা মথোলদনি। হায়রিবা বিল্ডিং অসিদা নত্তনদি আফ্রিকানশিংনা য়ুম রায়বা ঙম্মদে। পি-থ্রাইগী কোনপাক অমদা "মন্দেলা অমসুং টম্বু" হায়না ইরগা থেৎপহু উবদা থেম্বু শাগৈগী মীয়াম্না হরাও মথোই কানা লাওখি—"ঐখোয় ইরমগী উকিলশিং।" আইন অমসুং রাজনিতিগী লমদা মন্দেলা অমসুং টম্বু মখোয় অনিসি অমনা অমগী অরাংপা মেনথৎপা ঙম্বা চপ চানরবা লম্বানি। মন্দেলা, পুন্সিবু হরাও তয়াম্না অমদি

হিংবগী মহাও অনিংবনা থুমহৎলবা মীশক্তি, অমরোমদা টম্বু পুন্সিগী অর্থ অমসুং পান্দমগীদমক মন্নুং হকচিন্না থনবা অচুম-অরানগী বিচার নৈনবা পামজবা মীশকনি। তোঙান তোঙানবা গুণ চেনবা ঙাক্তি হায়নঙাই লৈতনা। অনিদু পুনশিন্নগদি মপুং ফারবা শক্তমনি পুন্সিগী। মখোয় অনিমক চুম্মদবা শাজৎকী মায়োক্তা অশাওবা য়ানিংদবা উৎপদা কন্নাবুসু কিদে। অসিগুম্বা মতমদদি মন্দেলানা থন্না হেন্না য়ানিংদবা উৎপদা অনিংবা পুম্নমক অখাকপা লৈতনা দং দং হেক্তা হায়বা ঙম্মী। থরা হুম্ববা কোর্টশিংদা কেশ লেপ্পবদা মেজিষ্ট্রেট অমসুং পুলিসকা হাকথেংননা খৎনবা য়াওখি। মতম চুম্নদা অশাওবগী শক্তোন লৌরপ্পা ঙাক লৈবদি নত্তে। ফাপী জুগাই তৌদুনা নোক্লিং য়াহৈ কয়াসু ঙাংদুনা মীয়াম বা লাওনা নোকহনবসু ঙম্মী।

নোংমা মন্দেলানা হুরানবগী মরাল শিদুনা ফারবা আফ্রিকান মীনাই অমথক্কী কেশ লেপখি। আফ্রিকান মচা অদু অঙোবা সাহেব অমগীদা মীনাই ওইনা লৈবনি। মেম সাহেব অদুনা মাগী মফি-মরোল পুম্নমক আফ্রিকান মচা অদুনা হুরানবীগ্রে হায়দুনা য়াকৎপনি। বিচার চৎথরকপদা মেম সাহেব অদুনা মানা মরাল শিরিবদু চুম্মী হায়বগী শাক্ষি ওইনা ফি-রোল খরা লৈমায়দা থম-দুনা মেজিষ্ট্রেটকী মাংদা উৎলি। ফিশিং অদু মুন্না য়েংলগা মন্দেলানা পেন্টি জুন্না অনিখক থাঙ্গৎলকখি। মেম সাহেব অদুনা লেপ্লিবা বোক্স অদুদা চংশিন্নরুগা— "পেন্টিশিং (মুপীশিংগী ফিমুংদা শেৎ-নরা য়াম্না পাবা ফি) অসিসু নংগীরা মেদাম ?" মুপীদুনা মন্দেলাদা গুক্তোক্তুনা শাওনা য়েংলগা "নত্তে" হায়রন্নগা মফি কন্দুনা থোকখি। ময়াম বা লাওনা নোকখি। থুদক্তা মেজিষ্ট্রেটনা কেশ অদু ককথৎখ্রি।

জুন ১৯৫৩, মন্দেলাগী মথক্তা থম্লরা অথিং-হুকুম লোইবা মতমনি। মহাক অমসুং সিস্লু সোফিয়া সহরদগী দগিনা-মীয়াম লৌথোকপগী থৌশিলবু য়ানিংদবা উৎতুনা ফাদর হুদ্দলষ্টনা অচৌবা সিনেমা হোল অমদা মিটিং থৌরাং তৌবহু য়াওখি। গ্রুপ এরিয়াজ এক্টকী মখাদা কুচু মুবা লিশিং য়াখেনিপালমুক মশাগী লমদা নিংতম্না লৈজবহু ময়ুম-মকৈ থাদোকহনখি। অসুম্না তাম্থোকপগী থৌরাংসি করিদগী থোরকখিবগে হায়ববু খুমলোম্লবদা লৈরিবা অঙৌবশিংনা লম থোপচিনবা পাম্লকপদগীনি। য়াম্না ইংনা শিল লাংলিবা মিটিং অহু থুগায়নবা ষ্টেনগন অমসুং রাইফল পায়বা পুলিসশিংনা ধমকা তৌখি। সিস্লু অমসুং মন্দেলানা শাওগৎলবা মীয়ামহু ইংথনা লৈননবা আপিল তৌখি। অমরোমদা ফাদর হুদ্দলষ্টনা পুলিসকা মরৈ য়েংনহুনা লৈরি— বার্নিং খরা তৌবদি য়াই অহু নত্তহুনা হেক্তা চংশিল্লকুনা অকায়বা পীবদি মীওৎ-মীনৈগী অমসুং সুপনম শাসনগী অকিবা ফংলবা খর কামশিনবনি হায়না পেন্দবা ফোংদোকখি। সোফিয়া টাউন অশিবগী পাংথক ওইখি। দগিনা ময়ুম-মকৈ থাদোকহনখ্রবা আফ্রিকানশিংনা হায়নিঙাই লৈতনা অরাবা নংখি। মাং-তাকহল্লবা মফমহুদা অঙৌবশিংগী লৈফম শাগৎখি।

১৯৫৩ সেপটেম্বর থাদা মন্দেলাগী মথক্তা অথিংবা হুকুম অমুক হন্না থমখ্রে। হন্দক্তি নেলসন মন্দেলা মিটিংনচিংবা য়াওবা য়াহন্দবা অমদি জোহান্নেসবর্গতা চহি অনি চৎথোক্তনা লৈননবা অথিংবা পীবদা নত্তনা এঃ এনঃ সিঃ অমদি অতৈ মরি লৈনবা সভা কয়াদগীসু রিজাইন তৌনবা খওহল্লকখি। করিগুম্বা মরাল অমত্তা পীদনা হেক্তা তকশিল্লকপনি। ট্রান্সভাল এঃ এনঃ সিঃগী চহি মীফম য়াওবা য়াওহনখিদে। অত্তুম ওইনমক উপাই অমা তৌহুনা ট্রান্সভাল একজিক্যুটিভতা মাগী প্রেসিডেন্সিয়েল এড্রেস থাবা ঙমখি।

মাগী পাওজেলদা ভাং কুচু খায়বগী মায়োক্তা চংশিন্নক্লিবা আন্দো-লনবু নমথননবা মীয়ুংশি য়াওদবা সরকারগী শাজংশিংবু নিন্দা তৌখি। মীয়ামগী ওইবা মীটিং পাংথোকপদা অরুবা ফিভম লাক্ল-বনিনা কংগ্রেসকী ওরগনাইজেসনস্থ অনৌবা শক্লোন অমা লৌবা তাখি। খ্বাইদগী নেম্বা থাক্তা ওরগানাইজেসন শাগৎপগী থৌরাং পায়খৎখি। লম্বীগী মচি মচিদা, য়ুমথোঙ খুদিংদা, বস মন্নুং অমদি কল কারখানাদা চংহুনা তুমিন তুমিন উনহুনা মেম্বরসিপ থোমখৎপগী থবক হৌননবা আপিল তৌখি। মহাক্না লোম্না পাও পীবা অমদি মীয়ামবু শাওগংহন্নবা শিনবা কাংবুদা চেকশিন বাহৈ পীখি। পাও-জেলহুগী অরোয়বা শরুক্তা নেলসন মন্দেলানা হায়খি— "খা-আফ্রি-কাদা অতৈ পৃথিবীগী মফমদা তৌবগুম্না লালহৌ অমা হৌননবগী চপ চাবা মতম অমা লাক্লে। মসি মীয়ামগী পুক্লিংদা চপ য়ুংপ্রবা অনিংবা অমসুং অপাম্বা— মীওং-মীনৈগী য়োহ্লিং মতম পুম্নমক্কী ওইনা থদংতুনা মাংহনখিবা হায়বা অপাম্বতু থুংননবনি। নখোয়না হেক্লা তারবহুনি, নেহরুনা হায়খি — ***There is no easy walk to freedom*** ... ...।"

অথিংবা থক্লিডৈ চহি কয়ামুক অহুদা নেলসন মন্দেলাগী মরু ওইবা থবকশিংদি রাজনিতিগী ওইবা চেকোঙ 'লিবরেসন' অমসুং সাহিত্যগী ওইবা থাগী চেকোঙ 'ফাইটিং টোক্ষ' তা লিশাংশিংনা আর্টিকল কয়ামুক হাপ্লবা হোৎনবা অসিনি। মহাক্কী আর্টিকলশিংদা জুমিং খুদিং থোক্লিবা থৌদোকশিংদা মীয়ামগী মীকুপ নাহুম শিংনা লৈনবা বাফম অমসুং আফ্রিকা মীয়ামগী অর্থনিতি ফিভম শোক-চিল্লকপা, লৈনবা য়ুম লৈশিন্নক্লবা, শেংন-চানবা ফি-রোল মরাং কায়দবা অমসুং হকশেলগী ফিভম কৎচিল্লক্লবা লোয়ননা থবক শুনবগী খুদোংচাকা লৈত্রিবা অরাবা তারবা হিংননবগীদমক থেংনরিবা

সমস্যাশিংদু পন্দুনা ইখি। শিল্পীশিংগী আধিকার মাংহনবা, আফ্রিকানশিংগী ইমুং-মনুং তোথায় তাহন্দুনা অম্রাবা নংহনবা আইন, শক্তি লান্না শিজিন্নহুনা শিল্পীশিংবু থবক শুকম কোলোনিদা লৈহনবা অমসুং অম্রেওবা লেবর ফংননবা হোংনবদা মীওৎ-মীনৈ অসিনচিংবা সরকারগী থৌশিলবু য়ানিংদবা উৎপা চেরোল কয়া চেকোওশিংদা ফোংদোকখি।

থোয়দো শিকপা থৌশিল বাণ্টুস্তান অমসুং বাণ্টু এজুকেসন হায়বা অমা ডাঃ ভরবোরদ নেটিভ এফিয়ারস মন্ত্রিনা হৌদোকখি। বাণ্টুস্তান হায়বদি 'হোম লেণ্ড' গী চৎনবী নিয়ম মথাদা আফ্রিকান মিলিয়ন মণ্ডাবু অপিকপা অমসুং অমোংপা খুন্সং চানি হুমক্ষুদা লৈহনগদবনি। লৈরিবা লমশিং অতুদসু মখোয়গী অকক্লবা আধিকার পীরম্দী। বাণ্টু এজুকেসনগী মথাদনা আফ্রিকান মচাশিং অসি ইউরোপিয়ানশিংদগী হুম্বনা লৈবনি অমসুং মখোয়গী মীনাইনি হায়বগী তম্বীনবা শিক্ষা মওংনি। আফ্রিকান মচাশিংবু মহৈ-মশিং তম্বীবগী থৌদাং পুন্নমক মিশনরীশিংদগী ওন্না লৌথোকপ্রে। লাইশং অমদি মিশনরী পুন্নমকসু তাম্থোক্লগনি হায়না লাওথোকখি। মহৈ মশিং তম্বীবগী লমদা চাদিং তৌবগী নমুনাসু মীচং-মীথায় নাইবগী মওংনি। অঙৌবা ছাত্র খুদিং পাউণ্ড ৪৪, এসিয়ান অমসুং কুচু মুবা ছাত্র অমদা পাউণ্ড ১৯ অতুগা আফ্রিকান খুদিংগীনা পাউণ্ড ৮ তমক ওইখি। অয়েৎপা অমসুং য়ানিংদবা কয়া উৎলবসু দণ্ডিনা চৎনহনখি। এঃ এনঃ সিঃ না ছাত্রগী মমা মপাশিংদা স্কুলদা মচাশিং অমত্তা থাদনবা আপিল তৌখি। অতুবু অরুবা ব্রাফমদি করম্বা থৌরাংনা মহুৎ শিলহনগদৌরিবনো? মখোয়না খঙডি মতুদি বাণ্টু এজুকেসন্না মচাশিংগী পুক্নিং অমসুং থৌনা শোম্বহনগনি অতুম ওইনমক মচাশিংনা লাইরিক তমদনা লম্বীদা ইঙাও ঙাওনা চেন চোংহুনা লৈহনবসু পামদে।

মসিগী পাণ্ডম্দা ওইনা নেলসন মন্দেলামা কম্যুনিস্তি ফুলসী ম্রাকম অমা পুখোকখি। কন্নিশুবা ওইখোকপা ওমন্ত্রগনা ম্নুমথোং খুদিং মহৈ তম্ফম শঙ ওম্লোকুনা অন্তাৱশিংবু শিক্ষা পীখি। মসিগীদমক এঃ এনঃ সিঃ ভোলুন্টিয়ারশিংনা কলচরেল ক্লব কয়ামুক লিংখৎখি। অছুবু কুইবা য়াখিদে। অনৌবা আইন অছুগী মথাদা অথিংবা অমুক পীখি। এঃ এনঃ সিঃ গী ভোলুন্টিয়ারশিংনা মহৈ মশিং তম্নীবগী থবক চৎথরকপন্থু ময়াল লৈবা মী অমদা পিবা দণ্ডি অমসুং ফাইন নত্রগা জেলদা থম্নবগী থৌরাং লৌখৎখি। য়ানিংদবা উৎপা মীওইশিংবু ফাখি। থৌরাং কয়াম্থু ফগু মরাং কায়দবদগী শিথরকখি। অসুম্না বান্টু এডুকেসন ইউনিভরসিটি অমসুং কলেজশিংদা শম্লোকখি।

এঃ এনঃ সিঃ গী মচং ওইবা লুচিংবশিং মখল অনি খায়দোক্নুনা অহানবদা খ্বাইগী মকোক থোংবশিং অনিশুবদনা খরা হম্বশিং অথিংবা হুকুমগী মথাদা ঙকথি চেক্নুনা থম্বগুম সংস্থানগী থবক পুম্নমক চৎথবা ঙমহনখিদে। অহুমশুবা মখলগী মেম্বরশিংনা এঃ এনঃ সিঃ গী লাঞ্জং মথা চৎথনবা হোৎনৈদি হায়ববু মপুং ফাবা ঙমখিদে। কংগ্রেসকী ওরগনাইজেসন ফগু ৱাৎপনা অসুম অসুম শোম্বরকখি। স্ট্রাইক অমদি য়ানিংদবা উৎপা সভাযাত্রানচিংবা মশিং হম্বরকখি। চৎথোক-চৎশিন য়াহম্ব্রবা লুচিংবশিংনা এঃ এনঃ সিঃ গী প্রোগ্রাম কয়া লোম্না পায়খৎলবসু মহুনা মীয়ামদা অকনবা ঈথিল পীবা ঙমখিদে। ফিভম অসি য়াম্না মুংনাংনা চিক্না য়েংবা তাখি। মন্দেলানা মীয়ামগী চিংনবা অকিবা ৱাখলন্থু কোক্নবা গনতান্ত্রিক ওইবা সংস্থানশিং জাৎ, পার্টি, ধর্ম্মগী খেন্নবা, কাওথোক্নহুনা অমতা ওইনা পুশিনবগী তঙাই ফদবা মীকুপ অমা লাক্লে খনখি। সংস্থান অসিগী তুংগী ফিভম কৈদনো হায়বগী লুরবা ফিভম অমা মায়োক্নরিঙৈ

মতমসিদা প্রো: মেথিউ কোবা ভিজিটিং প্রোফেসার অমনা ক্যেপ সহরদা এ: এন: সিং গী চহিগী মীকমদা জাতিগী ওইবা কনভেনসন অমা কৌনবা প্রস্তাপ তৌখি। অতুগুম্বা কনভেনসন অতুদা জাং কুচুগী খুন্নবা থমদনা মীয়ামগী মীছুং শুনা য়াওহনতুনা খা আফ্রিকাগী তুংগী ফিভম থম্নবা লোয়নননা 'ফ্রিদম চারটর' শেম্নবসু আপিল তৌখি।

মথং তাবা খোঙজং ওইনা ১৯৫৫ দা এ: এন: সিং গী থৌরাংদা অহোংবা খরা নিয়ম অমগী মথাদা পুরকখ্রে। সংস্থানসিগী থবক কয়ামুক্তা শতোপা সংস্থান কয়ামুকা খুৎশম্নলা চৎমিন্নবা হৌখি। ইণ্ডিয়ান কংগ্রেস য়াওনা সাউথ আফ্রিকা কংগ্রেস ওফ ট্রেড ইউনিয়ন, কলর পিপলস ওরগনাইজেসন, কংগ্রেস ওফ দিমোক্রেটসকী ওইবা কংগ্রেস এলাইয়েন্স হায়না খঙনবা অপুনবা সংস্থান অমা শেমখি। এলায়েন্স অতুনা মীয়ামদা শৈরেংগী মওংদা আপিল অমা চাইথোকখি :—

WE CALL THE FARMERS OF THE
RESERVED AND TRUST LAND!

Let us speak of the wide lands and the narrow strips on which we toil.

Let us speak of the brothers without land and the children without schooling.

Let us speak of taxes and of cattle and of famine.

LET US SPEAK OF FREEDOM!

আপিল অসিবু শোগংতুনা ক্লিপ টাউন্দা লৈবা ভারত মচা অমদি আফ্রিকানশিংনা এঃ এনঃ সিঃ গী কিরাল পাৱহুনা থাংজ হুমিং জুন তাং ২৫, ১৯৫৫ দা দিলিগেৎ লিশিং অহুমগী সভা যাত্রা অমা পাংথোকখি। "ঐখোয়না হিংলিভৈদা নিংতম্বা ফংহল্লু, নিং-তম্বগী আন্দোলন মতম কুইনা হিংসল্লু" হায়বা স্লোগান কয়া লাওখি। শরুাইরবা লুচিংবশিং অথিংবা হুকুম্না মরম ওইহনা ইয়াও য়াওত্রবস্থ আফ্রিকান সমাজগী খ্বাইদগী বাংবা ইকাই খুম্মবা উৎপা উপাধি চিক লুটুলি, ডাঃ ডাছু অমসুং কাদর হন্দলটন্দা পিনবা লাওথোকখি। দিলিগেৎশিংদা 'ফ্রিদম চার্টর' ইংলিস, সেসোটো অমসুং খোসা লোন্দা পাথোক্‌নুনা তাহনখি।

"ঐখোয় খা আফ্রিকাগী মীয়াম্না লাওথোক্লি, দেশ অসিগী মীপুম খুদিং অমসুং পৃথিবী শিনবা থুংনা খঙননবা মহুদি খা আফ্রিকা লম অহুদা লৈরিবা মীয়ামগীনি, কুচু মুবা অমদি অঙৌবা অনিমক্কী মীয়ামগী অপাম্বা অমদি অনিংবদা য়ুম্ফম ওইদবা সরকার অমত্তনা শাসন তৌবগী দাবী তৌবা অচুম্বা ওইরোই।" ফ্রিদম চার্টর অমসুং মহুগী পান্দম মথং মথং পাকথোকপা খুদিং তিল্লিবা মীয়াম্না য়ান্নিংবগা লোয়ননা হৌনা লাওখি :— ***'Africa!'* —*'Mayi buye!'*** ।

নোংমাইজিং নুমিৎকী নুংথিলদা ষ্টেনগন অমসুং রাইফল পাইবা পুলিস কাংবু অমা মীয়াম তিল্লিবা মফমদা চংশিল্লকখি। মখোয়না থুংলবগা দিলিগেৎশিংনা হৌগৎতুনা মথুং থাঙৎলগা কংগ্রেসপু ইকাই খুম্মবা উৎপগী সলামি পীখি। লুচিংবশিং অমদি চিয়ারমেননা মীয়ামবু ঈংনা তপ্পা লৈননবা পাওতাক পীখি। মীয়াম্না লৈবাক নিংবগী ঈশৈ খোঞ্জেল অমত্তা ওইনা শকখি। পুলিসনা মীয়াম

মরক্তা বা ভাংলবশিং থিত্থনা কাখি। অতুপা ফিরাল, পোষ্টর অমসুং নোটিশন চিংবা অতৈ চে-চাং পুম্নমক পুখি। পুলিসকী কিহনবা খুদিং নাচুংবা তৌদনা জাতিগী ঈশৈ 'Nkosi Sikelel I Afrika' (God bless Africa) শক্লগা মিটিং মাই পাক্লা লোইশিনখি।

থা অহুম হৌখ্রবা মতুং নোংমা নোংঙাল্লমদাইদা খা আফ্রিকাদা খ্বাইদগী চাওরবা পুলিসকী লান্দাবা অমা থোকখি। খুৎলাই পায়বা পুলিস লিশিং লিশিংনা মীচম প্রজা য়ুমদা চংহনা মুপী মুপা চান্মা চান্মনা খুজিং ওইহনা ফাখি অমসুং মীয়ামগী ঈহৌগা মরি লৈনবা চে-চাং মুনখি। কম্যুনিজমবু নমথনবা অমদি ইরাং থোকহনবা য়াবা মী পুনবা থিংনরা আইনবু শিঙনরকপা খুদিং ফাজিনখি। শোক ১৯৫৫ গী লোইরমদাইদদি নেলসন মন্দেলাদা থম্লম্বা অথিং-হুকুম মতম লোইরগদবনি। অতুবু সরকারগী অরোনবা থবক তৌবা স্পিসিয়েল ব্রাঞ্চনা মাগী মথক্তা চহি মঙা অমুক অথিংবা আইন চলাইরম্মী। মীমুংশি য়াওদবা শাজৎ অসিনা নেলসন মন্দেলাগী রাজনিতিগী ওইবা পুন্সিদা অশোকপা অমা পীবতা নত্তনা মাগী য়ুম-কৈ পানবগী পুন্সিদসু অকায়বা কয়া নং-হনখি। মতমতুদা মাগী মুপী এভলিনসু নাটালদা মিদ ৱাইফ তম্বা চংখি। অঙাংশিং কয়া য়াম্না চেকশিন্না য়েংশিনবা ঙমগদগে হায়না মুংনাংবা পোকখি। ঙম্বমখৈ য়েংশিন্নবা হোৎনখি।

অনৌবা প্রাইম মিনিষ্টর জেঃ জিঃ ষ্ট্রিজদমনসু হান্নগী চংনরম্বা পুলিস ষ্টেট শাংথননবা হান্না চংনরম্বা আইনশিং শেমদোক-শেমজিন কয়া তৌখি। অকনবা চৈরাক পীবা য়ানবা আইন ঙাক্তনি। আইনশিং অসি চলাইবদা অথিংবা পীবা মী খুদিংমক অরাপ্পা লমদা হুন্দোক্তুনা নাইতোম লৈহনবা অনৌবা হাপচিল্লকপা দণ্ডি

মথল অমনি। মসিগীসু মথক্তা শোক ১৯৫৬ তগী আফ্রিকান নুপী খুদিংমক পাস পায়দুনা চংননবা আইন লাওথোকখি। শোক ১৯১৩দা ওরেঞ্জ ফ্রি ষ্টেটতা তৌখিবগুম্না নুপীশিংনা য়ানিংদবা উংখি। এঃ এনঃ সিঃ লিদরশিংগী নুপীশিং অয়াম্বা বুইমেন্স লিগকী মেম্বর ওইরম্মী। মথোয়না য়ানিংদবা উংপা ঈহৌ অহু অতৈ অতোপ্পা জাতিগী নুপীশিংনসু শৌগৎলম্মী। মথোয়গী মরক্তা ইংলণ্ডদা পোকপা ট্রেদ ইউনিয়ন বার্কর হেলেন যোশেফসু য়াওরম্মী। লিলিয়ান নোবুইয়াম্না ইচং থৌবী লিগকী প্রেসিডেণ্টনি। মহাক্না নুপীশিংদা শন্দোক্না হায়খি— "নিপাশিং অসি চংনবী অসিগী মমুংদা পোকপ্রে অমসুং মথোয়না পাস পায়রগা চংপা হায়বসিসু পুন্সিগী চংনবী অমগুম থনপ্রে। ইমুং-মমুংগী নুপী অমমম ওইনা ঐখোয়না উপ্রে ঐখোয়গী নিপাশিংসি সরকারনা করম্বা মওংদা লোয়নবগে হায়বতু। মথোয়না অয়ুক্তা য়ুম হেক থাদোক্নুনা চংখিবদা নখোয়না হায়বা ভমদে মথোয় করম্বা মতমদা য়ুম হল্লকনি। মসি ঐখোয়না য়াম্না শাথিবা অমা ওইনা লৌই। ইপুরোইবশিংবু কাজিনথ্রবা লোয়ননা মমা ওইবী ঐখোয়বুসু, অঙাংশিংদি করি ওইবা তাবা?"

নুপী লিশিং লিশিং লৈবাক্কী মফম কয়ামুক্তগী লাক্নুনা তিনখি। প্রেটোরিয়া সরকারগী মায়োক্তা য়ানিংদবা উংখি। লম্বীদা ফোংনা চংপা থিংখিবদগী নুপী অনি অনি, অহুম অহুম মচিং মচিং চংনখিন্নুনা প্রাইম মিনিষ্টরগী ওফিস তমখি। কনা অমনা এঃ এনঃ সিঃগী ব্লাউজ শেৎলি, কনা অমনা ছারি। মচা পোত্নুনা নত্রগা পোলাংদা চান থক্লবা পুন্নুনা চংলি। বাকং চে চবুল পিশিল্লুরগা তুমিন তুমিন অচৌবা বিল্ডিংগী মীয়াম তিনকমদা লেপ্পুনা লৈনৈ। লিলিয়ান নোবুইনা য়াম্না চীং লেম্না লাম্বীগী ঈশৈ চিংলকখি, ময়ামসু হৌনা

খুন্নকখি— "স্ত্রিজদম নংনা মুপী অমগী মশা শোকে খল্লবদি নং মুংজাও অমদা থেংজিল্লবনি।" তুংদা জাতিগী ঈশৈ শক্ল শক্ল ময়াম কায়নখি।

খঙহৌদে পুলিসনা য়ুমথোং লিশিং লিশিংদা লান্দাবা হৌখি। মীয়ামগী আন্দোলনগা মরি লৈনবা চে-চাং অয়াম্বা ফাগৎখি। দোকুমেন্টশিং অয়াম্বা নেলসন মন্দেলানা ইবমি হায়বা খঙখি। দিসেম্বর তাং ৫, ১৯৫৬ কী নোংঙাল্লমদাইদা থোঙ নম্বা হৌখি। নেলসন মন্দেলাস্থ মাগী ওয়লেন্দোদা লৈবা য়ুমদগী হৌদোক্লগা ফাখি। মহাক নত্তবা অতৈ মুপী কয়ামুকস্থ লৈবাকী তোঙান তোঙানবা মকমদগী ফাগৎখি। চুম্না ফাজিনখিবতা নত্তে মখোয়গী মথক্তা ষ্টেটকী মায়োক্তা ঈরাং হৌবগী অমস্থং ষ্টেটতা রাজভক্তি থমদবগী অৱাংবা থাকী মরাল লৈবা শিবগী দণ্ডি ফাওবা পীবা য়াবগী মরাল শিরগা ফাখিবনি।

## ওশুবা পন্দুপ

নেলসন মন্দেলা, সিসুলু অমসুং টম্বু মখোয় মহুম পুলিসকী গাড়িদা হাপ্লগা জোহান্নেসবর্গকী অরিবা জেল ফোর্টতা পুরকখি। লৈবাক্কী মফম কয়ামুক্তগী মিলিটরি এরোপ্লেন্না তোঙান তোঙানবা জাতিগী নিপা-হুপী, কৈশুম শঙদা থম্লবা পুশিল্লকখি। নাটালদগী চিফ লুটুলি, ডাঃ নাইয়েক্কর অমসুং ইসমাইল মির য়াওরকখি। অদুগা প্রোঃ মিথিউনা নোংপোক থংবা ক্যেপ সহরদগী ফারকপা কাংবুগী মনুংদা য়াওরকখি। মরু ওইবা লুচিংবশিং অসি নত্তবা পুন্না মী ১৫৬ মরাল লৈবা মী ফারকখিবগী অয়াম্বনা ড্রাইভর, কেরানি, ফেক্টরীগী শিন্মী, থবক শুবা মীওই, ওজা অমদি ইমুং মনুং মুপীশিংনি। অরিবা কংগ্রেসপু মুংশিজবা লুচিংবশিংগী মনুংদা জেমস কালাটা, নিংতম ঈশৈ ইবা ফাজিনবদা য়াওখি। ট্রান্স-ভালদা ফোঙবা নিউ এজগী ইডিটর রুঠ ফার্স্ট মপুরোইবা জো স্লোভো লিলিয়ান ঙোয়ী অমসুং হেলেন যোশেফন চিংবসু ফাখি। বন্দিশিং অয়াম্বা খা আফ্রিকান সোসাইটিগী মখল মখাগী জাৎ শুরে— আফ্রিকান ১০৫, অঙৌবা ২৩, ইণ্ডিয়ান ২১ অমসুং অতৈ কুচু মুবা তরেৎ ৭ অসিনি। অহানবদদি মখোয় পুন্না লৈমিন্ন-হল্লম্মী অদুবু থুদক্তা 'ইউরোপিয়ান' অমসুং 'ইউরোপিয়ান নত্তবা' হায়না খায়দোকখি।

অথিংবা আইন্না মরম ওইদুনা মখোয় মশেল উনবা ফংখিদ্রবা লুচিংবশিং জেলদা লৈরবা মতমদদি পুন্না উনবা ঙম্মে, খা তানবগী থুদোংচাবা ফংলে। অমরোমদা ফাজিনখ্রবা লিদরশিংগী মহুৎ শীন্নবা

থোৱাং তৌখি লোয়ননা বিশোপ রিভ্‌সনা লুচিংহুনা 'শ্রিজন ট্রাই-য়েলস ডিফেন্স ফণ্ড' খোমজিনবা হৌখি। ফণ্ড খোমজিনবগী থবক্তা অন্তরজাতিগী ওইবা সংস্থানশিংনা মতেং পীরকখি। লণ্ডনগী খৃষ্টিয়ান এক্সন কৌবা সংস্থান অমনসু জোহন কোলিনগী লিচিং মখাদা ফণ্ড খোমজিনখি।

মীয়াম ফাজিনখিবগী চয়োল অনিগী তুংদা বিচার তৌবা হৌনবগী অকুপ্পা ৱারোল শেম-শাবা চাংয়েং অমা হাংদোকখি ডিসেম্বর ১৯, ১৯৫৬ তা। পাক শন্না লৈরিবা মীয়াম্না লম্বীদা কংগ্রেসকী ঈশৈ শক্লি। বিচার লোয়শঙ ওইরিবা মফম ড্রিল হোলগী অকোয়বদসু মীয়াম্না বন্দিশিংহুগা লোয়ননা মথুম মরাং হৌনা লৈবাক নিংবগী ঈশৈনা পুমনিল নিল্লি। হোল মনুংদা মরাল লৈরে হায়না ফাজিল্লিবশিং, পাব্লিক অমসুং প্রেসকী মীওইশিংগা ইয়ান য়ানশিন্নখ্রে। মতু উবদা পুলিসমেনশিং ইঙক ঙকখি, করম্না কনট্রোল তৌগনি খনবদা ঙকচানখি। ওরদর নাইনা ফম্নবা হুকুম তৌরকপদা বন্দি ১৫৬ তু চৌকিদা পরেং পরেং ফমহনখি। বন্দিশিংনা পরেং লেংহুনা ফম্বহু অচৌবা মীফম অমদা দিলিগেং ময়াম তিনবগা পাংথক ওইখি। মেজিষ্ট্রেটনা ৱা ঙাংবা হৌরমদাইদা মাইক্রোফোনহু বেরা তৌখি, ৱাহৈ অমফাওবা তাবা ঙমখিদে। মমৈথংদা কোর্ট ফম্বহু য়ৈথোক্লে হায়না লাওথোকখি, মীয়াম্না হৌনা নোকখি।

মথংগী নুমিত্তদি কোর্ট রুমদা অহোংবা থোৱাং খবা শিনখ্রে। বন্দিশিংহু ৱায়ারনা থাজিনবা শারঙ অমগী মনুংদা লৈহল্লি। মতু উবদা শক্লাইরবা দিফেন্স উকিলশিংহুনা বন্দিশিংবু জঙ্গলদগী শা উচেক ফারগা থম্বদোনা শারঙ অমগী মনুংদা থম্ববু য়ানিংদবা উংতুনা কেশ লেপখিদে। শারঙহু লৌথোক্লবা থোৱাং তৌরিঙৈদা ড্রিল

হোলগী মপান্দা নোংমৈ কাপ্নগী মখোল তারকখি। মীয়াম তান-খায়নবা নোংমৈ কাপশিনবদা মী ২২ শাথিনা শোকখি। মীপাইরবা মীয়ামতু জোহান্নেসবর্গকী বিশোপনা ইংনা লৈননবা থেমজিনখি। পুলিসকী ইনচার্জ ওইরিবা কলোনেল অতুনদি য়ান্না শাওনা মাগী মীশিংদা চৈ থাংখি।

মতম খরা লৈরগা ফাজিনখিবা বন্দিশিংতু জামিন্দা লোইনা থাদোকখ্রে। মুমিৎ খুদিং মন্দেলা মাগী মরুপশিং পুতুনা ড্রিল হোল অমসুং সহরদা হঙ্গৎ হন্দা চংপা তাখি। ষ্টেটনা পুখৎলকপা কেশকী মচাকশিং অতু উরুবদা য়ান্না নোক্লিংবা প্রমান চাদবা ঙাক থেংনখি। অতুম ওইনমক প্রোজিকুটরনা হায়খি মতুদি মখোয় জাতিগী নিংতমহন্নবা আন্দোলনদা শরুক চাওনা য়াবা মেম্বরশিংনি হায়বতু প্রমানগা লোয়ননা উংকনি। য়ুথ লিগকী এক্সন প্রোগ্রাম অমসুং নেলসন মন্দেলাগী অইবা চেয়োলশিং মরু ওইবা দোকুমেণ্টশিংনি হায়খি। নেসনেল লিবরেসনগী বা ঙাংবা খুদিংনা মার্কসিষ্ট লেনিনিষ্টকী নিতি নিয়ম শন্দোকই হায়নসু চার্জ তৌখি। ষ্টেট সরকারনসু উংকনি মতুদি ফ্রিদম চার্টরদা পল্লিবা বায়োল খুদিংমক কম্যুনিষ্ট ষ্টেট অমা ওইনবগী মাইকৈদা চংশিন্নবা ইঙ্গিং য়াওই, মসিনা লালহৌ অমা পুরক্লবা শাগৎপদা মতেং ওইগনি। চার্জশিং অসি মরম চাদবনি হায়না দিফেন্স কাংবুনা য়াখিদে। মরমদি কংগ্রেস এলাইয়েন্সকী পান্দমশিং তশেং তশেংনা চার্টরদা ফোংদোকপ্রবনি। পান্দমশিং অতু কেশতা লৈরিবা বন্দি ১৫৬ অতু থক্তীদা নত্তে, লৈবাক অসিগী মী লিশিং লিশিংগী ফিদমশিং য়ান্না ফোংনা য়ানিংনা ফোংদোকপনি।

অসুম্না কেশকী মরম তন্দে-মান্দে চংথবগী মওং অমা লাকপদা মরাল শিরবা মীওইশিংদা খুদোং চাদবা কয়ামুক থোকহনখি।

মখোয় য়ুমদগী য়াম্না শাংনা লাকপা তাখি, লোয়ননা মখোয়গী ইমুং-মচুং দিফেন্স কণ্ডগী মতেংনা ছিংননবা হোৎনবসু অরাবা ওইখি। ওলিভর টম্বু অমসুং মন্দেলাদি য়ুমদা লৈরগা ওহাক ওহাকী ওইনা হান্না তৌরম্বা থবকশিং চৎথবা ঙমখি। মতম অসি আলেকজেন্দ্রা সহরদা বস ভারা হেক্সৎপদগী থবক শুবা মীয়াম্বু য়াম্না শাওগৎহনবা মতমনি। য়ানিংদবা উৎতুনা থা মরি চুপ্পা নিপা মুপী লিশিং য়াখৈনা খোঙনা অরাপ্পা থবক শুকম তানা চৎখি। মতুদা সরকারনা আইন অমা পাস তৌরগা শিল্পীশিংদা-চৎথোক চৎশিন ভারা মতেং পাংনবা এনপ্লোইয়ার শিংদা খঙহনখি। মমৈথংদা ভারাগী মমল বোই-কোট তৌত্রিভৈগী মমাংদা চৎনরম্বা মমলদা হুম্বহনখি।

সেপটেম্বর ১৯৫৭ তা কেশকী থবক ইংখাং অয়াম্বা মতম শাংনা য়ৈথোক্লুনা থনখি। মরাল লৈরে হায়তুনা ফাজিল্লুবা কাংবুনা য়াম্না খোয়রাং খোয়শাওননা য়ুমদা হুম্বরকখি। মখোয়না থুংলবগা জোহান্নেসবর্গ সহরদা হাৎন-শুনবগী ঈরাং থোক্লুনা আফ্রিকান মচা নিফুদগী হেন্না হাৎত্রে অতৈ কয়া অমনা শাথিনা অশোক অপন নংবগী পাও শন্দোরকখি। থোদোক অচুনা হান্ননা শাওগৎতুনা হুম্বরকপা কাংবুদা মথৌ হাপখি। সরকারদা থোদোক্লুগী মরিদা ইনকারী অমা তৌননবা য়াকৎলুবতু কান্নখিদে। সিটি কাউন্সিলনা থিগৎপগী থবক চংশিল্লুবদা ফংলকখিবা মরু ওইবা মরমশিংদি জাৎ কুচু খায়বগী চৎনবী, মাগী মাগী জাতিশিং কাংলুপ কাংলুপ লৈহনবা, থবক শুবা লেবর পুথোক পুশিন তৌবগী থৌশিল, লাইর তাহনবা শিল্পীশিংদা মহৈ-মশিং অমদি শিনফমগা মরি লৈননা ট্রেনিং পীবিদবা, পোত্থানবা মতম পীবিদবা, আফ্রিকানশিংনা ট্রেন্দা চৎথোক-চৎশিন তৌবদা য়াম্না মুংভাইহন্দবা অসিনচিংবনি। অথুবা মতমদা মীয়াম্না বাণ্টু ওথোরিটিশিংগা ময়োক্লখি। পাস লোনা মরম ওইতুনা

অমাবা নংলবা মীয়াম্মা ট্রান্সভালদা হিংসাগী থৌদোক কয়া মফম অয়াম্বদা থোক্হনল্রে। মত্তুগী পাওখুম ওইনা সরকারনা খুৎলাই পায়বা পুলিস ময়াম অমা খুঙ্গংগী লমশিংদা চায়থোক্নুনা থমল্রে। মন্দেলা অমসুং টম্বু অনিদি কেশ্ চারবা কাংবুবু কন্নবা হোৎনবদা মথৌ য়াম্না চিল্লি। ঈন্নাং থোক্লিবা মফমশিংদা মখোয় অনি চৎলগা য়েংবা ঙমহল্লে, অথিংবা হুকুম থমল্রে। য়াম্না ন্নানা হোৎনত্নুনা মখোয় অনি লো প্রাকটিস তৌবদি লেপতে। চয়োলগী অরোইবা মুমিৎ খুদিং ওরলেন্দোদা লিগেল ক্লিনিক হাংত্নুনা মীয়ামদা কেশকা মরি লৈনবা ন্নান্নী ন্নাতাই শানবগী খুদোং চাবা পীরম্মী।

মীয়ামগী ঈহৌস্থ কনখৎলকপা, মীশি-মীনা, মীফা মীপুনস্থ হেনগৎলকপা মৈশা লাংনরবা মতমসিদা নেলসন মন্দেলা শক-চুদা লম য়ৌনা চঙখোম্লবী কনাগুম্বী অমবু খোয়দারুই। নোংমা জো-হান্নেসবর্গকী অচা-অথক য়োনবা দুকান অমদা চানবা পোৎ-চৈ খরা লৈরিঙৈদা ওলিভর টম্বুস্থ মাগী চান্নবী এদেলাইদ স্থকুত্থ (নহা ওইরিবী নর্স লুহোংগদবা কুইন্নবী) গা লোয়ননা চংলকখি। মখোয়গা লাক-মিন্নখিবনি ন্নুইম্নী নোমজামো। বরাঘনোথ আফ্রিকা হোসপিতালগী অহানবা কুচু মুবা মেডিকেল সোসিয়েল ন্নার্কর ওইনা থবক হাপপ্রবা নেলসনগা খুঙ্গং তিন্নবনি। হুনিৎতুদা শক খঙনখি ওলিভর টম্বুগী মঙেংনা নেলসন মন্দেলা মাগী তুংগী পুন্সিদা অন্না-অনা কয়া শক্লক য়ামিন্নগদবী অখাঙ কনবী শকহেনবী অমা।

অহানবা উনখিবা মুমিৎ খরনিগী তুংদা নোংমা মন্দেলানা টেলেফোন্দা ন্নুইম্নীবু চাকলেন অমা চামিন্ননবা বার্তোন তৌখি। ইথা থাজদবা ন্নাহৈত্থ তাবদা চ়হি কুনগী লময়োনা তনৌবী মাই-থোংদা লাংতক্নবগী শকফম তাখি। মহাক্কী ন্নাহৈ অমনা মী লিশিং লিশিংবু লিচিং অমতদা পুরকখিবা মীথোইরবা লুচিংবা অমনা

ফুংশিরীবকপা বাহৈদগী নাম্বোকপা ঙম্মখিরে, য়াম্লিংবা ফোংদ্রোকখ্রে। নোংমাইজিং হুমিংনি। হুম্লিংতুগী ওইনা মীয়াম্না উনরগা কেশকী হিরম কয়ামুক খমরগী প্রোগ্রামশিং লোইনা কুকথংল্লগা মহৌশাগা মাল্লদবা অনৌবা পুন্সি ইচেল অমদা তাওথরকখি। ভারত মচানা অশিল-অরাং ওইরগা ফম্বা হোটেল অমদনি। হিঙ, মরু-মরাং, মোরোকচিংবা থাকপা অশ্যাবা ইংখাং চাবগী শকফমতু মন্দেলানা য়েংনিংখি। মতুংগী দুমক্তা থৌওইনা শিনখিবনি হোটেলতুদা। চাক-ল্লেন চারিঙৈ মতুংদগী নেলসন, মাগী মতেং অমদি পাওতাক লৌবা লাকপা মীওইশিংদগী নাম্বোকপা ঙম্মখিদে। মাগী মাগী থেংনরিবা সমস্যাশিংগী মরি লৈনবা রাফমশিংদা মাগী লৈজবা জ্ঞান পীনরা হোংনখি। থবা ক্রি ওইগদ্রা হায়রগা হেক্না চিনবঙ্গুম থোকখ্রে। কুইনদ্রে, বুইটীগা য়োয়ননা সহরগী মতাই অহাংবা লমহাংদা কোয়থোরক্লে।

খোঙনা ঙহাক চংমিন্নৈ, পুক্লিং হুরবা অচিকপা দৃশ্য অমদা। অনিগী থম্মোয়দা নিংশিংহল্লকখি অঙাং ওইরিঙৈ পুন্সি খুঙ্গংগী ট্রান্সকী রিজার্ভ মতাইদা। অহাংবা অতিয়া, অশঙবা লৌব্লুক, তাম্না উঠিবা মঙ্গাবুংশিং থেমবা অম্না অমুক লৈত্রে। খোঙ্গেল থোক্লা বারী শানদ্ররস্থ থম্মোয়গী ওইবা বাদি অমতা ওইখ্রে।

মশাগী চহি ৯দা অপোকপী কায়নখি, অঙাং ওইনা ইমুং মনুংগী পোৎলুম পুবা তাখি। মৌপা, মনাও মুপীশিং চেকশিন্না য়েংশিনখি মানা বোর্ডিং স্কুলগীদমক য়ুম থাদোক্লিফাও। অরা কোঙ্গায় নংজরক্লবীনি হায়তুনা মিংথোনখি অখাঙ কনবী অরা-অন্না কিদবী 'নোমজ্জামো' হায়না। অপোক্লপগী মিং কলম্বস মেদ্রিকী-জেলা কৌই। স্কুল অমগী প্রিন্সিপালনি।

মখোয় অনিগী তুংদা ওইরকখিবা পুন্সি কোয়না শাসনবগী মতম মতমগী ওইবা অমনি হায়না লৌবা য়াদে। মরমদি মখোয় খমথেংনা তিন্নরবা থাদোক্লবা ভন্নয়োইদবা মরুপ ওইবগী কিশিনা চেংনা পুনশ্রবনি। করিগুম্বা মতমদা নেলসন্না মমান্নবশিং থাজ্নুনা ব্রুইন্নীবু হোসপিটালদগী লৌহল্লুই। মাগা লোয়ননা সহরদা সহরগী মতাইদা পুজ্নুনা চৎলি। মরক মরক্তা মচাশিংগস্মু উনহল্লি। ব্রুই-ন্নীনা মচানিপা থেম্বীবু য়াম্না নুংশিনা লোয়নৈ। খরা কুইরবগী তুংদা এঃ এনঃ সিঃগী মিটিংনচিংবদা য়াওহল্লি। অবাংবা থাক্কী মরাল লৈরে হায়বা কাংবুবু কন্নবা ফণ্ড খোমজিনবদা মত্তে পাংনবা ব্যরী শানৈ। খোইদাজরবা মহাক্কী নুংশি ব্যহৈনা লুমহল্লবা ব্রুইন্নী অণ্ডকপা অমা ওইখ্রে, তশেংনমক নেলসনগী নুংশি বন্দি ওইখ্রে। এভলিন অমস্মুং নেলসন কায়নরে হায়বত্তুস্মু নোংমা নেলসন্না ব্রুইন্নীদা লুহোংবগী করম্বা ফিজোল পাম্বগে হংলকখিবা অত্তুতদা খঙবা ভমখি।

ব্রুইন্নীগী মপানা মখোয় অনি লুহোংনবগী হায়না-শিংনবগী ব্যাকম তাবদা য়াম্না চাওখোকচরম্মী। মরমদি নেলসন ইচম চম্বা মীশ্নক নত্তে। য়াম্না মরু ওইবা মীয়াম্না ইকায় খুম্নবা মীশক্লি। অত্তুমনদি ওইরগা মহাক্কা য়াম্না নুংনাংজখিবা ব্যাকম খরদি লৈখিদবা নত্তে। আফ্রিকান সমাজদা কনাগুম্বা অমগী মুপী কায়নহল্লগা লুহোংবা হায়বসি য়াম্না কনা ভাঙনদে। অনিগুবদা নেলসন মন্দেলা থেম্বু শাগৈগী নিংথৌ মরি-মতানি। মাগুম্বা দায়িত্ব লৈবা মীশ্নক অমনা অসিগুম্বা চৎনবী অমা হোদোকপসি তুংদা খুদম অমা ওইনা লৈহোরগনি। অস্মুম্না মীয়াম্না ফজদনা ভাঙনরকপা খুদিং ব্রুইন্নীনা মাইরোং য়াবা ভমগদ্রা? অত্তুমগুবদনা নেলসনদি মচা অত্তুম লৈ-রবনি। মখোয় মমাগা লৈমিন্নরবস্মু নোং-ফাদোক্তি মমা পোক্কঘীগী নাক্তা লাকনি। নহা ওইরিবী ব্রুইন্নীনা করম্না লোয়নগনি।

অতুগীসু মথক্তা নেলসন মণ্ডেলা ষ্টেটকী মায়োক্তা ঈরাং কয়া হৌহনবগী মরালদা য়াম্না শাথিনা দণ্ডি ফংবা য়ানা মরাল শিরবা মীশক্তি। ফনা হায়রুনসু ব্রুইন্নী, পুলিসদা অমদি নেলসনদা থাজবা থমখি। মহাক্না উথি মতুদি নেলসন্না মাবু য়াম্না মুংশি অমসুং মঙোন্দা লৌশিং, থৌনা অমসুং অথাঙ কনবগী তঙাই ফদবা তত্তনা নিংশিংহনখি। ব্রুইন্নীনা য়াম্না জ্ঞান তানা খঙখি মতুদি করিগুম্বা অচৌবা মরম অমগীদমক চংশ্রবদি লনাই পুন্সিগী ওইবা রাফমগা মরি লৈনহনবা মথৌ তাদে। মরমদি নেলসনগী পুন্সি মীয়ামগীদমক লাপ্পেংননবা কৎথোকশ্রবনি মতুদগী থক শেৎনা-থায়নহনবা য়াররোই।

১৯৫৮ গী জুন থাদা ব্রুইন্নীগী য়ুম পোণ্ডোলেন্দা মখোয় অনি লুহোংবগী চৎন থৌরম পাংথোকশ্রে। জোহান্নেসবর্গতগী হেন্দোকপা য়ারোই হায়না নেলসনগী মথক্তা থম্নবা অথিংবা আইন অতু মুমিং মরিনি থক কোমথোকখি। লুহোংবতুদা তিনখিবা মীওইশিংগী মনুংদা এঃ এনঃ সিঃ গী লুচিংবী লিলিয়ান ঙোয়ী য়াওখি। কলম্বসনা মচা মুপীদা লৌশিং ওইনবা রাহৈ থরা হায়বদা অমুম্না পনখি— "নহাক্না মতম চুপ্পদা নিংশিংগদবনি মতুদি নেলসনবু লুহোংবদা নং অচৌবা লাঞ্জং অমগী মপু ওইরবনি, মহাকপু নংনা ঐগী ইয়ানিপা ওইনা পুরকপদগী লমদম অসিগী আফ্রিকান নেসনেল কংগ্রেসকা শকখঙনহল্লে।"

হৌনবী মতুং ইন্না হায়রবদি লুহোংবতু নিপা-মুপী অনিমক্কী য়ুমদা পাংথোক্কদবনি। অতুবু মতম লৈখিদবনা কুম্মুদা চৎতুনা নেলসনগী য়ুমদা পাংথোকপা ঙমখিদে। থাইনদগী চৎনরকপা নিয়মগী মতুং ইন্নগাদ মখোয় অনি লুহোংবগী থৌরমসি মপুং ফাত্রি অতুগুম্বা মপুং ফাবা থৌদোক অতুগীদমক ব্রুইন্নীনা লুহোংবগী (ভল মচেৎ থরা)

মেরিয়েজ কেক খরা থমজিনখি। অসুম্না হায়রৈ মতুদি মচেংতু ব্রুইমগী নাক্তা হৌজিকসু লৈরি, মপুরোইবনা জেলদগী নিংতম্না থোরকদবা শুমিৎতু থৌরাঙ্গা ঙাইহনা।

জোহান্নেসবর্গতা হল্লক্লে, ওরলেন্দোগী অপিকপা য়ুমতু খরা শেমদোক শেমজিন তৌত্নুা কা অনিগা হাপচিল্লে। কা মনুংদা মচু মচু শঙজিন্দুনা ষ্টাইল খরা উহল্লে। মন্দেলাগী লাইরিকশিংদি পুলিসনা হন্না হন্না লান্দাবদা মশীং অসুম হন্থরকপগী মওংদা লৈ।

আগষ্ট ১, ১৯৫৮দা অৱাংবা থাক্তী মরাল শীরবা কাংবুগী মথক্তা লৈবা কেশ অতু প্রেটোরিয়াদ খন্নবা হৌখি। মশা কন্নবা থাঙ্গৎখিবা দাবীশিং মপুং ফানা মাইপাকপা ঙমখিদে। লুটুলী, টম্বুনা লুচিংবা মীওই ৫৯ গী মথক্তা চার্জ তৌবশিংতু লৌথোকখ্রে। মন্দেলা অমসুং সিসুলুনা লুচিংবা মী ৯১ দি হৌজিক নিয়ম অমগী মথাদা শাথিনা মরাল লৈরে হায়খি। মসি সপ্রেসন ওফ কম্যুনিজম এক্টকী মথাদনি। মতম অসিরাইদদি ব্রুইমী মন্দেলা এঃ এনঃ সি ব্রুইমেন লিগতা য়াওশিনখ্রে। খা আফ্রিকাদা লৈবা তোঙান তোঙানবা জাতিগী মুপীশিং য়াওবা ফেদেরেসন ওফ সাউথ আফ্রিকান ব্রুইমেন হায়রবা সংস্থান অতুগী একজিক্যুটিভ কমিটি মেম্বরসু ওইখি। অলবর্টিনা সিসুলুগা লোয়ননা পাস লোগী চৎনবীবু মরু ওইনা মুপীশিংদা চৎনহনবতু য়ানিংদবা উৎতুনা সভা যাত্রা চৎপা য়াওখি। পুলিসকী মী লৌখৎনবা গাড়ি মচাদা মখোয়বু কাখৎহল্লগা পুখি অমসুং থা অমনীদমক জেলদা থমখি। ব্রুইমীগীদমক অহানরা জেল চঙবগী থৌদোক্তি, কক মচেং অমা লৈমায়দা নমখিবা কুম্বল অমগ্যা ওন-থোইনা থাভখিবনি। মতমতু ব্রুইমী খীমোলনী হুমী অমা ওইরে। মহাক্না থনখি জেলদা মন্নারা লৈবা মী অমগী নপি কংশ্রবনিঙ্গা মাগী মন্নাগুম্নান্ঠ হোসপিতালদা এবক তৌরকগী খুদোংচাকতু

মাঙল্লগনি। বালটর সিসুলু মাসী মুলী অমসুং লিলিয়াম ঙোয়ীনা ঝুইন্নীগী খোনা হুম্বখিদমবা পুক্লিং থোগৎখি।

খা আফ্রিকা সরকারনা পায়খৎলকপা খবক থৌরম কয়ামুক্তা ইমুং অনিসি মত খেন্নবদগী মতম খরদি ব্রুইন্নী মপামদগী লাপথোক্লনা লৈবা তাখি। রাফমদি পোন্দোলেন্দা সরকারনা বান্টু ওথোরিটি চৎনহল্লবা খোঙথাং লৌরকপদগীনি। বান্টুষ্টানবু য়ানিংদবা লুচিং-বশিংনা পোন্দোলেন্দগী লাক্লগা নেলসন মন্দেলাগা অরোনবা বা কল্লা তানৈ। ব্রুইন্নীগী মপাদি সরকারগী মিচংদা লৈরম্মী। কাংলুপ মশেন খৎনবদগী ফিভম কৎচিল্লক্লহুনা মমৈদদি সিভিল বার মচা অমা থোকপা য়াবগী অকিবা লৈখি। মীয়ামা মাগী মায়োক্তা লৈরে খঙলা কাওবদা মাগী বাখল হোংবা লৈখিদে। মমৈথংদা ব্রুইন্নীনা হায়খি— "মসি য়াম্না মুংঙাইতবা থোদোক অমনি, ঐ রাজনিতিগী মতাংদা ইপাগা খক মায় ওনশিল্লহুনা বারী শায়দে। ফিভম অসিনা ঐগী থম্মোয় শোকহনখি।"

অমরোমদা মন্দেলাগী মরি-মতা ওইবা চিফ কাইজর মাটানজিমা খা আফ্রিকা সরকারনা ট্রান্সকী বান্টুষ্টান শাসন তৌনবা কমথোন কাহনখি। ব্রুইন্নীগী মপাসু লৌউ-শিংউ অমদি লমগী মস্ত্রি ওইখি। শাথিনা য়ানদবদগী শাওনবশিনা মপা অমদি মচানুপী অনিগী মরী অমুক্তা হেন্না লাপথোক্লরকখি। মন্দেলানা বান্টুষ্টানগী প্রথা অসিবু রাজনিতিগী লৌনম লাংথাক অমসুং অর্থানিতি মীয়েংদসু ওইথোকপা য়ারোইদবা 'অমনি হায়না চেকশিন বাহৈ ফোংদোকখি। মরমদি থৌশিল অমগী মথাদা মীয়াম্বু দণ্ডনা মকম অমদগী মকম অমদা থাঙদোরক্লনি। মরু ওইনা সহরগী লমদগী মীয়াম অমা তান্থো-রক্লুনা বান্টু এরিয়াশিংদা পুশিল্লক্লনি, হান্না মী কুক কুক ইন্নক্লুনা লৈরবা মকমশিংদা। জাং কুচু থায়বা শাসন য়াদবা মীয়ামগী

মথক্তা বাণ্টু ওথোরিটি হায়বা শাসন অমুক পুশিন্নকপনা হিংসা থোকহন্নবগী মচাক ওই হায়বত্থু হৌখিবা চিক্ক কয়ানসু খণ্ডনগ্রবনি। অসিমসু মন্দেলানা হায়খি— "বাণ্টুষ্টানগী থৌরাংনা মীয়ামগী অপাম্বা থোল্লাও তাবীনবগী মহুক্তা মসিনা আফ্রিকান মীয়ামু নমথনবগী খুংলাই অমনি।"

শোক ১৯৫৯ গী মমুংদা এঃ এনঃ সিঃ গী ওরগানাইজেসন্দা তোথায় তানরকপা মওং অমা লাকখি। অথিংবা হুকুম্না শোম্বহল্লবা অমদি সংস্থানসিগী মরু ওইবা লুচিংবশিং অয়াম্বা চংথোক-চংশিন ভমহল্লবা অমদি কেশতা লৈখিবনা ট্রান্সভাল এঃ এনঃ সিঃ সুপ্রম পাম্বা মীওই থরগী খুক্তা তাখি। মথোয়না খংনা-চৈনবা হৌখি অমসুং তোথায় তাবা কাংবু অমা শেমদুনা মথোয় মশাবু 'আফ্রিকানিষ্ট' হায়না কৌজদুনা কংগ্রেস এলাইয়েন্সপু চার্জ তৌখি। মথোয়না চার্জ তৌবদা মরু ওইনা পনখিবা ব্লাকমদি অঙৌবা কম্যুনিষ্ট অমসুং ভারত মচাশিংনা সংস্থান অসি মথোয়গী আইদিওলোজি শন্দোক্লবা হোৎনৈ হায়বসিনি। লিটুলী অমসুং টম্বুনা থেমজিনবা হোৎনৈ, মায় পাকখিদে। বোবার্ট সোবুকেগী লুচিং মখাদা 'পান আফ্রিকানিষ্ট কংগ্রেস' (*PAC*) কৌবা অমা শেমখি। বোবার্ট সোবুকে ফোর্ট হারে য়ুথ লিগকী মেম্বরনি, মী থোনবগী শক্তি য়াম্না লৈবা পুকচেল শেংবা, বুদ্ধি লৈবা অমসুং য়াম্না ইকাই খুম্নরবা বুইট ৱাটরসরেন ইউনিভরসিটি লেকচরর অমনি। পার্টি অসিগী স্লোগান্দি ওল আফ্রিকান পিপলস কনফরেন্স আকক্রাদা ফমখিবদা য়ানখিবা "শোক ১৯৬৩ দা নিংতম্বা" হায়বসিনি।

মন্দেলানা খণ্ডখি, জাতিয়াবাদ ওইবা নাইতোম চংচবা হায়বসি ভহাক্কী ওইনা মীয়ামগী পুক্লিং চিংশিনবদি ভমগনি মরমদি অসিগুম্বা চাংয়েংসি মহাক সিস্কুলু অমদি অতৈ লুচিংবশিংগা লোয়ননা

১৯৪০ গী মতুং তাবা চহিশিংদা পরিক্ষা তৌতুনা য়েংশ্রবনি। আফ্রি-কানিষ্ট মুভমেন্টনা আফ্রিকান নত্তবশিংদা লুংশিদবা মীয়েং থম্নবা শরৌ শিনবদি ঙমগনি অদুবু এঃ এনঃ সিঃ গী মরু ওইবা থবক্তি চংশিন্নক্লিবা নিংতম আন্দোলনগী মসুং হকচিনবা রাখল্লোন মীয়ামদা শিক্ষা পীতুনা অশেংবা মঙাল ফংহন্নবা হোৎনবনা ওইগদবনি। এঃ এনঃ সিঃ গী পোলিসি— জাৎ কুচু থায়বা থৌশিলগী ময়োক্তনি অঙৌবা নত্রগা অমুবা। মতমতুদা আফ্রিকান অয়াম্বনা 'কম্যুনিজম' হায়রগা করিগুম্বা খুদোংথিবা থরা থোকহন্নবা শিনবা কাংবু অমগী নিতি নিয়ম ওইনা লৌনরম্মী। কম্যুনিষ্টশিংদা চিংননা য়েংলম্মী। অসুম্না থাজহনবগী মরুদি সরকারনা করিগুম্বা ঈরাং অমবু থোক্লবা নত্রগা হাৎন-শুনবা নত্রগা সরকারগী থৌশিনবু য়ানিংদবা উৎপা খুদিংমক কম্যুনিজম শন্দোক্লবনি নত্রগা কম্যুনিষ্টশিংনা থোকহনবনি হায়তুনা অরানবা প্রচার অমা হেক্তা শন্দোকই, কম্যুনিষ্টনি হায়না লেবেল অমা হেক্তা নপশিনবনি। এঃ এনঃ সিঃ বু কম্যুনিষ্ট পাটি অমগুম শক্তাক্লবা হোৎনবা উবদা নেলসন য়াম্না মুংনাংখি।

ট্রিজন ট্রাইয়েল (অরাঙবা থাক্তী মরাল শিরবা কাংবুগী কেশ) হৌগৎলকপা মতমদা আমেরিকান ইম্পরিয়েলিজমগী অকনবা থমকা অমা আফ্রিকা অমসুং এসিয়া মহাদেশকী লৈবাকশিংদা পীখি মরু ওইনা নৌনা নিংতম্বা ফংবদা ঙাইরিবা লৈবাকশিংদা খুৎ থিংজিন্নবা হোৎনখি। অসিগুম্বা আমেরিকাগী লৌনম শন্দোকপগী শাজৎ অসিবু মন্দেলানা নিন্দা তৌতুনা লিবরেসন চেফোঙদা অসুম্না ইখি— "লৈবাক অমগী লৌউ-শিংউবগী পোথোক, খনিদগী ফংবা লন-থুম শক্তি শিজিন্নতুনা তক্লুনা পুখিবা লমতুদা লৈজরিবা মীয়ামগী অনিংবা মায়োক্তা, অর্থনিতিগী ফিভম ঙম্মখৈ কাং-খোং চাইহল্লম্বা, রাজনিতিগী অধিকার মাঙহনবা অমসুং লোম্বনাইদনা মীয়ামগী শাসন

মথাদা মীওইবা জাতি খবু মীআইশী পুক্লিদা হিংহনবা আমেরিকান ইম্পিরিয়েলিজমগী পান্দমনি।" অদুম্না মহাক্না ইখিবা বায়োলজিংদি খোমজিন্নগা বিচারশী মতমদা সাক্ষি ওইনা পুথোক্তুনা কম্যুনিজমগী প্রোপেগণ্ডা তৌবনি হায়না সরকারনা থন্না হেন্না লুপ্পা মরাল শিনবা হোৎনৈ। অন্তরজাতিগী ওইবা বাফমদা লৈবাক অমগী লুচিংবনা অচুম্বা মত অমা ফোংদোকপনি হায়বদু অচম্বা প্রজাশিংনদি ভাবি তাবা ঙমখিদে। ইউঃ এনঃ ওঃ দম্থ খা আফ্রিকাগী বাফমসি কন্না নৈনবা মতক্কি। সোভিয়েট ইউনিয়ন অমস্তুং ইণ্ডিয়ানা মীওইববু ওৎ-নৈবগী পেনবা নাইত্রবা খা আফ্রিকাগী জাৎ-কুচু থান্নবা শাসনবু য়ানিংদবা ফোংদোকখি। আমেরিকা হান্নদি খা আফ্রিকা সরকার শোগৎতুনা ঙাঙগ্রবম্থ শোক ১৯৫৮ গী ইউঃ এনঃ সেসন্দদি জাৎ-কুচু থায়ব্না পোলিসিবু অখোৎপা বাহৈনা সমালোচনা তৌবা হৌখি। ব্রিটেনদি খন্নবদা য়াওখিদে। অয়াম্বা কম্যুনিষ্ট লৈবাকশিংদি নিন্দা তৌবগী বাফমদা শোগৎখি। আমেরিকাগী অহোংবা মত অমা লাকপসিনা খা আফ্রিকা সরকারদা চৈথেং অমা পীখি।

শোক ১৯৫৯ দদি এঃ এনঃ সিঃ মীয়ামগী থাজবা অমুক হল্লিলহনবা ঙমখি। তোথায় তাগ্রবা আফ্রিকানিষ্টকী মহুম থুগায়বতা নত্তনা য়াম্না ভাব তাননা পুনশিনবগী লম্বীদা লাকখি। লোয়নবা লুটুলী অমদি টম্বু অখিংবা আইনদগী নিংতম্বা ফংব্রে। লুটুলী লৈবাক শিনবা থুংনা কোয়ছুনা মীয়ামগী মীটিং পাংথোকপা খোঙচৎ অমা থৌরাং তৌখি। অহানবা ওইনা ক্যেপ সহরদা জাতি খুদিং য়াওনা মীয়ামগী মীটিংদা বা ঙাংখি। সরকারনা মহাকপু কা হেনবা নিতি চংপা মী অমদগী হেন্না শাথিনা লৌখি। মরমদি মহাক অমুবা লুচিংবজিংগী মরক্তা অঙৌবা কাংবুবু শুমহৎনবা ঙাংবা ঙম্বা তোমখিম

ঙানবা থরানমিচাকনি। মথং ট্রান্সভালদা খোঙশাল্লমদাই মীকুপ্পা অথিংবা অমুক নৌহৌনা থমগ্রে। হুন্দক্তি মশাগী থুঙ্গংদগী চহি ৫ চংথোক্তনা লৈনবগী আইন জারিগ্রে। ওলিভর টম্বু দিপুটি জেনেরেলসু মীয়ামগী মিটিংদা চহি ৫ রা ঙাংবা য়াদবগী অথিংবা পীগ্রে। হায়রিবা অথিংবা হুকুমসি পান আফ্রিকান কংগ্রেস (*PAC*) কী লুচিংবশিংদদি চংনহনখিদে। মথোয়দি লৈবাক্কী মফম খুদিংদা কোয়বা অমদি মেম্বর খোমগৎপগী থবক চংথবদা অথিংবা অমত্তা পীরমদে।

রুইম্নী মন্দেলা মচানুপী অমা পোকখ্রে, জেনানী হায়না মীংথোনখি। মতম অসি নেলসন ট্রিজন ট্রাইয়েল কোর্ট কন্না কারিগৈনি। তেক-কায়রবা য়ুম্বালনি। অয়ুক ঙন্তাগী রাকিং চংলুরগা ব্রিক ফাষ্ট চাবা লোইফাৎত্রিগৈদা প্রেটোরিয়া তম্না অশাংবা লম্বীদা থৌত্নুনা চংখিগনি। চহি অহুম শুজিল্লক্লে কোর্ট কারকপা বিচার লোয়শঙ মন্ত্রিনা লাওথোকখ্রে "পাউণ্ড মিলিয়ন কয়া কয়া চংগ্রবসু কেশতি লেপ্পা লৈতনা চংথগনি, মতম শাংনা চংজসনু মতু খল্লবগী করিস্নু মথৌ তাদে।"

জন্নুয়ারী তাং ১৯, ১৯৬৯ দা কেশ থেংনরিবা কাংবুনা মাই পাকপগী পাও তারকখি। মরাল লৈরে হায়বগী চার্জদা কেশ কারিবা মীওই ৬১ দা শীরিবা মরালশিংদ্নু মরম চাদে হায়না ককখি। হৌগৎলকপদা মী ১৫৬ কী মথক্তা চংথখিবা কেশ অদু হৌজিক্তি মী ৩০ থক্তা ঙায়হৌরে। মখোয়শিং অদুগী মনুংদা লিলিয়ান ঙৌয়ী, হেলেন যোশেফ, রালটর সিস্নুলু অমসুং নেলসন মন্দেলা য়াওরি। তাঙ্গা অদুমক্তদা গ্রুপ এরিয়াজ এক্টকী মথাদা মন্দেলা টম্বু অনিদা মখোয়না লো প্রাকটিস তৌবগী ওফিস অমা জোহানেসবর্গতা লৈরিবদু থাদোক্তুনা চংখিনবা য়াথং পীখি। মন্দেলাগী

মফমদা ৱাফম্মত্থ চুম্নগী লো প্রাকটিস লেপ্পা নত্তে, চহি কয়া মাংহুনা মীয়ামগী সেবাদা আইনগী মতেং পীবত্থ খুদক্তা লেপহনবগী ৱাফমনি। মত্থ মহাক য়ানিংখিদে। মহাক্কী ওফিস অত্থ ইভিকসন তৌগনি হায়না কিহল্লক্লবস্থ হুকুমত্থ মানা থৌশারমদে অহোইনত্থম শিঙনৱম্মী। তাঙ্গাবু ফংলবদি অহিং অথেংবা ওইৱবস্থ মাগী পার্টনৱত্থগা চয়োল লোইৱকপা খুদিংদা লো প্রাকটিস তৌবত্থ হেঙ্গংহন্নবা থন্নখি।

---

## ৭শুবা পন্দুপ

"আফ্রিকাগী চহি" হায়না খঙনৈ, ১৯৬০। চহিসিদা খা আফ্রিকাগী অৱাংথবা শরুক্তা লৈবা ষ্টেট অয়াম্বা নিংতম্বা ফংনখ্রে। মসিনা খা অফ্রিকাদা চৎথরিবা আন্দোলনদা অনৌবা পাঙ্গল পীখি। মফম খুদিং চরাংনখি। নাটালদা অমুবা পুলিসমেন কয়া হাংখ্রে। লোয়ননা মী লিশিং অনি খুদক্তা ফাজিনখি। ট্রান্সকীদা ইমারজেন্সি থমখ্রে। খা নোংচুপ থংবা আফ্রিকাদা দগুনা মীয়াম থাঙদোকপগী মায়োক্তা অথিংবা পীরুবগীদমক পুলিসনা নোংমৈ কাপ্পুনা মী ১১ হাংখি, নিফুম্মরিনা অশোক-অপন নংখি। ক্যেপ টাউন্দা বৃটিশ প্রাইম মিনিষ্টর হেরোল্ড মেকমিলননা ফেব্রুয়ারি অহুমদা পীখিবা ভাষন অমনা খা আফ্রিকা সরকার অমদি শোগৎপশিংদা নিংবা কায়বা পীখি। মহাক্না লাওথোকখি— 'অহোংবা নুংশিৎ অমা আফ্রিকা শিনবা থুংনা শিৎলরে।'

চিফ লুটুলীনা মীয়ামদা খা আফ্রিকাদগী পোৎ-চৈ লৈদনবা ইকোনোমিক বোইকোট তৌনবা আপিল তৌখি। এঃ এনঃ সিংগী লিচিং মখাদা তোঙান তোঙানবা জাতিশিং য়াওবা সংস্থান ১৩ পুনশিন্দুনা পাস লোগী মায়োক্তা সভা যাত্রা অমা চৎখি। হায়রিবা তমথিরবা আইনসিগী মখাদা চহি খুদিং নিপা-মুপী মিলিয়ন তথায় অমমম অৱাবা নংহল্লি। পাস লোগী মায়োক্তা রোবার্ট সুবুক্কেনা লুচিংবা পান আফ্রিকান কংগ্রেসনসু পাক শন্না আন্দোলন চংশিনখি। ট্রান্সভালগী খা থংবা শরুক্তা লৈবা টাউনসিপ শার্পীভাইলদা পান আফ্রিকান কংগ্রেস ভলুন্টিয়ারশিংনা পুলিস ষ্টেসন মমাংদা পাস

পায়দনা লেপ্পল্মী। মী তিনবা অসুম অসুম হেনগৎলকখি। মীয়াম্না শান্তি কায়হনবা য়াবা শাজাৎ অমতা চৎখিদে। অদুবু মীপাইরবা পুলিসমেনশিংনা নোংমৈ খুৎকাপ চাতরেৎ থক কাপশিন্দুনা আফ্রি-কান ৬৯ হাৎখি অদুগা য়ামদ্রবদা মীওই ১৮০ না অশোক-অপন নংখি। মুপী অঙাং কয়ামুক য়াওখি।

শার্পীভাইলগী মীহাৎ মতুং পুংজা থরগী মনুংদা ক্যেপ সহরগী ৱারমদা লৈবা লঙ্গাদা মী লিশিং তরামুক্তা সভা যাত্রা চৎতুনা ‘বেচেলর জোন’ হায়না খঙনবা মফম অমা কোয়শিন্দুনা থমখি। বেচেলর জোন (পাখঙশিংগী লৈফম) অসি ইমুং-মনুং মুপী-অঙাংদগী তোথায় তাহল্লবা নিপা ভাক্তা চৎথোকহন্দনা ফাজিল্লগা থম্বা মফমনি। পুলি-সনা মীয়ামদু চৎথোকখিনবা লাওথোকখি। মীয়ামদি লাওথোক্লিবদু শেংনা তাবা ঙম্লমদে। মিনিট অহুমগী মনুংদা মফমদু থাদোক্তুনা চৎখিনবগী ৱাফমনি। খঙহৌদনা পুলিসনা লাথি চার্জ তৌদুনা মীয়াম তানখায়নবা হোৎনখি। মীয়ামগী মরক্তগী মুং হুনজিনবা য়াওবদগী নোংমৈ কাপ্পবা হুকুম পীখি। আফ্রিকান অনি হাৎখি। ৪৯ না শোকখি। শার্পীভাইল লঙ্গাদা থোকখিবা থৌদোক পৃথিবী শিনবা থুংখ্রে। জাৎ কুচু খায়বগী সরকারনা নৈহৎলবা অমদি শান্তি ওইনা সভা যাত্রা চৎচবা এঃ এনঃ সিঃ অমদি পেক ভলুন্টিয়ারশিংদা চৎলিবা হিংসাগী শাজৎপু নিন্দা তৌনরকখি। লৈবাক শিনবা থুংনা কাংলুপ মশেন হাৎন-শুনবা থোরকপদগী রাজনিতিগী ওইবা অরুবা চরাংনবা ফিভম অমা থেংনখি।

যোহান্নেসবর্গতা সিসুলু, মন্দেলানচিংবা লুচিংবশিংনা ওইরক্লিবা ফিভমদুদা এঃ এনঃ সিঃ গী করম্বা খোঙথাং লৌশিংগে খন্নবা মিটিং অহিংদা ফমখি। লেপ্পখিবা ৱাফমশিংদু মার্চ ২৬ তা চিফ লুটুলীদা খঙহনখি। অহিং অদুমক্তদা লুটুলীনা মীয়াম মমাংদা ফোংনা মাগী

পাস অদু মৈ থাদোকখি। ময়ামস্থ মানা তৌবগুম পাস মৈ থানবা আপিল তৌখি। থৌদোক অদু সরকারনা পাস লো চৎনরোই হায়না লাওথোকপগা মতম চানখি। মথংদা লুটুলীনা জাতিগী ওইনা অবা ফোংদোকপগী পালন তৌনবা মীয়াম কৌখি। যোহান্নেসবর্গ, পোর্ট এলিজাবেথ অমস্থং ডর্বানদা অবাবা ফোং-দোকপগী সভা মাই পাক্লা পাংথোকখি। লেপ্তনা চংশিল্লকপা ষ্ট্রাইক, মীয়াম পোৎলোয়বগী সংস্কারগী সভা যাত্রা, হাৎন-শুনবগী থৌদোক্লা লৈবাক শিনবা থুংগ্রবদা সরকারনা উপায় অমা লৈত্রদুনা ইমরজেন্সি লাওথোকখি।

অহানবা ওইনা ইউ, এন, সেক্যুরিটি কাউন্সিলনা খা-আফ্রিকাগী থবকশিংদা খুং থিংজিনখি। ভোট ৯ দা কনামতা মায়োক্তা লৈতনা খা আফ্রিকা সরকারবু তমথিবা মীহাৎ কয়াগীদমক মরাল শীবগী ব্বারেপ লৌখি। ব্রিটেন অমস্থং ফ্রান্সতি ভোট পিবা য়াওখিদে। এপ্রিল ৭ তা পাস পায়বগী আইন্দু অমুক হন্না চৎনহনখি। মতম অসিদা খা আফ্রিকাগী শেঞ্জাও পায়বশিং লণ্ডন অমস্থং নিউয়োর্কতা চেনখিবশিংদু অমুক হন্না পৈশা থাদদুনা খুন্দা লৈতাপ্রে। ইমরজেন্সিগী মখাদা মন্দেলা মাগা লোয়ননা ট্রিজন ট্রাইয়েল থেং-নরিবা মী ২৯ অদুগা কেশ অদুবু শাক্ষি পীদুনা মরাল শীরিবশিংদু কন্ননবা হোৎনরিবা লুটুলী য়াওনা ফাজিন্দুনা প্রেটোরিয়া জেলদা থমজিনখি। লুরবা তাংকম্ অসিদা মন্ডেলা মীয়ামদগী তোখায় তাহল্লে। এ, এন, সি, একটিভিষ্ট লিশিং অনিস্থ ফাজিনখি অদুগা অতোপ্পা লিশিং কয়া অমস্থ কোয়শিন্দুনা থমখি।

এপ্রিল তারিখ ৮ দা আফ্রিকান নেসনেল কংগ্রেস, পান আফ্রিকানিষ্ট কংগ্রেস অমদি নৌনা শেমখিবা প্রোগ্রেসিভ পার্টি

আইন্না য়াদবা সংস্থানশিংনি হায়না লাওথোকখি। 'কম্যুনিজমবু নমথনবা' হায়বা আইনত্তুগী মথাদনি। আইন অসিবু শীঙনবা মীওই খুদিংমক চহি তরাদগী তাদনা জেলদা থম্নবগী শক্তি শীজিন্নখি। ওলিভর টম্বু মপান্দা এ, এন, সি,গী ওফিস হাংদোক্লবগীদমক খা আফ্রিকা থাদোক্তুনা ব্রিটেন অমসুং টানজানিয়াদা চেনখি। ট্রিজন ট্রায়েল চংথবত্তু অনৌবা শক্লোন লৌগ্রে। দিফেন্সকী কাংবুনা ইমর্জেন্সি মন্নুংদা রাজনিতিগী ব্বায়েন তৌবসি অর্থ থোক্তে হায়ত্নুনা তোকখিবদগীনি।

প্রোটোরিয়া জেলগী ফিভম খাঙবদা ব্বাবগী ফিভমদনি। ফুট ৬ ব্বাংবা ফুট ১২ শাংবা অপিকপা সেল অমদা মী ৫ নমশিন্দুনা থম্মী। মথুম পানবা বক্কেৎ অমা ঈশিং থক্লবা, অতোপ্পা অমনা খোংহাম খুংহান্বদা শিজিন্নবনি। কম্বল অমনা থৈজুপ ওইনবা মা চেনবা কক অমনা থারগা হিপ্পবা পী। চানবদি চুজাক্লা মরু ওইবনি। মরক মরক্তা শাত্নুম মচেৎ অমমম য়েল্লি।

মুস্কিং তরানিগী মতুংদা ইরুজনবগী তাঞ্জা পি অত্নুগা নোংমদা মিনিট তরাগী এক্সরসাইজ তৌফম শুমাংদা পুথোকই। ময়ামগী পেন্দবা ফোংদোক্লবা মন্দেলাবু স্পোক্সমেন ব্বাঙাংমী হাপখি। নোংমা য়াম্না শাথিবা ব্বার্ডর অমদা মখোয়না থেংনরিবা ফিভমত্তুগী ব্বাকৎলুবদা মন্দেলাবু ব্বাকৎ অত্নুগীদমক ইমর্জেন্সিগী মথাদা দণ্ডি পীগনি হায়না কিহনখি। মথংদা সেনিয়ার ওফিসার অমা উনখি জর্জ প্রেসিডেন্টনি। য়াম্না নোল্লুক্লা বন্দিশিংনা লৈরিবা ফিভম অমসুং চিজাকী অক-ফত্ত য়েংশিনবীনবা হায়জখি : '***My Lord, with due respect, the food which is furnished to us in Jail, is completely unfit***

***for human consumption.'*** থিন্দনা জেলগী সুপ-রিণ্টেনদেণ্টনা য়েংশিনখি অমসুং ফিভমদু ফগৎহনখি।

শোক ১৯৬০ গী আগষ্ট থা হৌগৎলকপদা মন্দেলা শাক্তি পিবা হৌখি। লামায় ৪৪১ পানবা ওফিসকী রেকোর্দ অমা শাক্তি লৌনবা অমদি মখা তানা কুপ্পা য়াহং কয়া হংবগী থবক চৎথনবা মকোক থোংবদুনা লৌখৎপা হৌখি। য়ুইন্নী মন্দেলাসু কোর্টতা লৈরম্মী। স্টেটনা জবান লৌবগী য়াহং কয়া হংখিবদু অয়াম্বা মন্দেলানা মীয়ামদা লেকচর অমসুং চেফোংশিংদা ইখিবা আর্টিকল কয়াদা য়ুম্ফম ওইখি। য়ুথ লীগ শেমখিবা মতমদগী চৎথরকখিবা সরকার শীঙনবগী কেম্পেইন অমসুং এ, এন, সি, গী আন্দোলন কয়াগা মরি লৈনবা রাজনিতিগী থৌদোকশিংগী মরমদনি। জর্জ অহুমনা মরক থৎল থৎলদুনা য়াহং কয়া হংখি।

—'নংনা পামলিবা নিংতম্বদু অঙৌবা ইউরোপিয়ানশিংদা হাকথেংননা ধমকা তৌবা নত্রা?'

—'ঐখোয় অঙৌবশিংবু য়েক্কবনি খন্দে।' মন্দেলানা মখা তাখি— 'ঐখোয় অঙৌবশিংনা মকোক থোংবা ওইনা পানবশিগী ম্যায়োক্তদি ....... মসি য়াম্না শেংলবা য়াফমনি মতুদি কংগ্রেসনা হৌজিক ফাওবা জাতি খুদিংগী মীওইশিং চান্না চিন্নরা লৈমিন্ননবা থৌশিল শোগৎতুনা লাক্লি, ঐখোয় জাৎ কুচু খায়বগী থৌশিলবু নিন্দা তৌই মতু কনানা হৌদোকপনো হায়বগী হংনবা কান্নবা লৈতে।'

কেশ চৎথবগী কুপ্পা য়েংশিল্লিবা প্রোজিক্যুটরশিংনা য়াম্না তোয়না মন্দেলাদা হংখিবা য়াফমদি অতৈ লৈবাকশিংদা হিংসাগী পাম্বৈ শিজিন্নদুনা আন্দোলন চংশিনবদা কংগ্রেসনা করিমতা নিন্দা তৌদ-বগী য়াফমনি। মতুদা মন্দেলানা খুমখি—

—'ঘ্নেংবীয়ু ঐখোয় কেনীয়াগী খুদম অমতং পঙ্গগে। মফম অদুদা ওইরিবা অশেংবা ফিভম অমনা ঐখোয়বু হুংনাংহল্লি, মতু লোইলম শন্দোক্লবগী লালনি। ঐখোয়না নিন্দা তৌই, ব্রিটেন্না লান্দাবগীদমক। ঐখোয় কেনীয়ানা ব্রিটেন্দা লান্দাই হায়বা কৈদৌঙৈদত্থু তাখিদে, মখোয়গী সহর অমসুং মীওইবগী পুন্সি বোম থাদত্থুনা মাং তাকহনখিদে, লম হুরাল্লুদে অমসুং রাজনিতিগী সংস্থানশিং থুগাইখিদে। মতু পুম্নমক্কু ব্রিটেন্নদি কেনীয়াদা তৌখি, অত্থুনা ঐখোয়না থনবদি ব্রিটেন্না কেনীয়া থাদোক্কুনা চৎখিগদবনি। করম্বা উপায় শিজিন্নগনি হায়বত্থু ঐখোয়না হায়রুবগী মথৌ তাদে।'

"মখোয়না তৌবশিংত্থু মরম চাদেদনা?" প্রোজিক্যুটরনা মখা তাখি।

—'মখোয়না তৌবশিংত্থু ঐখোয়গীদদি করিমতা চানদ্রে মরমদি ঐখোয়গী ওইবা উপায়দি অহিংসানি। মখোয়গীদমক্তা করম্বা উপায় শিজিন্নগদগে হায়বত্থু মখোয় মশানা বিচার তৌগদবনি, ঐখোয়গী কন্সরন নত্তে' মন্দেলানা খুমখি।

জর্জ অমনা অমুক হংলকখি— পার্টি অমতগী সরকার লিংবদি কমদৌবা?

—'মসি সরকারগী মওং লেপ্পবগী বাহং নত্তে গনতন্ত্রগী বাফমনি।'

—'ক্লাস লৈতবা সমাজ অমগী বাফমদি নংগী করি বাখল লৈ?'

—'হোয়, ঐ মত্থু য়াম্না পামই ইবুংঙো। ঐনা থল্লি সমাজদা ফত্তবা কয়ামুক কাংবু অমনা অমবু নমথনবা হোৎনবদগী থোকহল্লি।'

জর্জ প্রেসিডেণ্টনসু হংলকখি— 'মীপুম খুদিংমক ভোট থাদবগী অখিকার লৈহনবা হায়বসি খুদোং থিনিঙাই ওইব্রা? সরকার অমা লিংবা হায়বসি অসুম তৌবোইরে হায়বগী জ্ঞান য়াওদবশিংদা সরকার শেম্বদা শরুক য়াহনবগী কান্নবা করিনো? মখোয় অঙাং মচাশিংনা তৌবগুম লিদরশিংগী অপাম্বা মওংদা শিজিন্নখিরোইব্রা?'

—'নত্তে, অতুম ঙাক্তা খক ওইরোই। মী অমনা ভোট লেপ্পবগী চোংথোরকপদা মশানা মেম্বর অমা ওইরগা পাংথোক্কদবা থৌরমশিং য়াওবা চেরোল অমা মীয়ামদা খঙহনগনি। মাগী পোলিসিনা মীয়ামগী স্বার্থদা থবক তৌরক্কনি থাজরবদি মীতুগীদমক ভোট পীবদা চিংননিঙাই লৈতে। মসিদি লাইরিক লাইশু হৈবগা মরি লৈনদে।'

দিফেন্স কাউন্সিলনা মন্দেলাবু চাংয়েং ওইনা হংখি— 'নং কম্যুনিষ্ট অমা ওইখিব্রা?'

—'ফরে' মন্দেলানা খুমখি —'ঐ কম্যুনিষ্ট অমা ওইখিব্রা হায়বতু খঙদে। কম্যুনিষ্ট অমা হায়রগা নংনা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মেম্বর অমা ওইবা মীশক অমা মার্ক্স, এনজেলস, লেনিন অমসুং ষ্টেলিনগী থিওরিদা থাজবা অমসুং পার্টি দিসিপ্লিনদা য়াম্না হকচিনবা ওইনা লৈরবদি ঐ কম্যুনিষ্ট অমা ওইখিদে। ঐ মার্ক্স পারে সোভিয়েৎ ইউনিয়ন্দা জাৎ কুচু খায়বগী চৎনবী লৈতে, আফ্রিকাদা লোয়লম শন্দোক্তে। মসিনা ঐগী থম্মোয়বু চিংশিল্লি। সাইন্স অমসুং ইন্দষ্ট্রি চাওখংলি। ঐ সোসিয়েলিজম থাজে অতুবু ঐ অতুক হাক্সা লম অসিদা ফজনা নৈনবা মীশক অমদি ওইদ্রি।'

আগষ্ট ৯ দা মন্দেলা মাগী শাক্ষি পীবগী থবক লোইশিনখ্রে। কোর্টতা ৱাহং পাউখুম ফজনা চৎথখিবা অমদি সরকারনা থিংগ্রবা

সংস্থান অমগী লিদর অমনা ওাওবা খুদিং জর্জশিংনা য়াম্না কুপ্পা তাখিবা মতৌদা হেলেন যোসেফনা অঙকপা পোকখি। অচৌবা লিদরতুগী পুক্লিং করম্বা মওংদা জর্জশিংনা খংলমগদগে খনবদা লাংতক্লখি।

জেলদা মণ্ডেলানা অতৈ অতোপ্পা লুচিংবশিংগা তানতুনা অনৌবা থবক মওং অমা পুথোক্লবা হোৎনখি। মহাক অমসুং মাগী লোইনবশিংনা এ, এন, সি, বু আইন্না য়াদবা সংস্থাগী হায়না লাওথোকপতু য়ানিংখিদে। য়াম্না তোঙানবা লাঙ্গং অমা অন্দর গ্রাউণ্ডা পাংথোক্লবা 'M' প্লান্দা য়ুম্ফম ওইতুনা শেমগৎনবা থৌরাং হৌগ্রে। থৌরাংশিং অতু কুপ্পা য়েংশিন্নবা কিয়ার টেকর কমিটি অমসু শেমগ্রে।

আগষ্ট থা লোইশিল্লকপদা ইমরজেন্সি লৌথোকখিবগা লোইননা ফাজিল্লবা মীয়াম অমসু থাদোরকখি। খুদক্তা এ, এন, সি, গী স্লোগান অমদি অনম্বা চে-চাং লৈবাক শিনবা থুংনা চাইথোকখি। মণ্ডেলাসু ময়ুমদা হল্লকপদি ওল্লম্বনি অতুবু কেশ লোইশিল্লমদাইগী মতাং অমা য়ৌরক্লবনিনা মহাক দিফেন্স টিমগা লোইননা অছিং অথেংবফাও প্রোটোরিয়াদা রা খম্নবা লৈথবা তাখি। মহাক্তা থবক চিনবগী মৃতৌসিদা বুইন্নীনা মখোয় অনিগী য়ুস্থানসি মহৌশা ওইদবা (এবনোর্মেল লাইফ) নি হায়না শিংথাই। চাক চাবকাও ফংদে। চাবা হৌগৎলকপগা টেলেফোন খিঙলক্লনি, পুলিসতগী কনাগুম্বা অমা জামিন্দা লৌথোকপীরদবা য়াদে হায়না থঙহল্লকনি। হল্লক্লগসু লৈতারোই ইমারজেন্সি মিটিং অমা লৈরে চৎখিনি। য়ুমদা ওহাক পোথাদবনি। মতমতুদা বুইন্নী মশা রাইশংদবগী থরা রারিবা তাঙ্গানি।

খৃষ্টমাস মমুং ওইবনা ট্রাইয়েলস্থ য়ৈথোকখ্রে। মন্দেলা ইমুং মমুংগী থবক্তা মতম খরা ক্লাইথোক্লবা হোংনখি। মচা নিপা মেকগাতো মশা ঙমদবগী পাও তাবদা অথিংবা হুকুম নাচুংদনা ট্রান্সকীদা চংলগা মচাগী ফিভম য়েংবা চংলুই। অনিশুবা মচা মুপী অমা অমুক ব্রইন্নীনা পোক্লে তাবদা খুদক্তা হল্লক্লনা যোহা-ন্নেসবর্গকী ইউরোপিয়ানগী নত্তবা হোসপিটালদা ব্রইন্নীগা উনখি। মফমদুদা মমা অমসুং অঙাংবু চেকশিন্না য়েংবীদবগীদমক মহাক য়াম্না শাওনিংখি। পম্বা তৌদনা পোং-চৈ য়োমশিন্দুনা য়ুমদা খরা ফজনা সেবা তৌবা ঙম্বা পুরকখি। সধারন য়ুম্বানবগী পুন্সিদা অরা-মুংঙাই নত্রগা চান্না-চিন্না লৈমিন্নবগী মুংওল্লবা মতমদু মন্দেলাগী পুন্সিদদি অকক্লনা নাতম্নকখ্রে।

চহি মরি হেন্না চংথরক্লবা কেশ অদু লোইবগী মতম নক-শিল্লকখ্রে। স্টেটনা আরগুমেন্ট পীনবদু মার্চ থা ১৯৬১ দা লোইশিনখ্রে। য়েংনবদু হৌদোক্লদুনা দিফেন্সকী মাইগৈদগী স্টেটনা সরকারগী মায়োক্তা লৌতুনবা অমসুং য়েংথিনহনবগী শন্নৌ শিল্লি হায়না মরাল শীবা অমদি বেলোট বোক্সকা লালহৌবগী ঈরাং অনিগী মরক্তা য়ানবা লম্বী লৈতে হায়বগী ৱাফমদু কম্না য়ানিংদবা ফোং-দোকখি। চয়োল কয়া চুপ্না য়েংনগদৌরিবা ৱাফমদু খঙহৌদনা সেনিয়ার জর্জনা এডভোকেৎ ফিছরগী আরগুমেন্ট তেনশিনহনখি চয়োল অমগীদমক য়ৈথোকখি। য়াম্না ঙকচাননা খন্নখি— মসিনা খঙহল্লিবসি করিনো? এক্কিউজশিং অসি মরাল লৈরে হায়না দন্দি পীনবা কোর্টনা খন্নদুনা লোইরবা জাৎলা?

মুমিৎ অদুগী মতুং নোংমা ইথা থাজদনা মন্দেলা অমসুং অতৈ অৱাংবা থাক্কী মরাল শীরবা মাগী মক্লপশিংগা য়ুমদা থেংনখিবগী থৌদোক অমা ব্রইন্নীনা অসুন্না ফোংদোকখি।

'মখোয় লোইনা মপান্দা গাড়ি থক্ষম লম্বীদা লেপ্লুনা লৈরম্মী। ঐবু অঙাং অমা থাম্লগা কৌহল্লবনি। ঐনা থুংলবদা মানা ইচম চম্না হায়রকখি— 'চাম্লরবী ঐগী ফি-রোল থরা অতৈ ইরু-মাইথজম্লবা চিন-য়া শেংবদা শিজিন্নগদবা পোং-চৈশিংগা স্থইট কেশতা হাপ-চিল্লো। মতম থরা শাংনা থবক অমা চংপা তারে। নং করিস্থ ব্বানিঙাই লৈতে, ঐগী মরুপশিংনা নংবু য়েংশিনবীগনি। নঙোম্বা মখোয়না ঐগী মরমদা ঈ-পাও তত্তনা পীরকনি। অঙাংশিং নিং-থিজনা য়েংশিল্লু। ঐনা খঙই মহুদি ঐ য়াওব্রবস্থ হায়রিবশিং অসি পাংথোক্লবা নঙোম্বা থৌনা লিংজেল করিমতা ব্বাংতে। মহু নং থেংনবা শোয়দনা ঙমগনি।'

'য়াম্না থুনা মন্দেলাগীদমক ফি-রোল য়োমশিনবা হৌই। খঙহৌদে, মিংলুদগী পিরাং শিন্থখি, করি মতৌনো থনখি। হৌখিবা থা খরা লৈমিল্লবদস্থ ব্বা-লাং অমতা ঙাংনখিদে। কায়নরমদাইদা ঐনা য়াইফ ব্বাহে খরা পীখি লোয়ননা আফ্রিকাগী লাইয়াম্না মফম খুদিংদা মাবু ঙাকপী শেনবীগনি হায়বগী থাজবা থমখি। মতম ফংবগা ঐ অমস্থং ইচাশিং উনবগী তাঞ্জা পীনবা হায়জখি।'

খুদোংথিনিঙাই ওইবা মুমিং কয়া মন্দেলাগী মাংদা তাহুনা লৈরে হায়বহু ব্রুইন্নীনা খঙখিদে। মানা খঙখিবা হায়ববু হৌখিবা চয়োল থরদা মন্দেলা য়াম্না লুবা ব্বাখল অমদা লুপ্লুনা লৈবগুম তৌই। মরক মরক্তা মানা ব্বারী শাবহু ইতা তাদবগুম্ন উই। মানা করি তৌরবনো হংবদস্থ মন্দেলানা করিস্থ তৌদে হায়না থুমখি। মহৌশা তৌদবা অমনা— মন্দেলানা থা ৬ কী মুম ভারা মাংজোননা পিথোকখিবহুনি। কাইনথংদা নোংম্না প্রেসতা পাও অমা পাবদগী ব্রুইন্নীনা খঙবা ঙমখি মন্দেলা য়াম্না লাপ্না মফম

পিটরমারিটজবর্গতা লৈরে হায়না। মন্দেলাগী মখতবা থম্লবা অথিংবগী হুকুম চৎনবা মতমন্তু লোইশিন্নক্লে খঙখি।

মার্চ তাং ২৯ দা মন্দেলা প্রেটোরিয়াদা অমুক হল্লকখি। অতে এক্কিউজশিংগা লোয়ননা কোর্টকী থাজিন্দুনা থম্লিবা মফমন্থুদা লৈখি। গেলারি অমদি প্রেসকী বেঞ্চ মীয়াম্না পীক থনগ্রে। সেনিয়র জর্জ সি, জষ্টিস রাম্ফনা অচুম্বমি হায়না পুথোক্লবা রায়কম থরা পিবা হৌরকপদা উন রাইমুক চিকখি।

—এ, এন, সি, অমসুং মাগা চৎমিন্নবা সংস্থানশিংনা সরকার অসি শিন্দোক্লবা অমদি য়াম্না তোঙানবা অহোংবা অমা পুরক্লবগীদমক লেপ্পা লৈতনা থবক চংশিল্লক্লি।

—প্রোগ্রাম ওফ এক্সন হায়না খঙনবা থৌরমশিং অসিনা আইন্না য়াদবা উপায় কয়ামুক শিজিন্নদুনা সরকারবু শীঙ-নবগী কেম্পেইন চৎথখি।

—কনাগুম্বা লুচিংবশিংনা মরক মরক্তা মীয়ামদা হিংসা থোকহনবা য়াবা রাঙাং কয়া শিজিন্নখি, হিংসা থোকহনবা য়াবা থৌশিল অমা লৈত্রা হায়বদুদি ষ্টেটনা প্রমান ফংদে।

—ওইওইনবা নীতি চৎপগী অপাম্বা অমা এ, এন, সি, না য়াম্না তোয়না ফোংদোকই— এন্টি ইম্পিরিয়েলিষ্ট, এন্টি রেষ্ট অমসুং প্রো সোভিয়েট ওইবগী শক্তম উৎলি। অদুবু ষ্টেটনদি কম্যুনিষ্ট ওই হায়বগী প্রমান পীবা ঙমদে। কম্যুনিষ্ট অমসুং এন্টি কম্যুনিষ্ট অনিমক নিংতম্না এ, এন, সি, গী মেম্বর ওইবা য়াই মথোয়নবু সংস্থান অসিগী নিতিশিংদা থাজবা অমদি অপাম্বা লৈরবদি।

চহি ৯ গী মমাংদা সরকারদু শাঁওনবগী আন্দোলনগা মরি লৈননা চংথখিবা কেশকী রায় পীবগী মতৌগুম, জস্টিস রান্ফনা এক্কিউজশিংদা হায়খি — 'নখোয় মরাল লৈরে হায়বগী প্রমান অমত্তা ফংদ্রে, নখোয় থাদোক্লবনি। নখোয় চংখিবা য়ারগনি।'

লাওথোকপদু হেক তাবগা মাইপাকপগী মুংঙাইরবা শকফম লৌরদুনা মীয়ামদু কোর্টতগী মপান থোরকখি। হরাও খোল্লাওগা লোয়ননা মকোকথোংবা উকিলশিং মাইক্লেলস অমসুং ফিছর বু লেংবান্দা তোংহন্দুনা হরাওবা ফোংদোকপগী জগোই শাখি অমসুং পিরাং ইরোইননা ঈশৈ— God Bless Africa— 'Nkosi Sikelel i Africa' শকখি।

# নিপালশুবা পম্দুপ

ব্রুইন্নী কায়নবা মতুং মার্চ ২৫, ১৯৬১ ইংদা পিটরমারিটজবর্গতা জুলুলেণ্ড অমসুং পোন্দোলেণ্ডদগী লাকপা জাতি কয়ামক্কী মীওই শুনা য়াওবা দিলিগেৎ ৪০০ পুন্না উনখি। মফমদুদা মখোয়না ওল ইন আফ্রিকা কনফরেন্সকী মীফম অমা পাংথোক্লুনা অহল মুপা মুপী মীচুৎ য়াওবা নেসনেল কনভেন্সন অমা কৌনবা সরকারদা তকশিন্নবা ৱারেপ লৌখি। কনভেন্সন অসি কৌবগী মরুওইবা উদ্দেশ্যদি জাৎ কুচুদা য়ুম্ফম ওইদবা গনতান্ত্রিক ওইবা মীয়ামগী সংবিধান অমা শেম্বনি। থবক ওইনা তকশিন্নবা জাতিগী থাক্তা নেসনেল এক্সন কাউন্সিল অমা মন্দেলাগী লিচিং মখাদা শেমখি। মতম অসিদগীদি মন্দেলাগী পুন্সি অমসুং থবক অরোনবা ঙাক ওইখ্রে। পুলিসনা ফাননবা কোইতান তান্নবা মানা শক ওস্থোক্লুনা নাস্থোক্লবা হোৎনবগী লুরবা পুন্সি তাংফম অমা মায়োক্লবা তাখি। করিগুম্বা সরকারনা কনভেন্সন অসি কৌ য়াদ্রবদি লৈবাক শিনবা থুংনা য়ানিংদবা ফোংদোকপগী সভাযাত্রা অমদি স্ত্রমিৎ হুমনি য়ুম্নদগী চখোক্লবা আন্দোলনগী খোঙজং অমা চংশিন্নবা লাওথোকখি। হায়রিবা দিমোনষ্ট্রেসন অসি অঙৌবা জাতিনা রিপব্লিক ওফ সাউথ আফ্রিকা শেমখিবা মে থাগী অরোইবা মতমদা পাংথোক্লবা লেপখি।

মীয়াম্না শকখঙনরবা পব্লিক ফিগর অমা অমসুং মন্দেলাগুম্বা য়াম্না ৱাংবা মীওই অমা শক ওস্থোক্লুনা লোৎপা অমদি মশক খঙহন্দনা লন্থী লমজাওদা চৎপা হায়বসি অরুবা অমনি। মফম অমদগী মফম অমদা লোম্না চৎতুনা মীয়ামগা উননবা হোৎনৈ।

লোয়ননা মাবু ফাননবগী বারেন্ট পীহ্নুনা তারে। অসুম্না পুলিসনা ফাননবা তাম্নবা অমরোম্নদা মন্দেলানা নাম্বোক্নবা হোৎনবগী থৌনা ফবা মতৌ অসিবু প্রেসশিংনা 'Black Pimpernel' হায়না শিংথাই। ফ্রেন্স রিভোলুসনগী মতমদা য়াম্না থৌনা ফবা উৎখিবা অমদি সরকারনা ফানবা শিনবা শরোদগী নাম্বোকখিবা ফিক্সনেল কেরেক্টর অমগী মিং লৌহ্নুনা চাংদম্নখি। মন্দেলা মতম চুম্নদা য়াম্না শিংবা অমদি লুবা মীওই থোইদোক্না সংস্থান অমা শাগৎপদা হৈশিংলবা বালটর শিসুলুগা য়াম্না নক্নুনা থবক তৌমিন্নখি। মাগী মতেংদগী অমদি মাগা লোয়ননা থেংনখিবা পুস্নিগী থৌদোক কয়াদগী ফং-লকখিবা জ্ঞানগী মঙালদা নেলসন মন্দেলা মীবু মীনা ওৎ-নৈবগী মায়োক্তা থেংনখিবা, আন্দোলন কয়া চংশিল্লকখিরা অমদি জাতি কয়াগী সংস্থানশিংবু অপুনবা লিচিং অমগী মথাদা পুন্নকখিবা ওমখিরনি। নেসনেল কনভেন্সন কৌনবগী বাফম অতুম্ন তোঙান তোঙানবা জাতিশিংগী কাংলুপনা ধর্ম্মগী, মহৈ মশিং হৈবশিংগী অমদি লিবরেলগী মীহুৎ য়াওনা অকনবা দাবী অমা শইনা লৌখৎখি।

এপ্রিল ২৪ দা নেসনেল এক্সন কাউন্সিলগী মাইগৈদগী প্রাইম মিনিষ্টরদা পেন্দবা কয়া ফোংদোক্লুনা চিঠি ইখি— 'নহাক্কী সর-কার পৃথিবীগী মীপুম তিংনা ফত্তবদা মপা লৈত্তবগীদমক ফাওরবা অমা ওইনা থওনরি। শাজৎ নাইদবা মীওৎ-মীনৈনা থল্লবা, হিংবগী অধিকার মাংহন্নবা তত্তনা লান্দাবদা হালেংবা লৈত্রবা, আফ্রিকাগী মীয়াম্নবা লৈখা তানা হিংবা উয়গা নংনা থাক্না থাক্রা নোকলি অপেম্নবা উৎলি। হেম্না শাথিরবা কিভম অমা মায়োক্লকদগী কনগে হায়রবদি নিংতম্না নেসনেল কনভেন্সন অমা কৌগদবনি।' মমাংগী থৌদোক কয়াদগী মন্দেলানা এরিগুম্বা সরকারগা থেংনবগী

ৱারমশিং অসি খন্নবগী অয়াবা পীরক্কনি হায়বগী আশা থক তৌখিদে। প্রাইম মিনিষ্টরনস্তু পাওখুম অমতা পীখিদে, চুম্নগী পার্লিয়ামেন্টতা শঙহনখি— 'য়াম্না শাওগৎপগী ৱাঙাং য়াওবা অমদি ধমকা তৌবগী চিঠি অমা ফংখি।'

মে তাং ২৯ দগী হৌরদুনা মুমিং চুমনি 'য়ুমদগী হেন্দোক্কবা' হায়বা দিমোনষ্ট্রেসনগী মওং অমা হৌদোক্কনা সরকারবু শীঙনখি। পুলিসনা পাক শন্না লান্দাখি, মরাল লৈবা লৈতবা থিদনা মীচম প্রজা কয়ামুকস্তু ফাজিনখি। মন্দেলাদি পুলিসকী লাংদা থুহনবা ঙমখিদে। পাস লোগী মখাদা আফ্রিকান মচা লিশিং তরাদগী তাদনা ফাজিনখি। লৈবাক শিনবা থুংনা মীয়ামগী মিটিংনচিংবা পাংথোকপা থিংগ্রে। প্রেস কয়াস্তু লান্দাখি অমস্তুং মখোয়না ফোঙবা চে-চাং পুম্নমক ফাজিনখি। প্রাইম মিনিষ্টর ভরৱোর্ডনা আন্দোলন কারী-শিংদা য়াম্না তমথীবা ৱাহৈ শিজিন্নদুনা ৱার্নিং তৌখি— 'নেসনেল কনভেন্সন থৌরাংবু শোগৎপা হায়বসি মৈ পায়দুনা শান্নবনি। মসিগীদমক ৱা ঙাংবা খুদিংমক কম্যুনিষ্টকী উদ্দেশ্য পুশিল্লক্কবা দায়িত্ব লৌবা মীশক্তি হায়না লৌগনি।'

অসিগুম্বা ৱার্নিং অসিবু নাচুংদনা মন্দেলা দিমোনষ্ট্রেসন পাংথোক্লমদাইগী অরোইবা মীকুপ ফাওবা 'য়ুম য়ুমদগী হেন্দোক্কবা' হায়বা পাওজেল মীয়ামগী নাকোংদা য়োৎহন্নবা অয়োৌবী থবক পায়-খৎখি। লোয়ননা মহাক্কী আপিল য়াওবা চে অমা মীয়ামদা য়েন্থোকখি। মরোলদি মখাগী অস্তুম্না ইবনি:—

খা আফ্রিকাগী প্রজা পুম্নমক!
য়ানিংদবা উৎপগী আন্দোলন চংশিল্লি
মীফা মীপুম্না ঐথোয়বু থিংবা ঙমলোই .... ...
ভোট থাদবগী অধিকার মীপুম খুদিংদা লৈহনগদবনি

শিল্পী খুদিংদা মরম চাবা অমসুং
হুমাংমনগা চাননা অশুমন পীগদবনি
পাস লো চৎমইল্লোইদবনি
অঙৌবা মশীং য়াম্নদবা কাংবুনা শাসন তৌবা
খুদক্তা লেপহনগদবনি।

ভরবোর্ক্তনা ঐখোয়বু কিহনবা ঙম্লোই
ঐখোয়গী লেপ্লখিবা রাফমদগী শম্না মফৈ অমা
থৈদোক্কনা চৎলোই—
য়ুম য়ুমদা লেঙদনা লৈগদবনি
মীগী ধমকাদা চৎকুমসি
নিংতম্বগী লম্বীদা চংশিনসি পুন্সিনা হিংলিঙৈদা ⋯ ⋯।

শোক ১৯৬১ মে তাং ২৯ আফ্রিকান লিশিং লিশিংনা য়ুমদা লৈরগা থবক কাদবগী খুদোংথিবা খুদিংমক মশা মশানা খঙনা মন্দেলানা তৌখিবা আপিল অদুবু ইকাই খুম্নরম্মী। ডর্বান্দা ভারত মচা শিল্পীশিংসু ষ্ট্রাইক শোগৎতুনা থবক কাখিদে। অদুগা ক্যেপ টাউন্দসু অতৈ কুচু মুবা শিল্পীশিংনা অহানবা ওইনা থবক শুখিদে। হায়রিবা অসি সাউথ আফ্রিকা ব্রোদকাষ্টিং কোরপেরেসনা অয়ুক ঙন্তাদগী লৈবাক শীনবা থুংনা শিল্পীশিংদা মন্দেলানা কৌরিবা বন্দ অদু থৌশাদনবা মীকুপ কাংদনা লাওথোকপগী মায়োক্তা চংশিনখিবনি। সরকারগী মাইকৈদগী বন্দ অদুনা সধারন পুন্সিদা অকায়বা অমতা থোকহনখিদে য়াম্না নোর্মেল ওই হায়না লাওথোকখি। অদুম ওইনমক বন্দ অদুগী অনিশুবা নুমিত্তা পোর্ট এলিজাবেথতা ৭৫% অমসুং জোহান্নেসবর্গ এরিয়াদা ৬০% থবক কারকখিদে হায়না পুলিসনা য়াখি।

মীয়ামদগী অঙকপা পাওখুম অমা ফংবত্তুদা মন্দেলানা থাগৎখি। কা হেন্না ধমকা তৌরকপা খুদিংমক মায়োক্লত্নুনা অমদি থবক কাদবগী খুদোংথিবা মশানা দায়িত্ব লৌজরগা সরকারবু শীঙনবগী বন্দ ফজনা মাই পাকখি, সরকারনা চেকশিন থৌরাং অয়োবী থাক্তা লৌখৎখিবা অমদি শিন্মীশিংদা বিহনখিবা পুন্নমক অত্তু য়েংলুরগদি। মন্দেলাসু য়াখি মত্তুদি বন্দ অত্তু মফম থরদদি নিংবা থুংনা মাই পাকখিদে। মতুসু সরকারনা অকিবা ফংলবা হিংসাগী উপায় শিজিন্নখিবননি। নিনি চনবা মুমিংকী মতুংদদি মথা তাবা খোঙজংদা অহোংবা অমা পুথোক্লবা হোৎনখি। অহিংসাগী নিতিদা য়ুম্ফম ওইবা আন্দোলনগী তাঙ্কক অসি থুপচিন্নগে খনখি। লৈবাক শিনবা থুংনা উনবা খুদিংদা হুংনরকখিবা ৱাহংদি— 'মসিবু রাজনিতিগী অচুম্বা ৱাখল্লোন ওই-খিগদ্রা মত্তুদি মীয়াম অমনা মখোয়গী হিংজনবগী আধিকার তানবদা অহিংসা অমদি শান্তিগী লম্বীদা চংশিনবা, অমরোমদনা শাসন পায়রিবা কাংবুনা হিংচা য়াইতম্বগী শাজৎনা লৈখা তাববা আফ্রিকানশিংবু অৱাবগী কোমদা হন্না হন্না ইস্থরি।'

মন্দেলাগী পুক্লিংদদি ৱাহংসিগী পাওখুম অমা লৈরে। পাওখুম অত্তু মহাক্লা অন্দর গ্রাউণ্ডদগী জুন তাং ২৬ তা চহিগী 'নিংতম মুমিং' পাওজেল ওইনা মীয়ামদা অনৌবা লাঞ্জংগী মরমদা লাও-থোকখি। লাওথোকখিবত্তুদা মহাক্লা য়াম্না মরু ওইনা পনখিবদি সরকারদা করিগুম্বা মখল অমতগী সহযোগ পীদনবনি। মসিগীদমক মহাক্লা আফ্রিকান জাতিগী মকুপশিংদা মরু ওইনা মপাল লমশিংদা খা আফ্রিকা সরকারবু বোইকোট তৌহুনা নাইতোম তাহন্নবা হায়-জগনি। কুতনিতি অমদি অর্থনিতিগী লমদসু অথিংবা থম্নবা অরোনবা থৌরাং কয়া অন্দর গ্রাউণ্ডদগী পাংথোক্লবসু পনখি। মখা তানা মীয়ামদা আপিল তৌখি— 'ঐ নখোয়গা লোয়ননা

সরকার অসিবু লাম্বেংনখিগনি মাই পাকপা ফংত্রিফাওবা। নখোয়দি করি তৌগে নিংলি? নখোয় ঐখোয়গা লোয়ননা লাকত্রা নত্রগা সরকারবু মতেং পাংত্নুনা নজাতিগী অপাম্ববু নমথনবা হোৎনবদা শরুক য়াগে খল্লিত্রা? ইরৈবাক মচা কয়াগী শিবা অমদি চংবগী তাংফম অমা লাক্লবদা তুমিন্না খঙশিন্নদনা লৈগে খল্লিত্রা? ঐ ইছাগী ওইনদি, অপাম্বত্নু খঞ্জরে। ঐ খা আফ্রিকা থাদোক্তুনা খক চেল্লোই 'অত্নুগা সরকারদস্নু চংজরোই।'

## মাপলগুবা পন্দুপ

আইন্না য়াদবা সংস্থান অমা ওইরবা এ, এন, সি, না য়াম্না কুপ্না খন্নরবা তুংদা মন্দেলানা লুচিংবা কাংলুপ অমা থাইদোক্লুনা উমখোন্তো ব্রুই সিজরে (Spear of the Nation) কৌবা সংস্থান অমদা অরোনবা থবক কয়া পায়খৎনবগী থৌদাং পীখি। হিংসাগী থবক লোমদা চংশিল্লকপা হায়বসি তন্নাইবা থবক্তি নত্তে। ব্রারেপ অত্থুস্থু খুদক্তা ইথন খঞ্জদনা হেক লৌবা য়াবা নত্তে। তাঞ্জা-মেঞ্জা কুপ্না য়েংদবা য়াদে। অহোংবা খোঙথাং অমগীদমক পুক্লিংদা লৈগ্রবস্থু হৌখিবা চহি কুনমুক্কী মন্থুংদা অহিংসা আন্দোলন চৎথরকখিবগী মহে য়েংলুরগা নিংবা কায়নিঙাই ওইরে। থকসি খাসি ঙাক্লা শান্তিগী লম্বীদা চংশিনখিবা ঈহৌ কয়া মীহাৎ মীপুনগী তমথীরবা সরকারগী শাজৎনা নমথবা ঙমখি। হৌজিক থন্না হিংসা ওইবা লম্বীদা মীয়ামগী ঈহৌ পুশিল্লকপা মতমদা অঙকপা ফংবা শক্তিশিং সরকারনা হান্নদগী শরুক চাম্মা হেন্না শিজিন্নরক্লগনি। মসি থল্লু-রগস্থু মন্দেলা ব্রাদবা ঙমদে। এ, এন, সি, অহিংসা নিতিদা য়ুম্ফম ওইরগা শাগৎখিবা মীয়ামগী ওইবা রাজনিতিগী সংস্থান ওইরবস্থু চেকশিন্না খুত্থুম চনবা ঙমগদবা হিংসাগী থৌরম থরদি য়াদবা ঙমখিদে। ব্রালটর সিস্থুল্লু এ, এন, সি, দা লৈখি অত্থুগা মন্দেলানচিংবা অথন্নবা মেম্বর থরনা উমখোন্তোগী থবক শেম-শানবা থৌরাংদা য়াওখি। থবক পাংথোক্লবা অশিল-অরাংগী থৌদাংদা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী অথন্নবা মেম্বর থরস্থু য়াওখি।

নিংথম থাদগী হৌত্থনা য়েন্নিং থা ক্লাওবা অরোনবা থৌরাং কয়া য়াঙশিন্না চংশিন্নবা শেম শাখি। ব্রুইন্নী অমস্থুং মচান্থুপীশিংগা

উনবা ঙমখিদে। কুইনা উনখিদবগী মুংনাংবা অমা মন্দেলাদা ফাওখি। নোংমদি মাগা লোইনবা মরূপ শিংদা অঙকপা অমা ওই-হনখি। অতুক চিল্লবা অরোনবা ৱা তানবগী মীকুপ অমা কাংদনা উনবগী মরক থন্না খঙহৌদনা চীকমাঙ মাঙখি। মাগী লোৎফম-শিংদগী অাঙলবা মীকুপ অমা নাম্বোক্তুনা মাগী মুপী ৱুইন্নীগা উনখি। ৱুইন্নী মতমতুদা জোহান্নেসবর্গ চাইলদ ৱেলফিয়ার সো-সাইটিদা থবক তৌরি। সহরদা অমদি সহরগী মতাইদা চিলড্রেন কোর্ট কাতুনা অঙাংশিংগী ফিভম য়েংশিনখি। অহানবদা মন্দেলা মীহুৎথোং শেংদোকপা, মথংদা মীগী পাওখোল্লোই ওইবা অমসুং গাড়ি ড্রাইভর ওইবা মী অমগী শক্লোন লৌতুনা খ্বাইনা থাজরোইদবা থবক কয়ামুক পাংথোকখি। ৱুইন্নীগী কার য়াদবা মতাং অমদা পাও অমা থারকখি। মাগী ওফিসতা খঙহল্লকখিবনি সহরগী মতাই ওইবা কোর্ণর অমদা থৌরগা লাক্লবা। খঙহল্লকপা মফমতুদা ৱুইন্নীনা কার থৌরগা চৎখিবদা য়াম্না ৱাংবা নিপা অমা অতিয়া মচুগী জোন জোন লাওবা অচৌবা ওভর কোট অমা লিংতুনা লৈবা থেংনরে। ৱুইন্নীদা ড্রাইভরগী সিট থাদোক্লবা ইঙ্গিৎ তৌখি। গেরেজ অমদা থৌজিন্দুনা ৱুইন্নীগীদমক অনৌবা কার অমা লৈবীখি। লেপ্তুনা অমুক থৌজিন্দুনা তোঙান তোঙানবা মফমদা চৎখিগদবগী গাড়ি ঙাইনরিবা মীয়াম অমগী মরক্তা, ৱুইন্নীদা কায়না ৱাহৈ পীরম্লগা মাঙখি। অহানবদদি ৱুইন্নীনা নেলসনবু মশক খঙবা ঙমখিদে।

অতোপ্পা থৌদোক অমনা ময়ায় ওইনা নানবা অঙৌবা কাংবুগী লৈফম অমদা লোৎখিবগী ৱারীনি। য়ুমুতুগী মিং ৱোলফী কোদেস কৌই। য়ুম্নুরেন অতুনা লম ৱাই শেংদোক্লবা ঝুলুদগী মীনাই অমা থন্নী। মতৌ করম্না মন্দেলাগী শক অমসুং মিং ৱাইশিংপা নিপাতুদগী লোৎশিংগে হায়বসি কোদেসতা অচৌবা

প্রোগ্রেম অমা ওইখি। মরমদি আফ্রিকাগী য়ুমথোং খুদিংদা মন্ডেলাগী মিং তাকবা য়াওত্রেবনি। উপাই অমদি লাকখি। নেলসন মতমত্তুদা পুক্লিং চংনা লাইব্রিক পাবা মতমনি। মাও সেটুং, লিদ্দেল হার্ট অমদি রৈটজকী কমাণ্ডো থরাই য়াওনা পারিঙৈনি। কোদেসনা নেলসন তানরগা অমুবা অতিথি অতুগী মিং অমসুং মানা লৈবগী মরম মীনাইতুদা অসুম্না তাকখি— "ঐখোয়গীদা কুচু মুবা নিপা অমা লৈরিবসিগী মিং দেভিদ কোবনি। মহাক্না অয়ুক নুংথিল চংথোক্তুনা লাইব্রিক তৌরিবসি ছাত্র অমা ওইবগীনি। মপান্দা লাইব্রিক মখা তমথনবা থৌরাং তৌরিবনি। মহাক্না চংখিবা য়াবগী থৌরাং পুম্নমক লোইত্রিকাওবা য়ুমসিদা লৈখিগদবনি।" অসি হায়রম্লগা কোদেস মাগী থবক কাপ্রে। চাকলেন চানবা হল্লকপদা মন্ডেলাগা মীনাইতুগা ওস্তোক্না হরাওনা ৱারী শামবা থেংনখি। অতোপ্পা ইমুং অমদা লৈরুবসু অসি মঙাই চাকথোংবা মীনাইগা হেক্তা চাম্নশিনবা ঙমই লোয়ননা দেভিদকী মিংদা পাওখোলনচিংবা শীরম্মী। মীগী য়ুমদা লৈরবসু মাগী মহৌশা হৈনরকপা অয়ুক অঙনবদা পুং অনি চেন-চোংতুনা শাম্নবা থাদোকপা লৈতে। অয়ুক ঙস্তা পুং ৫ দা হৌগংতুনা মপান চংথোক্লবসু ইমুংদা পুং অনিদগী তাদনা এক্সরসাইজ তৌই, মুমিং খুদিং।

ওক্তোবর থা লোয়রকপদা মন্ডেলা ইমুং-মমুং পুন্না লৈগিন্নতুনা মপাম্বোংদা য়ুম-কৈ লিংতুনা লৈবা ম্যালহল্লি। জোহান্নেসবর্গকী মতাইদা অপিকপা ফার্ম অমা ভারা পীতুনা ৱাইরে উমথোক্তো-গীদমক। রিভোনিয়াদা লৈবনি, লিলিজলিফ হায়না মীংথোল্লি। মমাং শঙ্গোয়ঙম্বা য়ুম মচা মচা ময়াম অমগী মরক্তগী অমথক থল্লগা কা অমদা আইম্না য়াদবা কাংবুশিংগী লোৎকম অমদি অরোনবা ৱা-তানফম ওইনা শিজিন্নৈ। ৱুইম্নী, মচানুপী অনি জেনী অমসুং

জিনজী কারনা মথং মথং লৌহনুবগা রিভোনিয়াদা থমখি। থাবুম কয়ানিগী তুংদা অহানবা ওনা ব্রুইন্নী মপুরোইবগী তম্না-চাক থোংজবা বংখি। জিনজী অঙাংগী গাড়ি মচা অমদা অতুগা জেনীনা তুরোই ঙায়োই চৎহন্দুনা কজবা উপায়ী ঙাক্ত হৌবা ইংখোল অমদা বাকিং চৎমিন্নখি।

লিলিজলিফতা উমখোন্তোগী অরোনবা বা তানবশিংগা অতুগা এ, এন, সি, গী এদভাইজরশিংগা মিৎ-না শিংনা অমদি হৈ-শিংনা থবক তৌমিন্নবা ঙমখি। মীয়ামদগী নাইতোম তানা কুইনা রামী-ররকপগা লোয়ননা মুংশিনবগী মরীসু চেৎশিনখি। চংশিল্লকদবা থৌরাং কয়ামুক থন্না নৈনরকপদা কাংলুপ অনিমক শরুক য়ামিন্নখি লোয়ননা পুক্লিংদা মথুম-মরাং হৌবা হেনগৎলকখি। হিংসাগী লম্বীদা চংশিল্লকবগী ওইথোকপা য়াবা উপায় মরিথক থন্নরম্মী— সরকারগী মরু ওইবা লন-থুম মাংহন তাকহনবগী থবক, মচি মচিদা অপিকপা কাংলুপ শেন্নগা লালহৌবা, হাৎন-শুনবগী অকনবা অকিবা শাজৎ অনসুং ফোংনা লালহৌবা অসিনি। অহানবা মথলগী হিংসা অসিদা চংশিন্নবা লেপ্পরম্মী। রাফম অসিদা থাজবা থম্নতুনা মন্দেলানা হায়খি— 'মসিনা মীওইবগী পুন্সি মাং-তাকহনবা মশীং হন্থহনগনি অমসুং তোঙান তোঙানবা জাতিশিংগী মরক্তা লৈনবা মরি তুং-কোইনা ফগৎহনবা ঙম্গনি।'

উমখোন্তো এমঃ কেঃ হায়রগস্ন খঙনবা জাতিগী তাজীন ( Spear of the Nation ) সংস্থান অসিনা মাং তাকহনবগী থবক পায়খৎপা তারে। মতুদা নেলসনা মেম্বরশিংদা চেকশিন্না ঙাকদবা পাওতাক কয়ামরুম পীরম্মী। থবক অসি পাংথোকপদা কনামতগী পুন্সি মাংবা য়াবা নত্রগা শোকপা য়াবা হিংসা অমতা তৌরোইদবনি।

জাতিগী থাক্তা নেলসন মন্দেলানা হায় কমাগু ওইখি। লাল্লোং শিনবা, টার্গেং লেপ্পা, ট্রেনিং পীবা অমসুং শেল-থুমগী অন্নাং-অপা খুদিংমক মহাক্না য়েংশিনখি। লম-লমগী ওইবা কমাগু কয়া শেম-গৎতুনা নক্লবা মফমশিংদা মাং তাকহনবগী থৌরম পাংথোক্লবা কাংবু মচা মচা শেমগৎখি। থবক ওইনা চংশিল্লকপদা নেলসন খুদোং-থিবা কয়া নংখি। মরমদি মীয়াম্না শিল্লিবা থৌরাংদা কদায় ফাওবা ভাব তারবগে হায়বত্থু লাকশিনবা ঙমখিদে। লোয়নননা অরোনবা ঙাকপগী শোয়দবী অমা লৈরে হায়বত্থু রানা থোক্লম্মী। থোইদোক হেন্দোক্লা য়েলহৌঙৈদগী আফ্রিকানশিং অসি হুরান-লাম্না কয়া হৈনরক্তে। মথোয়গীদি ফোংনা লাম্বংনবনি, নারোম্দা লোম্না মী ফুবা অয়ম্বা মীগী শাজং ওইনা লৌনরম্মী। মাইল চাম্মদগী তাদনা লাপ্পবা সেন্টরশিংদা ঈ-পাও ফাওনবসু অরায়বা নত্তে। শক ওম্থোক্তুনা চৎলবসু পাস লো মায়োক্লদবা য়াম্রবনি। খ্বাইদগী হেন্না খুদোং থীবদি পাও পীবা মশীং লাকঙমদনা লৈবাক্কী মফম খুদিংদা শন্দোক্তুনা থমখিবত্থুনি। অরোনবা থৌরাংশিগী মরমদা সরকারদা পাও পীবা খুদিংদা পাউণ্ড ১৩০ বোনসকা লোয়নননা পীরম্মী। য়াম্না চেকশিন্না ঙাক শেল্লিবা মফমশিংদা মাং তাকহনবগী থবক পাংথোকপা থোইদোক্লা অরুবা রাফম ওইখি, মরমদি শিবা য়াবগী খুদোংথিবা কয়া মায়োক্লবা তাবনা।

পোর্ট এলিজবেঠ ঈরাং হৌগনবা লমনি। 'সরকারগা শীঙনবা' আন্দোলন হৌখিবা মতমদগী মফম অসিদা পুলিসকী চেকশিন থৌরাং মরাং কায়না থমগ্রবনি। মাং-তাকহন্নবা থৌরাংগী মনম ফংবগা ঈরাং থোক্তনবা মফমশিংদা লাম্দাত্থুনা সরকারগী লন-থুম মাংহন্নবা থবক্তা চংশিল্লিবা লোৎতুনা লৈরিবা এমঃ কেঃ মেম্বরশিং ফাননবা লোংউপ তানবতা নত্তনা রাজনিতিগী ওইবা অফ-ফত্তা

থজিক্তং নৈনবগী এক্তিভিটিজ খুদিংমক থিংখি। লাক্কদৌরিবা চহি কয়ামুক্তা নৌহৌনা শাগৎপা ঙমদনবা মওংদা শক্তি শিজিন্নহনা নমথখি। নভেম্বর থাদা নাটাল অমনি ক্যেপতা টুর তৌরিঙৈ মন্নুংদা নেলসন ফাগদবগী তান্নরকপা অমদগী শন্না মক্কে অমদা নাম্ফোকপা ঙমখি। গাড়ি থৌরা ড্রাইভর অনগী শক্তম লৌহনা কোট টুপীনচিংবা উপশিন্নগা জোহান্নেসবর্গকী লম্বী মচি অমদা লেপ্পনা লৈরিঙৈদনি। মাবু পুগদবা কার মতম চানা লাকখিদে। ইখঙ খঙহৌদনা অমুবা সেক্যুরিটিগী মীওই অমা মা তন্না চুদ্রিং চংশিল্লকখি। নেলসনগী মাইথোংদা চুন্না য়েংবদা নত্তনা মীৎ মপাদা চাগদবমখৈ মুন্না য়েংশিল্লকখি। নেলসন 'লোইরেদনা' খনখি। ইথা থাজদনা নিপা অহুনা মীৎচি হায়ফেৎ খৎতুনা এঃ এনঃ সিঃ গী খুবী থাঙ্গৎপা সলাম পীরম্লগা চৎখি।

দিসেম্বর ১৬ তা উমখোন্তো ব্রুই সিজরেনা খুং থাবা হৌরে। জোহান্নেসবর্গকী মরু ওইবা মফম খরদা অমদি পোর্ট এলিজাবেঠ অমসুং ডর্বান্দা বোম পোকখাইহনরে। অম্যাং-অতা কয়া থোকহনবগা লোয়ননা সাবোটিয়র অমহু শিখি। মীয়ামদা অনম্বা চে-চাং কয়া চাইথোক্তুনা চংশিল্লক্লিবা হিংসাগী থবকশিংগী মরমদা শন্দোক্না তাকখি।

"উমখোন্তো ব্রুই সিজরে (Spear of the Nation) সংস্থান অসিনা অনৌবা উপাই অমা শিজিন্নহনা আন্দোলনগী খোঙজং অমা চংশিল্লগনি। ......মীথা পোম্না হিংলিবা জাতি অমগী পুন্সিদা য়াহং অনিখক্কী অপাম্বা পাওখুম অমা পীনবা মতম লাক্লে— চংজবা নত্রগা মায়োক্কবা। হায়রিবা মতমহু ওসি থা আফ্রিকাদা চপ চানা লাক্লবনি। ঐখোয়গী লৈজবা পাঙ্গল থৌনা ফুদোক্তুনা মীয়ামগী পুন্সি ঙাক-শেনবা, তুংগী মীরোলশিংগীদমক অমসুং নিংতম্বা

হৌংনবগীদমক লৈজবা উপাই খুদিংমক শিজিন্নহ্নবা খুৎ থাবা নত্তনা অতোপ্পা অপাম্বা অমা থম্নিঙাই লৈত্রবনি। মীয়াম্না অহিংসাগী উপাইনা শান্তি ওইনা পাংথোকপা আন্দোলনগী নিতি সরকারগী মফমদদি মরাল লৈজদবা মীয়াম প্রজা ওৎ-নৈবা য়াগনি হায়বগী অয়াবা ইঙ্গিৎ পীখ্রগা চপ মান্নখ্রে। .... ... ঐখোয় অকনবা শক্তি অমগা লোয়নননা অনৌবা লম্বী অমদা মীয়ামগী নিংতম্বা পুরক্নবগীদমক লাক্লবনি।"

জানুয়ারি থা ১৯৬২ গী অঙনবা শরুক্তা নেলসন মন্দেলা দেশকী হাংমদা লোম্না পুথোকখ্রে। অরোইবা ওইনা অহিং অমদি বুইন্নীগা মরুপ অমগী য়ুমদা লৈমিন্নবা ফংখি, অরাং থংবা মতাইগী খুঙ্গং তমদনি। ইথিয়োপিয়াদা পাইশিনখি, মুমিংতু নিংথৌরেল হেলি সিলাসীন। থৌবু ওইহ্নবা প্যান আফ্রিকান ফ্রিদম কনফরেন্স পাংথোকপা মুমিং ওইরম্মী। অহানবা ওইনা নিংতম্বগী শ্বর হোনবা ফংখি। পুন্সিদা কাওঙমলরোইদবা থুক লাওবা থৌদোক অমা ওইখি। এদিস অবাবাদা ওলিভর টম্বুগা উনখি। মন্দেলানা কনফরেন্স অহ্নদা এড্রেস তৌনবা থৌরাং অয়াম্বা ওলিভর টম্বুনা লাংখিবনি। নোংপোক ময়ায় থংবা অমদি খা আফ্রিকাদগী লাকপা দিলিগেৎশিংনা নেলসনবু লাংতকনবা অমসুং হরাও তুজুংবগা লোয়নননা ওকখি। খা আফ্রিকা সরকারগী মায়োকতা অথিংবা লাওথোকখ্রবা ষ্টেটশিংদা মহাক্কী থাগৎ রাহে কয়া পীখি লোয়নননা মরৈবাক্কী নিংতম আন্দোলন তৌবগীদমক ফানবা থৌরাংদগী নানথোক্নুনা চেক্লবা লুচিংবশিংবু চংজকম পীবীবগীদমক্তসু তৌবীমল খঙবা উংখি। মাংদা তারিবা আন্দোলনগী মরমদা মহাক্না হায়খি—"মসি মতম চংগনি, করিগুম্বা মতমদা চয়েৎনবা ফিভম ওইগনি, অকনবা খাঙবদা রাবা অমসু ওইগনি। মরম অসিনা অয়োবা থাক্কী অপুনবা জাতিগী ঈহৌ অমা তঙাই ফদ্রবনি। আফ্রিকান

মীয়ামগী অপাম্বা অমসুং অনিংববু নমথনবা খা আফ্রিকা সরকারনা ইকোং ফোংনা হিংসাগী শ্যাজৎ হ্যালেংবা লৈতনা চৎথরি অরৈবা পুলিস অমদি মিলিটরিগী শক্তি শীজিন্নদুনা। রাজনিতিগী লুচিং-বশিং ফাজিন্দুনা অকনবা দণ্ডি পীবা য়াবা কেশ পানশিল্লি। মরাল লৈজদ্রবা মীয়াম ফাজিন্দুনা জেলদা থমজিন্দুনা মথল কয়াগী মীওৎ-মীনৈ চৎথরি। ছার্ভেপাইল অমসুং ট্রান্সকী ইমরজেন্সিগী মতমদা মীয়াম্না কয়াদা ৱাখিবা! ময়ামসি ওইদুনসু মীয়াম্না নিং-হন্নবা থক পোকত্রি। কয়াদা কনগ্রবা নিংতম আন্দোলননো ঙসি খা আফ্রিকাদা থেংনরিবা?”

তশেংনমক অন্তর্জাতিগী থাক্তা খা আফ্রিকা সরকারবু নিন্দা তৌবগী ৱা কনখৎলকখি। খা আফ্রিকাবু হিরম খুদিংদা নাইতোম তাহনবা অমদি রাজনিতি অর্থনিতিগী লমদা অথিংবা পীনবগী ৱাফমসু লৈবাক কয়ানা শৌগৎখি। থোঙথাং অসিগী ফল ওইনা খা আফ্রিকা কম্মনৱেলঠতগী তাম্থোকখি। মসিগীদমক ঘানা, নাইজেরিয়া অমসুং টানজানিয়ানা অকনবা থৌদাং লৌখি। অসুম্না পৃথিবীগী দেশ কয়ামুক্কী অকনবা শফু খা আফ্রিকা সরকারদা পিশিল্লকপদগী অন্তর্জাতিগী ওইবা হিরম কয়াদা খা আফ্রিকাগী ফিভম শোকচিল্লকখি লোইননা নিংতম আন্দোলন চংশিল্লবশিংদা অনৌবা থৌনা হাপখি।

নেলসন মন্দেলানা খা আফ্রিকা থাদোক্লুনা আফ্রিকা মহা-দেশকী তোঙানবা লৈবাকশিংদা পাংথোকখিবা মীয়ামগী মিটিংদা তত্তুনা হায়খিবা ৱাফমদি—

“লিদর অমনা মাগী তুংইল্লিবা মীয়ামদা অচৌবা দোষ অমা লঙশিল্লিবনি, মতমত্তুদা, মহাক্না রাজনিতিগী থুৎলাইবু মথৌ শঙবা

ওমত্রবা অদুগা খুংলাইদুবু শিজিন্নরুবদা মতিক চাবা ফল পুন্নকপা ওমত্রবা।" মহাক্না আফ্রিকাগী মীয়ামদা অমতা ওইনা পুনশিনবগী তঙাই ফদবদু হুন্না হুন্না নিংশিংখি অমসুং খা আফ্রিকাদা ওই-রিবা অশেংবা ফিভমদু মচা থায়না মীয়ামদা খঙহনখি। অদুগুম্বা নিংতম্বা পুরক্লবগী হৌরিবা আন্দোলন খুমাং চাওশিনবা ওন্নবা আফ্রিকান লিদরশিংদতা নৎতনা পৃথিবীগী নিংতম্বা পামজবা মীয়ামদগী মপুং ফাবা তেংবাং পিবীনবসু আপিল তৌখি।

মতম অয়াম্বদা ওলিভর টম্বুগা লোইনদুনা অরাং থংবা অমসুং নোংচুপ থংবা আফ্রিকাগী ষ্টেটশিংদা কোয়না চৎখি। মিলিটরি ট্রেনিং পিনবা অমদি তুংদা শাসনগী চুপ্পি পায়রগদবা মীওইশিংদা লৈবাক ঙাকলোন তম্বীনবা লোয়ননা স্কোলারসিপকী মরম কয়ামুক কুপ্না থন্নখি। মীরৈবাক্তা লৈরিঙৈদা মহাক্না পুম্নিদা অহানবা ওইনা নিংতম্বগী শ্বর হোনবা ফংবদা ফাওখিবা বাখলদু অসুন্না ফোংদোকখি— "ঐনা চৎখিবা মফম খুদিংদা ঐবু হিংলিবা মীওইবা অমদা চৎকদবা শাজৎ অমসুং ব্যাবহার মতিকচানা পিবীরকখি।" ওলিভর টম্বুগা লোয়ননা লণ্ডন য়োনা পাইদুনা মতমদুগী লেবর অমসুং লিবরেল পার্টিগী লিদরশিং— হুগ গ্যেটসকিল অমসুং জো গ্রিমোন্দগা উনখি। মখোয়দা খা আফ্রিকাদা চংশিল্লিবা নিংতম আন্দোলনগী মরমদা শুগাইনা তমখি। জুন তাং ১৭ নোংমাইজিং মুমিৎ ১৯৬২ দা অহাঙবা মতম থরা ফংলদুনা ষ্ট্রেষ্ট-মিনষ্টর য়েংবগী খুদোংচাবা ফংখি।

আফ্রিকাদা তম্না অমুক হুন্নরুবগী মতম লাকখি। অলজেরিয়াগী কোলোনেল বাউমেদিন, নেসনেল লিবরেসন আর্মিগী কমাণ্ডর-ইন চিফনা মন্দেলাবু অলজেরিয়া নহারোলশিংনা কয়াদা থোনা ফনা ফ্রেঞ্চ ইম্পেরিয়েলিজমগী মায়োক্তা লাম্বেংনখিবগে হায়বদু মীয়েং

তাল্লবগীদমক বার্তন তৌখি। মফমত্তুদা লৈরিঙৈ নেলসন মন্দেলা মতৌ করম্না মোটোর কাপকদগে মরুওইনা লালগী খুজু খুংলাই শিজিন্নবগী মরমদা কুপ্না তমশিনখি। অলজেরিয়া আর্মী হেড কাটর্স তা চৎতুনা লালগী মরমদা লেকচর তাবা য়াওখি। দরবারবু লৈরবদি মাগী প্রজা মীয়ামগা লোয়ননা লাম্লেংনবা অমগীদমক মতিক চাবা মীওই অমা ওইনা থৌরাং হেক্তা তৌবা পামখি।

নোংচুপ থংবা আফ্রিকাদা লাক্তুনা জিলিয়স নায়েরেরী তুংগী টানজানিয়াগী প্রসিদেন্ট ওইরগদৌরিবা, কেনেথ কান্দা তুংগী জাম্বিয়া প্রসিদেন্ট অমসুং কেনিয়া ওপোজিসন পার্টি লিদর ওগিংঙো ওদিঙ্গাগা উনখি। মানা থুংলুবা মফম খুদিংদা হরাও তয়াম্না ওকখি অমসুং মীয়োক মীচান করবা উংখি। অতুম ওইনমক এ, এন, সি, না অঙৌবা জাতি খরগা অমদি ইণ্ডিয়ানশিংগা এলায়েন্স তৌবগী ৱাফমত্তুদি য়াম্না তোয়না পামদবা ফোংদোক্ক-রকখি। মত্তু নেলসন্না উনবা খুদিংদা শেংদোকপগী খুদোং চাদবশিংত্তু থেংনবা তাখি। ৱাফম অমা ওইনা ফোংনা থম্নবদা য়াম্না তায়োম্নবা চংখিবা য়াবা অমনি। খা আফ্রিকাদা ওইরিবা থোই-দোক হেন্নোকপা ফিভমশিংত্তু মুম্না খঙদবদগী এ, এন, সি, গা খুংশম্নতুনা চংমিন্নরিবা অঙৌবা অমদি ইণ্ডিয়ানশিংবু য়েক্কবা ওইনা লৌখিবনি। এ, এন, সি, গী থবক খুদিংমক আফ্রিকান লুচিংব-শিংগী লিচিং মথাদা পাংথোক্লিবনি হায়বত্তু খঙবা ৱাংপদগী লাম্না লৌবনি হায়না নেলসনগী থম্মোইদা ফাওখি।

খা আফ্রিকাদা হল্লক্লবগী মতম ওইরকলে। মত্তুগী মাংওইননা ইথিয়োপিয়াদা খা আফ্রিকা বোর্ডর লান্দুনা মিলিটরি ট্রেনিংগীদমক থুংলখিবা অহানবা নহারোল কাংবুগা উনত্তুনা ৱারী শান্নখি। মত্তুগী তুংদা খাইদগী খুদোংথিবা বোর্ডর লানবগী থবক হুংঙাইতবা

থোদোক অমত্তা থেংনদনা পাংথোকখি, মমা লৈবাক্তা অমুক থুংলখি। ভারত মচা মরুপ অমনা থোবা কার অমা মাবু ঙাইহনা লৈরম্মী অমম্বা অথুবা লম্বী অমদা। মদু তোংহনা অহিংচুপ্পা রারী অমত্তা শানদনা থোরকখি। য়াম্না কোইনা থোরবা মতুংদা অরোনবা অমদি ফত্তবা লম্বী অমদা ফাওজিল্লকুনা জোহান্নেসবর্গতা থুংলখি। মহাকপু মশক খঙদবা ইমুং অমদা পুলিস ষ্টেসনগা মায়োক্কনা লৈবা, খ্বাইদগী খুদোং চায় হায়না থনবা ঘুম অমদা লৈহনখি। মহাক থুংলরে হায়বগী পাওসি মাগী মরুপশিং অমদি ইমুং-মনুংদা খঙহন্নিংবনা লাংতক্কখি। মীরৎ-নারৎ য়েংহনা চথোক-চৎশিন য়াগদবা উপায় পুথোক্কবা লম্বী য়েংবা হোৌরকখি। মমৈথংদা মরুপ অমগী য়ুমদা বুইরীগা য়াম্না তেনবা মতম অমা উনবগী তাঞ্জা ফংখি।

জোহান্নেসবর্গতা থুংলবগা উমখোন্তোগী নেসনেল হায় কমাণ্ডদা রিপোর্ট তৌখি। নেলসনগী মরুপ খরনদি থারিল্লা লালহৌগীদমক ট্রোনং পীননবা নহারোল মিং চনশিনবসি মতম খরা চাফাত্রি হায়না ফোংদোকনরকখি। অতুবু য়াম্না কুপ্পা খন্নরবা তুংদদি অসি-গুম্বা লালহো অমা পুরক্কবা হোৎনবদা চংগদৌরিবা মতমদু য়েংলুরগা য়ানবা অমদা লাকখি থবক মথা চংথখি। নাটাল অমসুং ডর্বান্দা চৎতুনা মফমদুগী রিজনেল কমাণ্ডশিংদসু মহাক্না থেংনরকপা থোদোক কয়া রিপোর্ট তৌখি। মতমদুদা সেসিল বুইলিয়মস কৌবা থিয়েটর ডাইরেক্টর অমনা নেলসন মন্দেলাদা কার অমা শিন্নখি। নেলসন্না ড্রাইভর, বুইলিয়মসনা মাগী বোস শারহুনা থোরকখি।

উমখোন্তোগী কাংবু উনররবা তুংদা নেলসন, মাগী অরিবা মরুপ, নাটাল এ, এন, সি, লিদরশিংগী মনুংদা মরুওইবা অমা ওইরিবা এম, বি, য়েঙবাগা উনখি। মশানা ডেভিদ হায়না কৌজবা ড্রাইভর অহুনা 'চিফ' উনবা চংকদৌরিবনি হায়রকপা তাবদা

অঙকপা অমস্থং হরাওবা পোকখি। 'চিফ' হায়বা মিংথোনসি লুটুলীবু মুংশিনা ব্যাবহারগা লোয়ননা কৌনবনি। জোহান্নেসবর্গকী মরুপশিংনদি নেলসন্না লুটুলী উনবা চংকনি হায়বসি হরাও হরাংনা য়ানিংখিদে অদুম ওইনমক মহাক্না মপান লৈবাকশিং চংলমদাইদা হল্লক্লগা চিফ উনবা লাক্কনি হায়রম্বা রাফমদু ভাক্লনবা চংখিবনি। অবাং পাংনা চুগী লৌবুকশিং ফাওদুনা থৌরকখি। লম্বীদা মহাক্না মপান লমদা কোয়রুবগী মুংঙাইরবা রারী কয়া লীতুনা য়েঙরাগী থম্মোই শুমহৎখি। মথংগী মুমিং থাংজগী মুমিং য়ুংবা মতমদা মরুপ অমগী য়ুমদা লুটুলীগা উনখি।

য়েঙরাগী মকমদদি অনিগী উনবদু লিদর অমগা কমাগুর অমগা উনবগী পান্নমগুম ওইখি। হরাও তুজ্জংনা মিংলুদা পিরাংগা লোইননা থাজবা মুংশিনবগী ঈথক ঈপোমলক্না কোনশিন্নখিবনি। অথাকপা অমতা থমদনা মহাক্না থেংনরকপা অরা-মুংঙাই রারী শিং-শিংনা লুটুলীদা তমখি। আফ্রিকান লুচিংবশিংনা এঃ এনঃ সিঃ গা অঙোবা কাংবুশিং অমদি ভারত মচাশিংগা খুৎশমনদুনা চংমিন্নবদা য়াম্না হৈনিংদবা ফোংদোকখিবা রাফমশিং লোইননা উমথোঙ্তোনা দিসেম্বর, ৬১ দা লাওথোকখিবা রারোলশিংগী মরমদসু ঙাইহাক রারীনরবা তুংদা য়াইক রাহে পীনরগা মুংথিল অথেঙবদা কায়নরকখি। ডর্বান তানা অমুক হল্লকখি। লম্বীদা য়েঙরা মাগী পেসেঞ্জর অদু মীনা থঙখিগদ্রা কিবদগী শ্বর ফজনা হোনবা ঙমদবা মতাং য়াওখি। সহর মমুং চংশিল্লকপদগী গাড়িসু তপ্পা থৌবা তাখি। থরায় রাবসু হেক্তিল্লকখি। অদুম ওইনমক অশোয় অঙাম য়াওদনা থুংলখি। নেলসন্না টি, বি, লায়েঙশং অমদা নর্স ওইরিবী রুইন্নীগী মচেগীদা থিনবীনবা য়েঙরাগী মতেং নিখি। য়াম্না তেনবা মতম অমা উনহল্লগা য়েঙরানা নেলসনবু ডর্বান সহরগী ষ্ট্রিত অমদা থাদরম্মী।

নোংমাইজিং নুমিৎনি, নেলসন সেসিল ব্রুইলিয়মসকা লোইননা জোহান্নেসবর্গকীদমক্তা যাত্রা তৌরম্মী। হোব্রুইক কোলস য়ৌরম-দাইদা পুলিস থম্না তোংবা গাড়ি অহুম্মা মখোয়বু খাম্লম্মী। পুলিসশিং অহুনা মখোয়না থিরিবা মীশক্তু অসিনি হায়বা তাংদাংবা অমা খণ্ড্রবস্তু মখোয়না ফাওখি মতুদি য়াম্না মরুওইবা মীশক অমা কারদুদা তোংলম্বা য়াই। অসুম্না থা ১৭ অন্দর গ্রাউণ্ডদা লৈরুব্রবা মতুংদা নেলসন মন্দেলা আগষ্ট তাং ৫, ১৯৬২ দা ফাখি।

মথংগী নুমিৎকী অয়ুক অঙনবদা ব্রুইন্নী মন্দেলা চাইলদ রেলফিয়ার ওফিসতগী যিলদ ব্রার্ক তৌনবগীদমক সোরেটো তানা চৎখিরম্মী। ইখঙ খঙহৌদনা মপুরোইবগা তিন্নবা মরুপ অমা মশম মনা ইফা ফানা অব্রাবগী শক্লোন পুরদুনা ব্রুইন্নীগী মাংদা লেপলখি। খুদক্তা ফাওখি, করিগুম্বা খুদোং চাদবা অমা শোইদনা থোক্লমলগনি। হংলকখি— "নেলসন অশোক অপন নংলবরা?" খুম্লকখি— "নৎতে, মহাক নোংমা নিনিসিগী মতুংদা কোর্টতা পুথোক্লগনি।" ভাব অদুম তানরে, নেলসন জোহান্নেসবর্গ কোর্টতা ফাজিন্দুনা থমখ্রে।

---

## তরাশুবা পন্দুপ

মেজিষ্ট্রিতকী কোর্ট মাঙ্গোন অমসুং কোরিদোর পুলিসনা পিক থনগ্রে। মথাগী অপিকপা কাশিংদা কোর্টতগী পুরক্লগা থম্লিবা মন্দেলাবু হেয়োলদ ব্রালপ অমসুং জো স্লোভো উকিল অনিসিনা উখি। পুক্লিং মকা লাম্না নোকমি নোকমিবা শকফমদা মশাদু থাজবগা লোইননা ফজনা লাকশিন্না লৈবগী ফিভমদনি। য়াম্না তপ্না কোর্টকী শিড়ি মথং মথং ড্রামা থোকপগী মতৌগুম লম্মন খুম্লিংবগী ঈখৌ লাংলবা অচৌবা থম্মোয় অমা পুরদুনা কাখৎলকখি। আগষ্ট ৮ নি। নুমিৎতুগী কোর্টকী থৌরম সুপ্নগী মীক্লুপ থরতমক ওইখি। নেলসন মন্দেলা মিং কৌরকপদা খুমখিবা অমসুং মঙোন্দা তৌরিবা চার্জশিংদু থাঙঙমদনা তাখিবা অসিথক্কনি। মঙোন্দা তৌখিবা মরুওইবা চার্জ অনিদি— অহানবদা আফ্রিকান শিন্নীশিংবু ষ্ট্রাইক তৌনবা ইনশিল্লি, অনিশুবদা সরকারনা মপান লম কোইনবগী অয়াবা দোকুমেণ্ট পিদনা দেশ ব্রাংমা লাম্না চং-লুবগীনি। হেনকক চনশিল্লগা পুলিসশিংনা অপিকপা মথাগী কাদা পুথখি। মীয়ামগী য়েংফম গেল্লরীদগী মহাক্লা চংখিবদু মীয়েংগী ব্রাংমা লান্দ্রিফাওবা বুইম্নী থম্মোয় শোক্লা য়েংদুনা লৈহৌই।

সহর শিনবা থুংনা য়ুমগী ফক্লাংশিংদা FREE MANDELA! থাবা পোষ্টরনা পিক থনখি। মপান লৈবাকশিংনসু মন্দেলাবু নিংতমহল্লু হায়বগী আপিল কয়া তৌখি। প্রেটোরিয়া জেলদা পুরকপা মতমদা রোবার্ট সোবুক্কে পান আফ্রিকানিষ্ট কংগ্রেসকী (PAC) লিদরনা থারকপা য়াইফ পাঙজেল অমা ফংখি। নেলসন

মন্দেলাগী অহানবা কেস হাংদোকপগী থৌরম জোহান্নেসবর্গতা চথরকপা য়াই হায়বগী ৱাথলদা মহাক নাম্বোক্কুনা চেল্লহনখিনবগী থৌরাং অমা তৌখি। অদুবু প্রেটোরিয়াদা পাংথোক্লগনি হায়না খঙহৌদনা লাওথোকখিবদগী থৌরাংদু চথবা ঙমহনখিদে। নেলসন চথরক্কদৌরিবা কেশ অদুগী মরমদা মচং ওইবা পোইন্ট কয়ামুক থোমজিন্দুনা ঙাঙনবদা মাই পাক্কদবা ৱাকমশিং ফজনা শেম শাবদা পুক্লিং চংখি। কোর্টনা চার্জ তৌরিবশিংদু তশেংনা শীঙননিংলদুনা মাগী উকিলশিংদা মশা ঙাকথোক্লবগী ৱাকমশিং মশানা পিজগে হায়না খঙহনখি।

এদিস অবাবাদা নেলসন মন্দেলানা মীয়ামদা লাওথোকখি মতুদি আইনগী মন্ত্রি জে, বী, এম, ভোরষ্টরনা খা আফ্রিকাদা সাবোটেজ এক্ট পুশিল্লকপনি। ভোরষ্টর অনিশুবা লাঙ্গাওগী মতমদা নাজিগা খুংশঙ্গৈ হায়বগীদমক ফাজিল্লরবা মীশক্নি। এক্ট অসিগী মতুং ইন্না সরকারগী লন-থুম মাংহন তাকহনবগী দণ্ডি চহি মঙা জেল, থ্বাইদগী ৱাংবনা শিবগী দণ্ডিনি। এক্ট অদু খা আফ্রিকাদা লৈবা অঙৌবা অমদি অমুবা কাংলুপ অনিমকনা য়ানিংদবা ফোং-দোকখি। ইন্টরনেসনেল কম্মিসন ওফ জুরিষ্টনমু আইন অদুনা নাগরিক আধিকার অমসুং নিংতম্বা অসুক্কী মতিক হন্থহনখ্রে মতুদি অদুগুম্বা চাং অদু দিক্টেটরশিপকী সরকারনফাওবা থমখিদ্রি হায়না কমেন্ট পীখি। আইন অদুগী মখাদা মন্ত্রিগী শক্তি য়াম্না পাক শন্না শিজিন্নবা য়াহনখি। কনাগুম্বা অথিং হুকুমগী মখাদা লৈবা মীওই অমনা অতোপ্পা অমদা পাও পীবা, মী উনবা, ঈ-পাও ফোঙবা অমত্তা য়াহল্লমদে। আইন অসিগী মখাদা অথিং হুকুম চলাইখিবা অহানবগী মীওইশিংদি— অঙৌবা জাতি ৫২, আফ্রিকান ৩২, অতৈ কুচু মুবা ৯ অমসুং ভারত মচা ৬ নি।

নেলসন মন্দেলাবু ফাজিন্দুনা থম্বগী মায়োক্তা য়ানিংদবা উৎপগী থোৱাং হেনগৎলকপদগী মীয়াম তিনবা মিটিংনচিংবা পাংথোকপদা অথিংবা পীরম্মী। পুলিসনা মীচম প্রজাগী মথক্তা কুপ্পা য়েংশিনবা, ক্ষা-পুনবা মখল কয়াগী মীপাইনিঙাই ওইবা শান্ন্বৎ চৎলম্মী। মুমিং খুদিং অফা-অপুনগী থবক লেপ্পা লৈতনা চৎথত্রে। অথিংবা অমদি পুলিসকী কিহন শাজৎ কয়া লৈত্নুনসু প্রেটোরিয়াগীগী অরিবা মীয়াম তিনফম মফমদদি নেলসন্না কেশ কারকপা ঙাইত্নুনা মশীং লাকঙম-দবা মীয়াম তিনখি। ওক্তোবর তাং ২২ দনি, কোর্ট মনুংদসু পুলিসনা চিক্ক চায়নবা ঙমখিদ্রে। য়েংবা লাকপা মীয়ামসু য়াও-থ্রবনি। মীয়ামত্নুগী মরক্তা বুইন্নী মন্দেলা ঝোঙ্গাগী ফিজোল শেৎলত্নুনা চংলকখি। থা ১৯ খক্তা ঙায়রি মফম অতুমক্তদা মাগী মরুপশিংগা লোয়নন্না ট্রিজন ট্রাইয়েল মায়োক্লখিবা। নেলসন মন্দেলা মাগী প্রজাশিংনা খুদোল তৌরকখিবা লমহুই মউনগী অচোনবা ফুরিৎ অমা লিৎলগা কোর্ট মনুংদা চঙলকখি। মহাক্না চংলকপগা তিল্লমলিবা মীয়াম অমদি প্রেসমেনশিংনা হৌগৎত্নুনা ইকাই খুম্নবা উৎখি। মন্দেলানা খুত্নুম শিঙলত্নুনা খুৎ ৱাংনা থাঙ্গৎলগা লাওরকখি— 'অমন্দলা', মীয়াম্না খুমখি 'ঙ্গুয়েতু' (Power to the People)।

মেজিস্ট্রেটতা ওশিন্দুনা হায়খি— "ঐ অসুম্না তাকপা পাম্বগী অনিংবা অমা লৈ মত্নুদি ঙসিগী কেশ অসি আফ্রিকান মীয়ামগী অপাম্বা ফোংদোক্লবগী লেপ্পবা চাংয়েং অমনি। মরমদি অসিদগী ঐনা খল্লি মত্নুদি ইছা কঞ্জনবা ঐ ইছানা কেশকা মরি লৈনবা ৱাকম খুদিংমক ঙাঙজবা মরম চাবা অমা ওইরগনি। ঐনা অসুম্না লৌই মত্নুদি ঐগী মীহুৎ য়াওদনা শেম্বা সরকারগী আইন্না অমদি ৱাথল্লোম্না ঐবু পুনশিন্দুনা থম্বা য়ারোই। ঙসিগী অসিগুম্বা ৱাজ-নিতিগী কেশ অসি অঙৌবা অমসুং অমুবা কাংলুপ অনিসিগী মরক্তা

চেন্নিবা থেন্নবা য়াথলগী লাম্হেংনবা অমনি। অহুনা লৈবাক অসিদা লৈন্নিবা য়ায়েনশঙশিংদা মীচং-মীথায় নাইদবা অচুম্বা বিচার লৈগনি হায়বা থাজদে।" অকিবা লৈতনা কোংদোয়কপা য়াফমশিং অমদি নিপা থোকপা মতৌহুদা পুলিসশিংসু পুক্লিং চংনা তাখি।

নেলসন্না মথা অমুক তারকখি— "আইনগী মীয়েংদা মী খুদিংমক চপ মান্নে হায়বসি অর্থ লৈতবা য়াহেনি।" মসিগী প্রমান তৌবা ওইনা অঙৌবশিংনা লৌরিবা খুদোংচাবশিংগী মরমদা মথাগী অস্নুম্মা পনখি :—

"বিচার লোয়শঙ অমদা অস্নুক য়াম্না চেৎনা জাৎ কুচু থায়বগী চৎনবী থম্বগী অর্থ করিনো? ঙসি মকমসিদা, বিচার লোয়শঙ মনুশিংদা ঐনা উই, অঙৌবা মেজিষ্ট্রেট, অঙৌবা প্রোজিক্যুটর অমসুং অঙৌবা ওরদরলি। কনাগুম্বা মীশক অমনা পুকচেল শেংনা হায়বা ঙম্বীগদ্রা অসিগুম্বা ফিভমসিদা বিচারগী খল অহু থোং মান্ননা ওনগনি হায়না। কোর্ট রুম অসিদা লৈরিবা শকুম অসিনা ঐবু য়াম্না ওৎপীরে অহোইনহুম অঙৌবা জাতিনা খুহুম চন্দুনা ঐগী প্রেজাশিংতবু য়াহনখিবা ময়ামহু নিংশিংহল্লি।

মসিনা ঐবু নিংশিংহল্লি থম্মোয় শোক্লা মহুদি ঐ অঙৌবশিংনা খুহুম চনশিনগ্রবা ইরৈবাক্কী পার্লিয়ামেন্ট শেম্বদা ভোট থাদবা য়াহন্দ্রবা মীশক অমা ওইরবনি। ঐ লম লৈজদবা মীশক অমা ওইহল্লবনি মরমদি অঙৌবা মাইনোরিটিশিংনা নোংশামা শহুম লাকপগুম মুনগ্রবনি পোক্লফম লমদম। ঐগী জাতিগী মীয়াম্না হান্ননা মী হেন্না তাহুনা লৈরবা চন্না হেনবগী অবা পোৎলুম্না ননবদা হিংবা য়ায়বা রিজার্ভ এরিয়া অমদা দণ্ডিনা লৈহল্লি। ঐখোয় পুন্নমক চন্না হেনবা অমদি লায়নানা মাং তাকহল্লে।"

মেজিষ্ট্রেটনা মরক থৎলম্নুনা— "চিন্না হেনবগা কেশকাঙ্করি মরি লৈনবগে ? বল্সি ওইরবা নহাক্তি আইনবু থৌশাববা অমদি ওথোরিটিবু শীঙননিংবগী অশেংবা মরমশিং অহু ফোংদোক্লবা হোং-নবদা পুক্লিং চংগদবনি ।"

পাওখুম ওইনা মণ্ডেলানা বাহং অমমুক থাঙ্গৎখি— "অসিগুম্বা জাৎ কুচু থায়বগী থৌশিল অসিনা চুমদবা বায়েল বিচার অমা পুশিল্লকুনা চহি মশীং লাকওমদনা মীয়ামদা অবা-অনা কয়া নংহল্লে । অসিগুম্বা শাজৎ অমা উরবা মফমশিংদা ঐনা মতৌ করম্না অকবা অচুম্বা বায়েল অমা লৈগনি হায়না থাজগদৌরিবনো ? ঐ জাৎ কুচু থায়বগী চৎনবী অসিবু য়াম্না তুক্কচনা থনবা অমদি মসিগী মায়োক্তা শিরগে হায়না লৈবা মীশক্লি । মসিগী মায়োক্তা ল্যাম্বেং-নহুনা লাকথ্রবনি, হৌজিকসু লেপ্তনা লাম্বেংনখিগনি, পুন্সিগী অরোয়বা মীকুপ ফাওবা।"

অসুম্না মহাক্না মরৈ য়েৎনবগী তাঙ্কক অমদা য়াম্না শেংনা ফোংদোকখি মহুদি থা আফ্রিকাদা লৈবা অঙৌবা কাংবুনা অহুগুম্বা শাজৎপু অচুম্বনি খল্লি মহুনা মীওইবগী পুক্লিংবু শাওগৎহনবা লোয়-ননা অচুম্বা পুকচেল তিংনা হিংজরিবা পৃথিবীগী চাওখৎলবা মীওইবা খুদিংগী পুক্লিং মোৎহনবা। অখুবা বাখল্লোনে অসিনা নিংতম্না হিংজনিংবা মীয়ামগী অপাম্বা পঙ্ভুং তানবদা কয়া য়াম্না ওৎপী নৈবীবগে হায়বগী মতাংদা নেলসন্না অসুম্না হায়খি—

"মখোয়না ঐখোয়গী অপাম্বা খুদিংমক নমশিন্দুনা থম্বনি, নিংতম্বগী লম্বীদা অখিংবা পী, ঐখোয়গী বাখল জ্ঞান মচাক-মরল চাওখৎনবগী খুদোংচাবা অমতা পীদে। অবাৎপা অমদি অকিবা লৈতবা তং তাবা পুন্সি অমা লৈবা ঙমদে। পুন্সিদা চংদবা য়াদবা

অকবা পোৎশক খুদিংমক অঙৌবশিংগী রিজার্ভ তৌরগা থম্মী ঐখোয় অমুবা কাংবুনা মখোয়না চাবগী অরেম্বা টেবলদগী তারকপন্থু চারগা হুকচাং ফননবা হোৎনৌ হায়বনি। মসিনি অঙৌবা কাংবুনা থাজ-রিবা অচুম্বা রায়েল বিচার অমদি ফজবা শাজৎকী থাক।"

মহাক্কী বাকৎ লোইশিল্লকপগী মতাং অমদা নেলসন মন্দেলানা থাজবা ফোংদোকখি মথুদি মেজিস্ট্রেটনা মাগী য়ানিংদবা উৎখিবা, বাফমশিং অথু করিস্থ লৈতবা অমা ওইনা থৌশাবীদবা তৌরোই। মহাক্কা পুকচেল তিংনা, ভাংখিবা খুদিংমক ওইরক্লিবা অরুবা খুদোং-থিনিঙাই ওইবা কিভমশিং অথুগী মরু য়াওপ্রবনি। হায়রিবা বা-ফমশিদা প্রোজিক্যুটর অথুনদি য়ানিংবা উৎখিদে। মরমদি মন্দেলাগী বাকৎশিং অথু আইনদা য়ুম্ফম ওইদে। বাকৎশিং অথুবু ককথৎ-লথুনা মেজিস্ট্রেটনা মন্দেলাদা হংখি— "নঙোন্দা মরাল শিরিবা বাফমশিং অথুগী মরিদা নংগী হায়গদবা করি লৈরি নশা কঞ্জনবা?"

মন্দেলানা খুমখি— "তৌরিবা চার্জ অনিথুমক নত্রগা পুম্নমক্কা ঐগী ইরাল অমতা লৈতে।" মশা কঞ্জনবা বাফম খুদিংমক মশানা ভাঙখি। মন্দেলাবু মরাল লৈ হায়বগী শাক্ষি পীথিবা মীওইশিংদি— পুলিসমেন, টাউনশিপ সুপরিন্টেনদেন্ট অমসুং জর্ণেলিষ্টশিংনি। মখোয়না ১৯৬১ মে থাদা জাতিগী থাক্তা পাংথোকখিবা ষ্ট্রাইক্কী থৌরাংশিং অথুদা য়ুম্ফম ওইথুনা পিখিবনি। য়াম্না নোকনিংবা বাফমদি য়ুমদগী চৎথোক্তবা হায়বা ষ্ট্রাইক পাংথোকখিবদা পুলিসনা থা আফ্রিকাগী মৃফম খুদিং চৎথুনা ষ্ট্রাইক অথু মপুং ফানা মাইথিবা অমনি হায়না শন্দোকখি। হৌন্দিক কেশ লেপ্পরকপগী শাক্ষি পিবদদি ফজনা মাইপাক্কা পাংথোকখি হায়না অমুক পিরে। প্রোজি-ক্যুটরনসু খবর কাগজ কয়া পুথোক্তুনা ফেব্রুয়ারি থাদা নেলসন মন্দেলা এদিস অবাবাদা মপাল লম চৎপগী হোৌনবী চে-চাং য়াওদনা চৎলুই হায়বগী প্রমান পিখি।

ষ্টেটনা লৌথংপা কেশ অদু প্রোজিক্যুটরনা কোর্টকীদমক নেলসন মন্দেলাবু চার্জ তৌখিবা মরম অনিমক্তা মরাল লৈরবা মীশক অমা ওইরে হায়বা পুথোক্লবা রাক্ষম থরা থমখিবদু তারগা লোইশিনখি। করম করম্বা মীওইশিংবু ষ্ট্রাইক তৌনবা ইনশিন-খিবগে হায়বদু মথল অহুম পিদুনা অহানবা চার্জ তৌরিবা মরাল অদু অচুম্বনি হায়না তাক্লবা হোংনখি। তঙাই ফদনা চংদবা য়াত্রবা থবকশিংদা শু-নোমলিবা কাংবু ষ্ট্রাইক তৌবা য়ারোই হায়না লাওথোকপ্রবা অনিশুবদা, থনিদা থবক শুরিবা আফ্রিকান মচাশিং, মরম চাদনা থবক কাদবা য়ারোই হায়বা আইনগী মথাদা লৈরিবা শিন্নীশিং অহুশুবদা, ইমুং মনুংদা মীনাই ওইনা থবক তৌবশিং মখোয়গী মাষ্টরগী অয়াবা য়াওদনা থবক কারক্তবা আইন্না য়াদবা থবক্নি, হায়রিবা মথল অহুমসিনি।

"অতৈ করি হায়নিংবা লৈরি?" মেজিষ্ট্রেটনা হংলম্মী।

"ইকাইখুম্নজরিবা ইবুংঙো, ঐনা নোল্লুক্না হায়জবি মদুদি ঐ করিগুম্বা নত্তবা শাজৎ অমতগী মরাল লৈতে।" মন্দেলানা খুমলম্মী।

"মদুনা লোইরবত্রা?" মেজিষ্ট্রেটনা মখা তারকখি।

"ঐগী হায়নিংবা অতৈ লৈরম্লবদি, মদু ঐ হায়খ্রে।" মন্দেলানা খুমখি।

হৌজিক মেজিষ্ট্রেটকী মকমদা চিংনবা অমতা লৈত্রে মদুদি নেলসন মন্দেলা ১৯৬১ গী লৈবাক শিন-থুংনা পাংথোকখিবা ষ্ট্রাইক অদুগী লুচিংবনি, মকোক থোংবনি, রা ভাঙবা অমদি অশিল-অরাং তৌবা মীশক অমনি। মহাক্না লৌথংখিবা থবক খুদিংমক আইনগী রাংমদা লৈবত্তা নত্তনা গণতন্ত্রিক ওইদে। মহাক্না তৌখিবা অরানবা থবকশিংগীদমক মঙোন্দা মুংনাংবা অমতা পোক্কে অহোয়নদুম নাপল কায়। অমুক্তা তাখিত্রিবা রাঙাও মহাক্কী মচিন্দগী তারি মদুদি—

পিনিংবা দণ্ডি অমা মঙোম্দা পিরবস্থ মাগী চংকদবা থৌরম পরেং লেপ্তনা অতুম চংথখিগনি। নেলসন মন্দেলানা কোর্টতা উংখিবা শকুম অমদি মাগী রাঙাঙ-শঙাঙ লাকশিন্দুনা য়েংবদা উখিবা শকুম্নি মেজিষ্ট্রেটকী পুক্কিংদা।

মেজিষ্ট্রেটনা চেকশিন্না খল্লগা হায়খি— "ঐখোয় তং তাদবা অমদি মহৌশা ওইদবা পুন্সি অমদা হিংলি, করি থোক্লগদগে খঙদবা মওংদা। আইনগী মতুং ইন্না শান্তি থম্বা ঙম্লক্লবদি শাসন লিংদবগা অমহা ওইরগনি। বিচার লোয়শঙ হায়র্বাসিদি রাজনিতিগা মরি লৈনদে সুপ্নতগী লো এণ্ড ওরদরগা মরি লৈনৈ।"

ওক্তোবর ২৫ দা নেলসন মরম আনিমক্তা হায়বদি ১৯৬১ গী ষ্ট্রাইক অমদি মপান লম কোয়বগী অয়াবা দোকুমেন্ট য়াওদরনা মী-রৈবাক চংলুবগী মরাল লৈরে হায়না কোর্টনা রায় পীখি। করিমতা নিংহল্লবা লৈতনা পুক্কিং মকা লাম্না মঙোম্দা পীগদবা দণ্ডি খরা য়াংহন্নবা হায়জনবগীদমক শেম শারম্মী। মহাক্কী নক্লবা মরি মতাশিং ট্রান্সকীদগী লাকখি। মখোয় ব্রুইন্নীগা লোয়ননা ঝোক্সা ফিজোল শেংতুনা কোর্ট মনুংদা লৈখি। মপাম্দা, লম্বীদা, পুলিসনা খোই-য়াম পাইথোকপগুম মীয়াম তিল্লিবহু তকথোরক্লবা পাইশিল্লকখি। পুলিসনা লাওখি— "মফম অসি নখোয় ময়াম কোয়শিন্দুনা লৈবা য়াবা সিনেমা হোল অমা নত্তে।"

মন্দেলা কোর্ট মনুংদা হেক চঙলকপগা মীয়াম্না লেপখৎলগা স্লোগান লাওখি— আমন্দলা! ঙব্রেতু! (Power to the People) বন্দিশিংগী জবান লৌফম খাজিন্দুনা থম্নিবা (dock) মফমতুদগী মশানা চুম্মী হায়না খঙবা রাজনিতিগী রারেং পরেং অমা মহাক্না কৌখিবা ষ্ট্রাইক অতুদা মশানা লৌখিবা থৌদাংশিং পল্লতুনা ঙাঙখি। মহাক্কী রাজনিতি রাখল্লোন কোর্টনা ফজনা খঙবা ঙম্নবা মহাক্না

অঙাং ওইরিবৈদগী চেন্নকখিবা পুকচেল অহল ওইরবশিংনা, মমাংদৈ অঙৌবা কাংবুগী মায়োক্তা থৌনা ফনা লাম্বেংনখিবা অমদি মরমদমগী য়াইফনবা খনবদা নিংতম্না অনিংবা ফোংদোক্লখিবা, সমাজদা অনেম অবাং লৈরমদবা, পুম্নমক্তুনা মাগী রাজনিতিগী শিক্ষা পীরকপশিংহু পল্লহুনা মঙোন্দা পীরকখিবা ঈথিল অমসুং ইতিহাস ফজনা লৈখি।

শোক ১৯৪৪ দা এ, এন, সি, য়াওবৈদগী চহি তরানিপাল শুরবা মরী অহু হেন্না মৃপাঙ্গল কনখৎনবদা থরাই য়াওরকখিবা, সংস্থান অহুগী উদ্দেশ্য অমসুং নিতি নিয়মশিংদা হকচিন্না থাজবা থমখিবগী মরম শন্দোক্লা তাকখি।

'সংস্থান অসিনা আফ্রিকান জাতি খুদিংমক অমতা ওইনবগী রাখল পুরক্লবা হোৎনৈ। কাংলুপ মশেলগী খেন্নবা অখুবা মীয়েং থাদোক্লহুনা অপুনবা শক্তম অমা শাগৎপদা পুক্লিং চংই। আফ্রিকানশিংগীদমক রাজনিতিগী ওইবা শক্তি পায়ননবা হোৎনৈ, মশাগী পোক্লফম লমদমসিদা মসিনা থাম্বে মহুদি তোঙান তোঙানবা জাতিগী মীওই ওইরবসু, উনশাগী মচু খেন্নরবসু খা আফ্রিকাদা ময়ুম-মকৈ লিংহুনা লৈরবা মীপুম খুদিংমক মহাক অহুনা গনতন্ত্রগী নিয়ম-নিতি থাজরবা অমসুং মী অমগা অমগগী মরক্তা খেন্নবা লৈতে চপ মান্নে হায়বা থাজরবদি মখোয় খুদিংমক আফ্রিকান প্রজানি হায়না লৌগনি।'

ফ্রিদম চার্টরগী মতাংদসু মন্দেলানা হায়খি মহুদি চার্টর অহুদা য়াওখিবা প্রোগ্রাম খুদিংমক গনতন্ত্রদা য়ুম্ফম ওইবা রাজনিতিগী নিয়ম নিতিশিং ঙাক্লি। নিতি নিয়মশিং অহু আফ্রিকান কাংবুশিংগীতা নত্তে, ভারত মচা, কুচু মুবা অমদি অঙৌবা কংগ্রেস পুম্নমক্লা 'মী অমা ভোট অমা' হায়বা দাবী অসিবু শৌগৎহুনা ফ্রিদম চার্টর অহুবু লৌখিবনি।

আন্দোলনগী খোঙজং কয়ামুক্তা সরকারনা চৎখিবা শাজৎশিংবু মরু ওইনা অহিংসা আন্দোলন য়াওরিবা মীচম প্রজাশিংবু নমথনবা হোৎনখিবা অমসুং রাজনিতি বন্দিশিংবু ওৎ-নৈখিবা, নাইতোম লৈহনখিবা অমসুং করিগুম্বা মরাল অমতা শীদনা জেলদা থমজিন-খিবা মুংশি-হৈতবা সরকারগী শাজৎপু শাথিনা নিন্দা তৌখি।

"সরকারনা যাত্রা তৌরক্লে, নক্তে ঐখোয়বু মুংশিনা লোয়নবীনবা ঐখোয়না ঙাংবা তাবীননবা, নক্তে ঐখোয়দা ৱারী শাবীরনবা সুপ্নতগী ঐখোয়বু অঙাওবা খুদোংথিনিঙাই ওইরবা লালহৌবশিংনি হায়বা উৎনবা ঐখোয়দা লান্দাবনি। আইন্না য়াবা য়াদবা অমতা থিদনা ঐখোয়বু শক্তি কাহেন্না শিজিন্নত্তুনা নমথনবা থোরকপনি। চাওখৎলবা সরকার অমতনা চৎপা ঙম্নরোইদবা শাজৎনি, য়াম্না ভাব তারবা, থকখি থাসি ঙাক্লবা শক্তি অমসুং গনতান্ত্রিক ওইনা হিং-জবা পাম্বা মীয়াম অমদা চৎখিবা মুংশি হৈতবা শাজৎশিং।"

"মীওইবা হায়বা ভাৎ অসি করিগুম্বা অমতা তৌদনা অমদি ঙাওদনা লৈবা ঙমদে। চুমদবা শাজৎকী মায়োক্তা য়ানিংদবা উৎপা, ওৎ-নৈবগী মায়োক্তা প্রতিবাদ তৌবা পাম্মী মত্তুনা অকবা সমাজ অমসুং অকবা পুন্সি অমা পুরক্কবগীদমক। হায়রিবা ফিভমশিং অসি লৈননবা লৈবাক অসিগী সরকারনদি থক তৌররোই। অদুগা অসিমসু য়াম্না অঙকপা অমা নত্রা, হান্নবা আউট লো ওইরে হায়না সরকারনা লাওথোকখ্রবা মীশক অমনা অমুক নৌনা আউট লো ওইনবা শেম-শাই হায়বগী মরাল অমুক শীবসি নোক্লিংবা ৱাফম অমা নত্রা ?"

নেলসনগী মুপী ৱুইন্নী তত্তনা অথিংবা হুকুমগী মথাদা থমত্তুনা অৱাবা কয়া নংহল্লবা মশামক মাগী মপুরোইবনা কোর্টতা ইমুং-মন্নুং

ওইবগী চান্না-চীন্নবা পুন্সি অমা লৈবদা অকায়বা কন্না সরকারনা শীখিবগী মায়োক্তা ঙাঙবা তাখি।

"হৌখিবা মতম খরসিদা তং তানা ইমুং-মনুং অমদি ইচাশিংগা অক্ষবা হৌগ্রবা মতম কয়ামুক নিংশিংনরগা কায়নবগী খুদোংচাবা থক ফংহনখিদে। নোংমতস্থ ওফিসতা অচিনবা থবক কয়া লোই-শিন্নরগা ইমুং-মনুং অমদি অঙাংশিংগা ফমিন্নহনা হরাও হরাও নুম্নিদাংগী চন্না অমফাও নিংতন্না চামিন্নবা ফংখিদে। নুমিৎ খুদিং পুলিসনা কোইতান তান্নবা, থিবা, ফাজিনবা চুমদবা শাজংশিং অসিনা ঐবু ঐগী ইরৈবাক্কী খ্বাইদগী নুংশিজরবা অমদি খ্বাইদগী নক্লবা কয়াদগী থাঙভমদনা খাইদোকপীরে, নাইতোম তাহল্লে। অসিগুম্বা পুন্সি অসিনা জেলদা লৈবগী দগুদগী হায়নিঙাই লৈতনা খুদোং থিনিঙাই ওই। অসিগুম্বা ফিভম অসিদা ঐবু তানশিনবীরে মরম অসিনা ঐনা লৌখিবা খোঙথাংশিং অহুগীদমক্তা ঐ করিমতা নুংনাংবা পোক্তে।"

অনিগুবা মরম হায়বদি মপান লমদা সরকারগী অয়াবা য়াওদনা চংলুবগী মতাংদনা য়াম্না শম্না খুমখি। মতুংদি মহাক আফ্রিকাগী অতৈ লমদা কোয়রুবদগী য়ুমদা হল্লক্লে মাগী চান্নরবা মরুপশিংদা রিপোর্ট পীননগীদমক।

অরোইবদা জাৎ কুচু খায়বগী থৌশিলবু তুক্কচবা ফোংদোক্লুনা মাইনোরিটি ওইরিবা অঙৌবশিংনা পুন্সিগী অফবা শরুক মথৈ মথোয়গী শরুক ওইগদবনি হায়বা মপা মপুগী স্বহদৌনা খনবহু অয়োৌবী থাহুনা য়ানিংদবা উংখি। মশীং য়াম্বা অমুবশিংনা মথোয়-দগী হম্বনা অমদি য়াম্না তোম্না ছিংবা পুন্সি অমদা নমশিন্দুনা থম্বা শীথা পোলহনবা, ভোট থাদবগী আধিকার লৈভবা পুথোক-পুশিন

তৌবা য়াবা পোৎশক অমদোনা থনবা মাইনোরিটি ওইরিবা অঙৌবশিংনা অসুম তৌ হায়বা থবকশিংছুতা তৌগদবনি হায়বগী শাসন মতৌ অছুবু অকনবা ৱাহৈ শিজিন্নছুনা নিন্দা তৌখি।

মহাক্না অকিবা লৈতনা হায়খি— "য়াম্না ইকাইখুম্নজরিবা ইবুংঙো কোর্ট অসিগী মমাংদা ঐবু মরাল লৈরবনি হায়না পুথোক্লিবা ৱাফমশিং অছুগীদমক মতিক চাবা দণ্ডি পীবিয়ু। অছুবু ৱাফম অসিমদি কাওবীগনু মছুদি ঐগী দণ্ডিগী মতম লোইশিল্লকপদা অচুম অৱানগী বিচার লৈরবা ৱাখলনদি পুক্নিং লাংহল্লক্কনি। ঐগী আত্মানা য়ানিংদবা উৎপগী ঈথিল পীরক্কনি। মীপুম খুদিংগী থম্মোয়দসু চপ মান্নবা ফাওরক্কনি জাৎ খুচু খায়বগী মায়োক্তা। ঐগী ফংফম থোকপা দণ্ডিগী মতম লোইত্নুনা থোরকপদা লৈজবী থাত্নুনা অছুগুম্বা চুমদবা চৎনবী অছুবু মরু ফংনা ফুক্তোক্লুনা অমুক্তদা মতম পুন্নমক্কী ওইনা মাংহনখিনবা লাম্লেংনগনি।"

নভেম্বর তাং ৬ মন্দেলাবু দণ্ডি পীনবগী ৱারেপ লৌবগী নোংমা ৱাৎলিঙৈ মুমিত্তা ইউঃ এনঃ ওঃ গী জেনেরেল এসেমব্লীদা ভোট লৌনত্নুনা অহানবা ওইনা খা আফ্রিকাগী মায়োক্তা অথিংবা থমখি। ভোট ৬৭ না ১৬ কী মায়োক্তা, ২৩ না থাদবা য়াওখিদে।

সেক্যুরিটি কাউন্সিলদা ফংফম থোকপা মেজোরিটি ভোট ফংখিদ্রবসু অহৌবা ওইনা খা আফ্রিকা সরকারগী থৌশিলবু য়ানিংদবা উৎপা ৱাফম পৃথিবী মীক্ষমদা থন্নবা হৌব্রবনি। মুমিৎতুগী অহিংদা পোর্ট এলিজাবেঠ সহরদা পোৎ-চৈ মাংহন তাকহনবগী থৌদোক অমা থোকখি।

নভেম্বর তাং ৭ তা মন্দেলা চহি ৫ গী জেল অমসুং থবক কন্না শুবগী দণ্ডি পীখ্রে। চহি অহুমনা ষ্ট্রাইক তৌনবা মীয়াম

ইনশিনবগী ময়ালদা, চহি অনিনা সরকারগী অয়াবা চে-চাং য়াওদনা মপান লমদা কোইরক্নগীদমক।

দণ্ডি পীবগী চেরোল পাখোকপা হেক লোইবগা মন্দেলানা হায়খি— "ঐ করিমতা চিংনদে, তুংগী মীয়োলশিংনা নোংমদি শোয়দনা লাওরকখিগনি মতুংদি ঐ মরাল লৈতবা মীশক অমনি, অরানবা থবক তৌবগীদমক কোর্টতা বিচার তৌগদবা মীওইশিংদি মথোং হুক্রবা ভরবোর্ড সরকারগী মেম্বরশিংনি।"

কোর্ট থাদোক্লুনা খোরকপদা মন্দেলানা অহুমলক লাউরকখি 'আমন্দলা! ময়াম্না খুমখি— ঙ্বেতু! (Power to the People)।

পুলিসকী অপিকপা গাড়ি অমদা হাপকৎলগা পুখ্রে অথৌবা লুচিংবহু। মীয়াম্না লম্বীদা তপ্না তপ্না অবাবা ফোংদোক্লুনা চৎখি। খরা অমনা মীয়াম পুন্না চৎপগী অথিংবা হুকুম থমখিবহু থৌশাদনা জাতিগী জগোই শাদুনা অমদি ঈশৈ শক্লুনা মীয়ামগী পুক্নিং থৌগৎখি।

অবা-নুংঙাইনা পিক থল্লবা মীয়ামগী শক্তম উবদা বুইমী মন্দেলা থম্মোয়নুংদগী ফুইনা হৌরকপা অৱাবগী বাখল পুম্নমক নমথল্লুনা পুক্নিং মকা লান্না মোমোন নোকচখি। লেফট বুইং খবর কাগজ নিউ এজগা উনবদা মহাক্না হায়খি।

"হৌখিবা মতমদা তৌখিবগুম লেপ্পা লৈতনা ঐনা লানথেংনখিগনি লাক্কদৌরিবা চহিশিংদা অবা-অনা নংলবা পুন্সি অমা শোইদনা মায়োক্নরগনি। অতুবু অসিগুম্বা পুন্সি অসি ঐঙোন্দদি অনৌবা অমা ওইদ্রবনি, মসি তংনা-থানা য়াদ্রবা পুন্সিগী শরুক অমনি। ঐ নেলসনবু শোক ১৯৫৮ দা লুহোংখি। মতমতুদা মহাক ট্রিজন ট্রাইয়েল মায়োক্নরিবা খ্বাইদগী বাংবা থাকী দণ্ডি পীবা য়াবা কেশ অমদা চেন্নরবনি, শিবগী দণ্ডি পীবা য়াবা কেশ অমনা মকোক্তা

নন্দুনা লৈরবনি। জাতি অমনা মথোয়গী খ্বাইদগী বাংবা ইকাই খুম্নবা অমা অসিগুম্বা জেলদা লৈরবা মরৈবাক নীংবা অমদা পীবা হায়বসি ঐখোয় নিংতম্বগী মৈরি চাকখৎহনবা অমসুং লাম্থেংনবা লেপ্তুবনা ওইগনি। ঐগী ইপুরোইবনা য়াম্না চুম্না তত্তুনা হায়জখিবা রাফম অমা লৈ মতুংদি অসিগুম্বা জেলদা অৱা খাঙবসি জেলগী মপান্দা মীয়াম্না নংলিবা অৱাবগা চাংদমনরুরবদি করিসু নত্তে। ঐখোয়গী মীয়াম্না জেল মনুং অমসুং মপাল অনিমক্তা অৱাবা থেংনরি। চুমগী অৱাবা খাঙবা হায়বসিনদি মতিক চাবা থবক অমা ওইরোই। ঐখোয় মখা তাবা লাঞ্জং অমদা থাংজিনখিগদবনি।”

লোইলম শুন্দোকপা কাংবুনা শারম্বা অপিকপা টাৱার অমা য়াওবা, অঙাঙবা চেক্কী, প্রেটোরিয়া সেন্ট্রেল জেলদা নেলসন মন্দেলা বন্দি অমগী ফিজোল শেংলতুনা জেলদা লৈবগী দাও অৱা খাঙবা হৌখি। অপিকপা লৈমায় সিমেন্ট প্লাষ্টর তৌবা কা অমদা, ফক মচেৎ অমা, অমাং-অশোই থম্নবা পাত্র খরা, এনামেলগী পুখম অমা, মগ অমা পীতুনা লৈহনবনি। নোং ঙানফাত্রিবৈদা সুমিৎ খুদিং অলার্ম বেল (বন্দিশিংগী হৌদোক্নবা খিঙবা কংশি) পীতুনা বন্দিশিং হৌদোকই। কমাগু তৌবগী ৱাহৈ লাওবদা আফ্রিকান ল্যোন শিজিনৈ। নেলসন মন্দেলা অয়ুক ঙন্তা এক্সরসাইজ তৌবগী রুটিন ফজনা চেকশিন্না ঙাকখি। মহাক্কী মতম অয়াম্বা মেল বেগ তুতুনা লেনখি।

---

# তরামাথোইশুবা পন্দুপ

মণ্ডেলা প্রেটোরিয়া সেন্ত্রেল জেলদগী পুরক্লগা খ্বাইদগী হেন্না চেকশিন্না ডাক-শেনবা রোবেন আইলেণ্ড ঈথক্তা লৈবা জেলদা নাই-তোম তাহনহুনা থমখি। পাক শন্না লৈখ্রিবা থা আফ্রিকাগী অয়াম্বা লমশিংদা সরকারগী লন-থুম মাং-তাকহনবগী থবক কনখৎলকখি। অসিগুম্বা অমাং-অতা থোকহনবগী মশীং ইকুই কুইদনা চনি শুজিনখ্রে, ১৯৬৩ গীময়ায় চনবা ফাওবদা। নোংপোক থংবা ক্যেপতা উমথোস্তোগী মীওইশিংনা চংথখি। নোংচুপ থংবা ক্যেপ অমসুং ট্রান্সকীদদি হেন্না শাথিবা মওংদা চংশিনখি। অঙোবা মীওই খরা শিখি, লোয়নননা পুলিসকা অকনবা খুং থোকনখি। পোকো (POQO) কৌবা সংস্থান অমা পান আফ্রিকানিষ্ট কংগ্রেসকী মশা অমা থোরকখি।

মে ১ দা মুমিং ৯০ ফাজিন্দুনা থম্বা য়াবগী আইন পাস তৌখি। আইন অসিগী মখাদা সেক্যুরিটি পুলিসনা চিংনবা মীশক অমবু কেশ চংথদনা মুমিং ৯০ নি ফাজিন্দুনা অমদি অচিকপা মফমদা পুথোক্লগা মচিন-মরা হংবা, লোয়নননা অপেনবা পাওখুম ফংদ্রি-ফাওবা মথা তানা ওৎ-নৈবা অমদি জবান লৌনবগী শক্তি পুলিসতা পীরম্মী। সেক্যুরিটি মীওইশিংনা হরাওজবদা খম থেংদ্রে। ফু-চৈদুনা ওৎ-নৈবা তত্তনা উবা ফংলে। শ্বর ফুনবমখৈ লাক্লবা, ইলেক্ট্রিক করেন্ট থাজিন্দুনা চিংহুনবা, হঞ্জিন হঞ্জিন মীবু ফু-চৈবা মথল কয়াগী মীওৎ-মীনৈনি। অসিগুম্বা মীনুংশি য়াওদবা কাহেনবা পুলিসকী শাজৎ অসিদগী অহানবা ওইনা রাজনিতিগী বন্দি এস, এস,

ঙুন্দল কৌবা ক্যেপ টাউনগী এ, এন, সি, মেম্বর অমা সেপ্তেম্বর থাদা শিখি।

আইন্না য়াদবা সংস্থানশিংগা মরী লৈনবা চিংনবা মীওই খঙদোক্লবা অমসুং ফাগৎনবা অকনবা থৌরাং কয়া সরকারনা লৌখৎখ্রে। হিংসাগী পান্বৈনা অহোংবা অমা পুরক্লবা হোৎনবা অমসুং ঈ-পাও থোমজিনবা নত্রগা ট্রেনিংনচিংবা চৎথবা অতুনা কম্যুনিজম পান্দম শন্দোকপদা মতেং ওইরবদি অতুগুম্বা মীশক অত্থু শিবগী দন্দি পীনবা লাওথোকখি। মতম অতুদা খা আফ্রিকা সরকারনা কম্যুনিষ্টনি হায়না মরাল শীবা মীওইগী মশীং পুম্না ৩০৮ 'অঙৌবা জাতি নত্তবা' অতুগা অঙৌবা কাংবুনা ১২৯ নি হায়না লিষ্ট অমা শেমখি।

রাজনিতিগী বন্দিশিং মখোয়দা পীবা দন্দিগী মতম শুরবা ফাওবা অমুক থিন্দনা হেক্তা ফাজিনখি। অসিগুম্বা আইন অসি রোবার্ট সোবুক্কেদা অৱাবা পীখি। মহাক চহি অহুম জেলদা লৈবগী মতম লোইরতুনা থোরকপদা অমুক ফাজিন্দুনা রোব্বেন আইলেণ্ডগী তপিকপা কা অমদা মথন্তা লৈহনখি।

অসিগুম্বা পুলিস রাজ অসিগী মায়োক্তা য়ানিংদবা উৎখিবা এমঃ পিঃ অমদি হেলেন সুজুনাম্নি। অঙৌবা ওইরবসু উকিলশিং চর্চ্চকী মীওইশিং, ট্রেদ ইউ নিয়নিষ্ট অমসুং লাইরিক-লাইশুদা থৱাই য়াওবা মীওইবা সমাজগী য়াইফনবা খনবা অয়াম্বনা আইন অসিবু য়ানিংদবা উৎখি। নহারোল অঙৌবা কাংবু সরকারগী মাং-তাক্লবা থবক থৌরম কয়া শোগৎপা খুদিংমক কোইশিন্দুনা নুমিৎ ৯০ নি ফাজিন্দুনা থমখি নত্রগা অয়াম্বনা লৈবাক থাদোক্লুনা চেম্মখি।

ৱালটর সিসুলু য়াম্না তোয়না অৱাবা নংখি। শোক ১৯৬২দা তরুকলক ফাজিনখি, তুংদা চহি ৬ জেলদা থমখি। আপিল

অমা তৌবদগী মতম থরা জামিন্দা থাদোকখি লোয়ননা এপ্রিল ২০, ১৯৬৩ দা অন্দরগ্রাউণ্ড চংখি। মহাক্না অন্দরগ্রাউণ্ড চংখিবা থা ২ গী মতুংদা মহাক্কী মুপী অলবর্তীনা মুমিং ৯০ নিগী আইন মখাদা ফাজিনখি।

জুলাই ১২ দা রালটর সিসুলু মাগা লোয়নবা মী ৮ গা রিভোনিয়াগী লোৎফম য়ুমদগী ফাখি। অরোনবা মফমসিদগী ফাবা ওমখিবগী মরমদি মুমিং ৯০ নি ফাজিনবা আইনগী মখাদা বন্দি ওইখিবা মীওইশিংনা পুলিসনা ফু-চৈবা খাঙবা ওমদবদা হায়দোকপা অমদি পুলিসনা পৈশা পীজরগা অরোনবা পাও ফংবা ওমখিবদগীনি। অশোয়বা অমনা মখোয় মশানা লৈরিবা মফমতুগী সেক্যুরিটি অমদি থৌরাংশিদা হেক্সিন্না থাজবা থমখিবা, তশেংনা হায়রবদা মখোয়গী অন্দরগ্রাউণ্ডগী থবক মতৌ অদু অশেংবা অন্দরগ্রাউণ্ডদা লৈবগী নিয়ম নিতি চেকশিন্না ঙাকপা রাংখিবা অসিননি। সরকারবু শীঙনবগী থৌরাং কয়ামুক্তা অচৌবা ধৌদাং লৌরম্বা আফ্রিকান, ইণ্ডিয়ান অমদি অঙৌবা লুচিংবশিং নাইন্টি ডে লোগী মখাদা ওম্না কাজিনখ্রবনা ঈ-পাও ফাওনম্রে, ইমুং-মনুংগসু করিগুম্বা মরি অমতা লৈনহম্রে। উন-রাইমুক চিক্লা নাইতোম তানা লৈনখিবগী শক্তম অমদা লাকখ্রে।

নেলসন মন্দেলাসু ইখঙ খঙহৌদনা রোব্বেন আইলেণ্ডদগী প্রেটোরিয়া জেলদা অমুক হন্না পুখ্রে। মপানগী ঈ-পাও অমতা ফাওনহম্রে। জেলদা লৈরিবা বন্দি খুদিংমক মাগী মাগী জাতি মতুংইন্না তোঙান খায়দোক্লুনা লৈহল্লি। অদুম ওইনমক মুম্নিদাং-রাইরমগী মতমদদি মীকুপ অমগী মতম ঈ-পাও ফাওনবা ওম্লমী। জেল ঙাক্লিবা রার্ডরশিংনা নোংমগী মথৌ লোইরকপগা লাওরম্বদু থরা চীকথখ্রগনি। অপিকপা জেলগী কা ফাওদোক্লুনা আফ্রিকান-শিংনা মখোয়গী পরম পাম্নাগী ওইবা নিংতম ঈশৈ শকপগী থোঞ্জেল

তাবা ফংলগনি। মুমিদাংগী মৈ মুথংলমদাই মীকুপ অমগী মমাংদা খোঞ্জেল অহুস্থ তপ্পা তপ্পা শিথখিগনি। অচিকপা মতম অদুদা খোঞ্জেল অমনা হৌনা লাওরকখি— আমন্দলা! কনাগী খোঞ্জেল হুইরিগবা? বন্দিশিংনা য়াম্না ওক্লা মদোম খঞ্জে মসিবু মন্দেলাগী খোঞ্জেল ওইরোইদ্রা? থম্মোয়দা ফাওরকপা ঈথিল অমনা হৌনরুবা নাইদনা পুম্না খুম্নকখি ঙুৱেতু! (Power to the People)।

ওক্তোবর ৯, ১৯৬৩ দা প্রেটোরিয়াগী পেলেস ওফ জষ্টিসকী অকোয়বদা খুংলাই পায়বা পুলিসনা কোয়শিন্দুনা ঙাক শেল্লম্মী। মনুংদস্থ অদু মঙাই। কোর্ট মনুংদা লৈরম্বা অঙৌবা মশিংদগী হেম্না সেক্যুরিটিগী অমদি প্রেসকী মীওইশিংনা লৈরম্মী। পাব্লিক গেল্লারিদা ফম্লিবা অঙৌবা নত্তবা কাংলুপকী মনুংদা অয়াম্বনা মরাল শীরবা বন্দিশিংগী ইমুং-মনুং অমস্থং মখোয়বু শোগৎপা মীওইশিংনি। অতোপ্পা নাকল অমদনা শক্লাইরবা ভিজিটরশিং অমদি দিপ্লোমেট-শিংগী ফম্ফম ওই।

বুইম্নী মন্দেলা মীয়াম মরক্তা য়াওবা ঙমখিদে, মরনদি মহাক জানুয়ারি ২৮, ১৯৬২ দগী জোহান্নেসবর্গ হেন্দোকপা য়াদবা অথিং হুকুমগী মখাদা লৈখিবনা। কেশ অদু য়েংবা চৎনবা দরখাস্থ থাজ-খিবনি অদুবু মহাক্লা হায়জবদু য়াবীখিদে।

এক্কিউজশিং অদু খুংলাই মথল শুনা পায়বা পুলিসকী কনভোয় অমনা ঙাক শেল্লগা কাখৎলকই। তিল্লমলিবা মীয়াম্না হরাওনা ওকপা ওইনা লাওরকখি— আমন্দলা মন্দেলা! ঙুৱেতু সিস্থলু! কোর্টকী কা মনুংদু ফজনা লৈতেংই। অৱাংবা সিলিং সার্কল শানা মথক্তগী কোয়না কোয়না শেম্নকপনি। অসিগুম্বা মওংগী লৈতেংবসি ১৮শুবা সতাব্দী খা আমেরিকাদা য়াম্না চৎনরম্মী।

সিলিংদগী পন্থা অমা য়াম্বহুনা তপ্না তপ্না প্রোজিক্যুটরগী মপাদা হুমলি। টিয়ার গ্যাস অমদি গ্রেনেদ পায়বা পুলিসনা থোঙ শঙলি। সেক্যুরিটি মীওইশিংনা কিহল্লবস্থু গেল্লারিহু মীনা পিক থনখ্রে।

ট্রান্সভালগী জজ্ প্রেসিডেন্ট সিংহাসন অমগী মথক্তা উগী থাকন মখাদা কোমলারোং মচুদা লময়োনা শঙলবা ফিজোলদা চীং-লেম্না ফম্লম্মী। নেলসন মন্দেলা অতৈ এক্কিউজশিংগা লোয়ননা অশাংবা উপু মাম্না শাবা ডোক অমগী মন্নুংদা লৈহল্লি। মখোয়গী শকফম-শিংদা অকায়বা উৎরবস্থু মতম কুইনা চিক্লু। জেলদা নাইতোম লৈরুবগী য়াম্না চোকথবা শকফম উবা ফংই। ব্রাম ফিছরনা মখোয়গীদমক ব্বাকৎলম্মী মতুদি বন্দিশিংবু ফজনা লোইনবীদে অমদি মখোয়গী লৈফম চাফমগী ফিভম মতিক চানা শেম শাবীদে। মহাক্লা য়াম্না কন্না য়েৎপদগী কেশ অতু মতম খরা য়ৈথোকখি।

চয়োল খরগী মতুংদা কোর্ট অমুক কারকপদদি মন্দেলা অমদি অতৈ ইক্কিউজশিংগী হকচাংগী ফিভম হায়গী নত্রে। মরু ওইনা মন্দেলা অতুক য়াম্না চোকথনা উদ্রে। কেশ অতু জজ্ চংলকপগা হৌখি। ব্রাম ফিছরনা ষ্টেটনা মন্দেলা অমদি অতৈ বন্দিশিংদা তৌরিবা চার্জশিং য়ানিংদবা উৎতুনা মরৈ য়েৎনৈ। মহাক্লা হায়খি মতৌ করম্না মীশক অমবু ফাজিল্লবা তুংদা থোরকপা সরকারগী লন-থুম মাং-তাকহনখিবগী থৌদোক শুদিংগী দায়িত্ব ওইগদৌরিবনো? ব্বাফম অতু জজ্সু য়ানিংখি লোয়ননা এক্কিউজশিং থাদোকনিংখি। মখা তাবা ব্বাফম খরা লাওথোক্লিকৈদা স্বানপোয়েল কৌবা ফত্তবা শাজৎকীদমক ফাওরবা লেটনেন্ট অমনা বন্দিশিং অতু তুংলোমদগী কন্না ফুজিন্দুনা ধমকা তৌহুনা লাওখি— "ঐনা নখোয়বু সরকারগী অমাং-অতা থোকহনবগী চার্জ তৌহুনা ফারবনি, ঐগী শুৎতগী

নাম্মোকখিবা য়ারোই।" হায়েং য়াও হাপ্পগুম গাড়িদা ইনখৎতুনা অমুক জেলদা পুখি।

ডিসেম্বর ৩ গী অয়ুক্তা কেশ অহু অমুক চৎথখি। মন্দেলানা লুচিংহুনা মাগী মরুপশিংহু কোর্ট মনুংদা পরেং শানা চংলক্লগা ডোকতা লৈখি। জজ্‌ চংলকপদা ময়াম অমতা ওইনা লেপখৎখি। হন্দক্তি শেমদোক্লবা চার্জ খরা অমুক হাপচিন্দুনা পাথোরকখি—

—সরকারগী লন থুম মাংহন-তাকহন্নবা মী খোমগৎতুনা ট্রেনিং পীবা, হিংসাগী লালহৌ অমা পুরক্লবা মফম চাবা য়েংহুনা ঙহাক ঙহাক্কী ওইবা লান্দাবগী থবক চংশিনবা, মপান লমগী মিলিটরিগা লৌতুনহুনা মখোয়না রিপাব্লিক অসিদা লান্দা-বদা মতেং ওইনবা থৌরাং কয়া শিনবা, হায়রিবা থৌরাংশিং অসিনা কম্যুনিজমগী নিতি শন্দোকপদা মতেং ওইগনি; মথক্কী থৌরাংশিং অসি পাংথোকপা ঙম্নবা শেল-থুমগী মতেং মীরৈবাক্কী লমশিংদগী খোমগৎনবা থৌরাংসু তৌই খুদম ওইনা, এলজেরিয়া, ইথিওপিয়া, লীবোরিয়া, নাই-জেরিয়া, টুনিসিয়া অমসুং অতৈ লমশিংদগী—

নৌনা শেমদোক্লবা চার্জশিং অসি পাথোক্লবা মতুংদা রেজিষ্টারনা হংখি— 'এক্কিউজ নম্বর ৱান, নেলসন মন্দেলা নং মরাল লৈবা মী অমা ওইরে হায়বহু য়ানিংব্রা, য়ানিংদ্রা? নং করি হায়নিংই?'

"ঐনা বিচারগীদমক লেপ্লিবা মফম ডোকসিদা সরকারনা লৈরগদবনি ঐনা লৈগদবা নত্তে", মন্দেলানা য়াম্না কন্না খুমখি— "ঐগী ইরাল করিমতা লৈতে।"

অসুম্না সরকারনা চার্জ তৌরিবা ৱাফমশিং অহুগা মরী লৈননা এক্কিউজশিংগী জবান লৌবা লোইকাব্রিঙৈদা প্রোজিক্যুটর ওইরিবা

পরসি য়ুটারনা কেশ অদু হৌদোকপগী ৱারোল য়াওবা অইবা চে-থরা য়েম্বোরকখি। জজ্‌দা অমা, দিকেন্সকী কাংবুদা অমা অমসুং অতোপ্পা কোপী নিপান্না প্রেসকী মীওইশিংদা পীখি। চীং-লেম্না লেপখৎলগা থনাউ শেংদোক্লুনা ফজনা শেম শারবা ৱারোলশিংদু পাথোকপা হৌরকখি। তাঙ্গাসিদা ফিছরনা জজ্‌দা ওনশিন্দুনা য়ুটারনা ভাওবদু মরক থৎখি। মহাক্না য়ুটারগী মাঙদা টেবল মথক্তা মাইক্রোফোন অমা খিল্লিবদুদা খুদোম্বী থিল্লদুনা হায়খি— "ধা আফ্রিকান ব্রোদকাষ্টিং কোরপোরেসন্না প্রোজিক্যুটরনা পীরিবা ৱারোল অসিবু জাতিদা ব্রোদকাষ্ট তৌদুনা তাহনগদৌরিব্রা? য়াম্না থোইদোক হেন্দোকপা থৌরাং অমা ওইরে, ঙসিগী কেশ প্রোসিডিওর অসি।"

খুদক্তা জজ্‌না মাইক্রোফোন অদু লৌথোকখিনবা য়াথং পীখি। য়ুটার মাগী কেশ অদু থাঙ্গৎলদুনা উমখোন্তো বুই সিজরে সংস্থান-সিগী লোম্না চৎথরক্লিবা সরকার শোম্থহন্নবা থৌরাংশিং অসিনা লৈবাক্তা চয়েৎনবা ফিভম অমা মায়োক্লহল্লি লোয়ননা হিংসাগী লাল্লোং কয়াদা খোঙ থাংজিনবতা নত্তনা তাঙ্গা চাবা য়েংদুনা খুং-লাই পায়বা লালহৌ অমা পুরক্লবা হোৎনৈ। থবকশিং অসি পাংথোক্লবা হোৎনবদা মপানগী শক্তি কয়াদগী মিলিটরিগী মতেং লৌরগা প্রোভিজনেল রিভোল্যুসনরী গোভর্ণমেন্ট অমা লিংদুনা লৈবাক্কী শাসন মুন্নবসু হোৎনরি।

মহাক্না মখা তানা মরাল শীখি মদুদি বন্দিশিং অসি সরকারগী লন-থুম মাংহন-তাকহনবগী থৌদোক ২২২ গী দায়িত্ব লৈরবা মীওই ভাক্তনি। লোইশিল্লকপগী মরু ওইবা ৱারোল থরা পীবদা য়ুটারনা এক্টিভিষ্টশিং অদু মখোয়না চৎথরক্লিবা কেম্পেইন অদুনা অঙৌবা কাংবুনা শাসন তৌবা পেৎপুদগী নাম্বোকতুনা নিংতম্বা ফংনবা

হোৎনবগী পান্দম অমা থম্লি। অদুগুম্না নিংতম্বা ফংনবগী মতমদু ১৯৬৩ নি। অশেংনমক য়ুটাবনা এ, এন, সি, অমসুং পি, এ, সি অনিসি চয়েৎনহল্লে। মরমদি এ, এন, সি, না হায়রিবা মতম-সিদা মীয়ামগী ওইবা লালহৌ অমা কৌখিবা লৈতে। মহাক্কী রাক্কম অসিনা দিফেন্স কাংবু অমদি উকিলশিংদা য়াম্না ঙকচানবা অমা থোকহনখি। মতম অদুদা উমখোন্তোগী ওইবা লালহৌ অমদা চংবা খুজু-খুৎলাই অমতা লৈখিদে। পোকথাইগনবা বোমনচিংবদি ল্যায়রদনা মতমদুদা উমখোন্তোগী ওইবা ইয়ার রাইফল অমথক্তং লৈরম্মী। মদুসু মন্দেলানা অমুক্তং তারগেত প্রাকটিস তৌবদা শিজিন্নখ্রে।

দিফেন্স কাংবুশিং য়াম্না শাওগৎহনখিবা য়ুটারগী অতোপ্পা রাফম অমদি উমখোন্তোগী মেম্বরশিংনা মীহাৎপগী অমদি মী হাৎনবা হোৎনৈ হায়বগী মরাল শীখিবদুনি। উমখোন্তোগী লুচিংবশিংনা মতম পুম্নমক্তা মীওইবগী পুন্সি অমাং-অতা থোক্তনবা মেম্বরশিংদা পাওতাক পীদুনা ঙাক লাকখিবনি। সরকারগী লন-থুম মাং-তাক-হনবগী থবক ১৯৩ রক তোঙান তোঙানবা মফমদা থোকপ্রবসু থৌদোকশিং অদুদা মীশি মীনা অমতা য়াওখিদে। অদুবু জজ্নদি থৌদোকশিং অদুগী দায়ীদি উমখোন্তো কাংবুগী ওইফম থোকই হায়না য়ানিংবা উৎখি।

কেশ অদু চৎথখিবা মতমদগী নেলসন মন্দেলা অমসুং মাগী মরুপশিংনা মখোয়গী উকিলদা হায়খি মদুদি মখোয় আইনগী ওইনা কেশ লেপ্পবসি থোইদোক্লা ইন্টরেষ্ট লৌনিংদে। তশেংনা মখোয়না পামজখিবদি রাজনিত্তিগী থোঙদা ঙাঙনবা অমদি থেংনবনি। কোর্টতা মখোয়না অনিংবা ফোংদোক্লবগী খুদোং চাবা লৌদুনা মীরৈবাক্কী মীয়ামদা অমদি পৃথিবী শিনরা থুংনা রাজনিত্তিগী ওইবা চয়েৎনবা

রাকম কয়ামুক শেংদোকপা ঙমখি। তশেংনা হায়রবদা কোর্ট রায়েল বিচারগী লেপ্পকম ওইবতা নত্তনা রাজনিতিগী প্লেটফোর্ম অমা ওইনসু শিজিন্নখি।

উমখোন্তোগী মেম্বরশিংনা মাংহন তাকহনবগী থৌদোক ১৯৩ দা চেন্নৈ হায়না মরাল শীবহু য়ানিংখিদে। মখোয়না থৌদোক ২১ খক্তদা মখোয়গী দায়িত্ব লৈ হায়না য়াখি। স্টেটনদি দিফেন্স কাংবুগী রাকমত্তুদা পেনবা ঙমখিদে। শাক্ষী মশীং লাকঙমদনা পুথোক্তুনা স্টেটনা চার্জ তৌরিবশিংতু অচুম্বনি উৎনিংখি। য়ুটারনা পুথোকখিবা শাক্ষীশিংগী মন্নুংদা অমখক্তি অরোনবা মফম অমদা প্রেস মেনশিং নত্তনা অতৈ ভিজিটর চঙবা য়াদবা মফমদা জবান লৌখি। প্রেস মেনশিংসু মীশক তাকথোক্লোই হায়বা তাংদাঙবা খঙলগা চঙহনবনি। শম্না হায়রবদা 'Mr. X.' হায়না খঙনরম্মী অরোনবা জবান সরকারগীদমক পীগদোরিবা মীশক অদু।

'Mr. X.' হায়রিবা মীশক অসি অতৈ অমা ওইরমদ্রে হায়না এ, এন, সি, গী মেম্বর ওইরম্বা ব্রুনো মটোলো নাটালদা লৈবা ট্রেদ ইউনিয়নগী মেম্বর অমনি। মহাক্না কোর্টতা চংলকপদা য়াম্না শক্লাইবা হেরো অমগী মতৌগুম অঙৌবা সেক্যুরিটি মীওইশিংনা চেকশিন্না ঙাক-শেনখি। মাগী মশক হেক উবমক্তদা নেলসন মন্দেলা অমদি এ, এন, সি, মেম্বরশিংনা অসুক্কী মতিক থম্মোয় শোকখি। য়াম্না খাঙঙমদবা রাকমদি মটোলো মাং-তাকহনবা থৌদোক কয়াদা চেন্নবা মীশক্তি লোয়নননা নমথাক অমদি হুরান চিদ্বি তৌবগীদমক অহুমলক মরাল লৈরে হায়না সরকারনা লৌগ্ররনি। অদুগুম্বা মীশক অদুনা অতোপ্পা মীওই কয়ামুকসু সরকারগী লন-থুম মাংহন তাকহনবগী থবক পাংথোক্লবা ইনশিন্নগা মমৈথংদা মশাগী ওইজবা

থীহুনা সরকারগী মাইকৈদা শাক্ষী পীরি। মহাক্না শাক্ষী ওইবগী জবান পীবদা নেলসন মন্দেলানা আফ্রিকাগী অতৈ লৈবাকশিংদা চৎলুরবা তুংদা নাটাল রিজনেল কমাণ্ডদা পীখিবা রিপোর্ট অহু ওন্না তৈননা তমখি অমসুং মন্দেলাবু কম্যুনিষ্ট অমনি হায়না শিংথাখি।

শোক ১৯৬৩ গী ওলাংথাগী শারবা মতমদা অরেপ্পা লৈতনা কেশ চৎথখি। প্রোজিক্যুটর য়ুটারনা রিভোনিয়াদগী ফাখিবা দোকুমেণ্ট চাম্মা চাম্মনা খুঁজং ওইরহুনা পুথোকখি। দোকুমেণ্টশিং অহুগী মনুংদা য়াম্না মরু ওইরবা সরকারগী লোইশঙশিং, ইলেক্ট্রিক পরার ষ্টেসন, রেলরেজ অমদি আফ্রিকান পুলিসমেনশিংগী লৈফম উৎপা মেপ কয়ামুক য়াওখি। য়াম্না তোয়না য়ুটারনা পুথোকখিবা দোকুমেণ্ট অমদি ওপরেসন মেয়িবুয়ে হায়না খঙনবা খারিল্লাগী লাল্লোং য়াওবা মীরৈবাক্কী খুৎ য়াওনা চৎথগদবা থৌরাংশিং অহুনি। তৌবমক্তি হায়রিবা দোকুমেণ্ট অসি মন্দেলা ফাওবা মতুংদা নহারোল ইচংথৌবা খরনা ইখিবনি। মসিগী মরমদা মন্দেলাদি করিমতা খঙখিদবনি। অহুম ওইনমক মানা ব্রাফম অসি মাগী ডাইরীদা মপান লম কোইবা মতমদা হাপচিন্দুনা থমখি। মমৈথংদদি মাঙখিরম্বা য়ারে হায়হুনা থোইদোক্না থৌশারুদে। অসুম্না চেকশিনবা খরা ব্রাৎখিবদগী রিভোনিয়াদা ফাখিবা দোকুমেণ্টশিংগী মরক্তা য়াওখিবনি।

কেশ হৌখিবা থা মঙাগী তুংদা ১৯৬৪ ফেব্রুয়ারি ২৯ দা ষ্টেটনা কেশ লোইশিন্নবগী ব্রারেপ লৌখ্রে। দিফেন্স কাংবুনা থা অমখক্তংগী মনুংদা মখোয়গী মশা কঞ্জনবগী থৌরাং খুদিংমক শেম শাবা তাখি। থবক্না য়াম্না পাক-চাওবা মতেং লৌফম্না নোংমা নোংমগী ব্রাৎশিল্লকপা। লৈবাক শিনবা থুংনা শাক্ষী উনবা, পীগদবা

জুবান কুপ্পা খন্নবা, মশীং লাকওমজ্রবা দোকুমেন্টশিং মচা খায়না পাবা অমদি এক্সিউজ্ঞ খুদিংগী মশা মশাদগী ৱারোল খোমজিনবা পুন্নমক অরায়বা থবক ওইশিল্লক্রে। খ্বাইদগী হেন্না খুদোং থিনিঙাই ওইরিবদি মখোয় মশেল নিংতম্না উনদুনা ৱা তানবগী খুদোংচাবা ফংদবা অমদি মখোয়না ঙাঙনবা অমদি খন্নবা খুদিং লোন্না খঙ-দোক্লবগী (বগগিং) তৌবা লোয়ননা অনৌবা উনফম কা অমা ফজদবা মওংদা শেমখিবদুনি। মখোয় নিংতম্না ফম্নবা পীবীবগী মহুত্তা পার্টিসন অমা শেমদুনা উকিলশিংগা উনরগা ৱা তানবা ঙমহন্দ্রে। য়োৎকী বারনা ৱাংনা খাবা অৱাংবা কাউন্টর অমা শেম্মী। নাকল অনিদা অৱাংবা ষ্টুল (ফাল) মঙাথক কাংক্রিক্কী লৈমায়দা ফাজিন্দুনা থম্মী। পার্টিসনগী নাকল অমদা উকিলশিং অদু পুশিন্দুনা শক উন্নহল্লি জেলগী কম্মিসনার কোলোনেল ওকেম্পনা। অতোপ্পা নাকল অমদনা মন্দেলা অমসুং অতোপ্পা মীওই মরিনা ষ্টুলদা পরেং শানা ফমদুনা লৈহল্লি। মখোয়গী তুংদা মী ৪ অমসু পরেং শানা লেপ-হল্লি। য়াম্না নোল্লুকপগা লোয়ননা নোকমী নোকমী তৌদুনা মন্দেলানা হংখি— "ঙসিগী ওইনা করি পুবীরকপগে মহাশয়, চোক্লেট নত্রগা ভানিলা?" কোলোনেল অদু শাওবনা মৈ হৌখি মন্দেলানা করেম্নবদুদা। মী উনফম শিল্লিবা থৌরাংদু পেন্দবা ফোংদোক্লুনা ৱাকৎখিবা অমদি উকিলনা জেল মনুংদা চাকলেন চানবগী পুং অনি মতম পীবা মনুংদা দিফেন্স কাংবুগা উনবা য়াহন-বীয়ু হায়জবদু করিমতা কান্নখিদে। অহোয়নদুম হায়রকখি মদুদি মন্দেলা অমসুং সিসুলু মখোয় অনিদি মরাল লৈরবা বন্দিশিংনি; মখোয় করিগুম্বা মরম অমগীদমক কনামতনা উনবা য়ারোই।

দিফেন্স কাংবুগী উকিল ওইরিবা ব্রাম ফিছরনা খঙহনখি মদুদি মখোয় সরকারগী মায়োক্তা থারিল্লা লালহৌ অমা পাংথোক্লবা

করিগুম্বা ৱাক্নম অমতা খন্নখিবা লৈতে হায়বত্থু মতিক চাবা প্রমান পীননবা হোৎনবা তাবনি। অমসুং মখোয়না শেমগৎচরক্লবা রাজ-নিতিগী পোলিসিদসু মীওইবগী পুন্সি মাংহন-তাকহন্নবগী থৌশিল অমতা য়াওদে হায়বত্থুসু উৎপা তাবনি। ফিছরনা মখা অমুক তারকখি— "ঐ পুকচেল শেংনা ঐঙোন্দা ফাওবা ৱাখল থন্না হায়বা তারবদা, ঐখোয়না মাই পাক্লা ৱাফমশিং অসি থম্বা ঙম্নবগ্নী জজ্ অসিনদি শিবগী দণ্ডি ফাওবা পীনিংবগী ৱাখল চেল্লি।" ফোংদোক্লিবা ৱাফমশিং অসি তঙাই ফদ্রবা তাঞ্জাদা য়াম্না কন্না খল্লবা তুংদা থম্মোয় শোক্লা বন্দিশিংগা তানবা মতমদা হায়খিবনি।

ফিছর ঙহাক্কী মতম পোখাবা ফংখিদ্রে। তুম্বা, হিপ্পা, চাবা চঙদ্রে মতৌ করম্না অৱাংবা থাক্কী দণ্ডিসিদগী কনবা ঙমগদগে হায়বগী ৱাখলদা তাউত্থুনা লৈরে। কয়ামুক য়াম্না বন্দিশিংগী পুন্সিবু লুনা খনখিবগে হায়বত্থু মাগী মুপী মোল্লী ফিছরনা অসুম্না ফোং-দোকখি— "অহিং খুদিং তুম্লিঙৈদা, মমঙদা ইখং-খংনা লাওরকখি— 'ঐখোয় মখোয়বু শোয়দনা কনগদবনি, শোয়দনা কনগদবনি।' মহাক্তা নত্তে মাগী মরুপ জোফেসু মখোয়গী ক্লাইন্টশিংনা মীহাৎকম প্লেট ফোর্মদা মথং মথং কাখৎপত্থু মঙদা ইতৎ তত্তনা উই মীকপ থোক্লকপদা মশা পুম্বা হুমাংনা পুমচোৎ চোৎখি হায়না ৱারী তৌই।"

নেলসন মন্দেলা জোফেগী মতেংদগী জেল মনুংদা ট্রিজন ট্রাইয়েলগা মরী লৈনবা দোকুমেন্টশিং, পানিংবা লাইরিকনচিংবা কংহনখি। মরু ওইবা লাইরিকশিংদি ইকোনোমিক্সকী মরমদা ইবা লাইরিকশিং অমদি লিও টোলষ্টোয়গী ৱার এণ্ড পীসনি। জেল ওথোরিটিশিংনা নোভেলত্থুদি হল্লকখি ৱাফম অমসু ইরকখি। করি-গুম্বা মরম অমতদা জেলগী বন্দিশিংদা কম্যুনিষ্ট লিটেরেচর পীবা

কম্যাণ্ডেন্টনা থক অয়াবা পীরমদে। মরু ওইবা লালগী মরমদা ইবা কম্যুনিষ্ট লাইরিক অমত্তা পীশিনবা য়ারমদে।

অদুম ওইনমক জেলগী কা মচা মনুংদা মহাক্না পীগদবা বারোলশিং নেলসন মুমিং খুদিংগী মুমিদাংবাইরমদা অমসুং চয়োল লোইশিন্নকপগী মুমিত্তা হুন্না হুন্না শেম শারম্মী। নিংথৌকাবা এপ্রিল তাং ২০, ১৯৬৪ দা অতৈ বন্দিশিংগা লোয়ননা পুলিসকী ভান অমদা অচৌবা এসকোর্ট পার্টি অমনা ভাক শেন্নগা পেলেস ওফ জসটিসতা পুরকখি। মী পীক থন্না তিল্লবা কোর্ট মনুংদা বুইন্নী মন্দেলা ট্রান্সকীদগী থুংলখিবা মনেম্বোকা ফম্মীন্নখি। অহল ওইজরবসু মশাদা অৱাবগী শক্লোন লৌদনা পুক্নিং মকা লান্না মচানিপাগীদমক য়ান্না চাওখোকচখি। মুমিং অতুদি বুইন্নী মাগী জাতিগী ফিজোল শেংলগা চংবা য়াহনখিদে করিগুম্বা মুংভাইতবা থৌদোক থোরকত্রা চিংনতুনা চেকশিন থৌরাং ওইনা সরকারনা লৌখৎখিবনি। শক-নাইরবা মীওই কয়াসু ওবজার্ভর ওইনা কেশকী প্রোসিদিংস য়েংখি।

ব্রাম ফিছরনা দিফেন্স কাংবুগীদমক ষ্টেটনা পীবা শাক্ষীগী মরমদা মরু ওইবা শরুক খরা য়ানিংদবা ফোংদোক্নুনা ভাঙখি। উমখোন্তোনা সরকারগী লন-থুম মাংহন তাকহনবগী (সাবোটেজ) থৌরাং লৌশ্রবসু মখোয়না থারিন্না লালহো পুরক্লবা হোৎনৈ হায়বগী মরাল শীবতুদি প্রমান চাদে হায়খি। মহাক্না এক্বিউজ নম্বর বান ওইরিবা নেলসন মন্দেলাবু ডোক্তগী দিফেন্স কেশ হৌবগী বারোল পীবা য়াহনবীনবা হায়জখি। বাফম অসিদা প্রোজিক্যুটর য়ুটারনা য়ানিংদবা উৎখি। মহাক্নদি মন্দেলাবু ক্রোস একজমিনেসন তৌবা পামখি। অদুম ওইনমক জজনা ফিছরগী বাফমতুদা য়ানিংখি লোয়ননা কেশ চৎথনবা নেলসন মন্দেলাবু কৌখি।

অদোমকা য়াম্না তপ্না হৌরংলকখি, চেং-চাং পাম্বদা শিজিন্নগদৌরিবা আনোক অতু লেম-শারগা উপশিনখি ঃ য়াম্না চীক্না তম্না ব্রয়োল পীবা হৌরকখি ঃ

"মাই লোর্ড, ঐ অহানবা ওইনা অবাংবা থাকী মরাল শীঁরবা মীশক অমনি। ঐ বি, এ, আর্টসতা ডিগ্রি ফংলুনা ওলিভর টম্বুগা লোয়নমা জোহান্সবর্গতা উকিল ওইনবগীদমক চহি কয়া প্রাক্টিস তৌখি। ঐনা অহনিবমক্তদা হায়বা পান্মী মতুদি স্টেটনা খা আফ্রিকাদা ভঁসি চৎথরিবা আন্দোলন অসি মপান লৈবাকী নম্ৰগা কম্যুনিষ্টকী ঈথিল চংবা অমনি হায়না শিংথাবতু পুমলান লানবা ব্রাকমনি। ঐনা তৌথিবা খুদিংমক ইছানা তৌগ্রবনি ইছামকী ওইনা অমদি মীয়ামগী লুচিংবা অমা ওইনা। খা আফ্রিকাদা থোকখিবা থোদোকশিং কয়াদগী হাকথেংননা ফংলকপা লৌশিং জ্ঞান, আফ্রিকানগী পুন্সিদা চাওরকখিবা মতুগীদমক চাওথোকচবা ঐগী পুন্সিনা পীবা ঈথিলদা শাদোং ওইরগা চৎথরকখিবা ভাক্তনি অতোপ্পা মপান লমগী মীওইশিংনা ইনশিন্নগা তৌখিবা অমতা য়াওদে ⋯ ⋯

ঐনা আশা তৌখি মতুদি অতুগুম্বা পুন্সিনা ঐঙোন্দা থুদোং চাবা অমা পীরগদি মতমতুদা ঐনা মীয়ামগী সেবা তৌজনবা অমসুং মখোয়গী নিংতম আন্দোলনদা ঐগী ভুমজবা শরুক থবা য়াজনবা। অসিগুম্বা অনিংবা অসিনা ঐকু ইনশিনখি ভসি ঐঙোন্দা কেশ অসিগা মরী লৈননা শীরিবা মরালশিং অসিগী হৌরকফম ওইরীবা থরকশিংতু পাংথোক্লবা।

ছিংসাগী ওইবা থোদোকশিংগী মরমদা কোর্ট সদা তম্নিবা থারী খুদিংমক থরদি চুম্মী অতুগা থরনা চুম্মদে। ঐ সরকারগী লম-থুম মাংহন তাকহন্নবগী থৌরাং তৌবা য়াওই হায়বসি ঐসু য়াদবা ঙমদে।

রাখল ইথন খল্লনা হেক্তা লৌথিবা খোঙথাংদি নত্তে। ওইরব্রিবা রাজনিতিগী কিস্তমসি তপ্না ইংনা অচুম অরান থিজিল্লবা তুংদা মশীং লাকডমত্রবা চহি কয়ামুক অঙোবা কাংবুগী মীওৎ-মীনৈদা থাঙবা ওয়ল্ল্রুত্থনা লৌথিবা খোঙথাংনি।

খুদক্তা ইছাগী অয়াবা পীজরি মতুদি ঐহাক উমথোন্তো বৃই সিজবে হায়রবা সংস্থানসি শেমগৎনবা অচৌবা থৌদাং লৌখি। সংস্থান অসিগী থৌরম কয়া লৌখৎপদা মশক নাইবা রোল লৌখি। মসি ঐহাকপু ফাত্রিঙৈ শোক ১৯৬২ আগস্ট থা ফাওবা চৎথখি।”

মটোলোনা পীথিবা শাক্ষীগী মরু ওইবা শরুকশিং অরানবা অমদি লৌবা য়াদবা ঙাক্তনি হায়না য়ানিংদবা ফোংদোক্লবা তুংদা ষ্টেটনা মরাল শীরিবা রাকম অমা হায়বদি এ, এন, সি, অমসুং সাউথ আফ্রিকান কম্যুনিষ্ট পার্টি অনিসিগী পান্দম মায় হায়বগী মতাংদা অয়ুম্না শেংদোকখি—

“এ, এন, সি, গী রাজনিতি রাখল্লোন অসি মতম চুপ্পদা জাতিয়াবাদ ওইবা আফ্রিকান নেসনেলিজমদা থাজবা থম্বনি: মসি হায় হায়তুনসু অঙোবা মীওইশিংবু সমুদ্রদা হেক্তা লংথরসি হায়বা নত্তে। আফ্রিকান নেসনেলিজম হায়রগা এ, এন, সি, না চেৎনা থাজবগা লোয়ননা লেপ্লিবদি আফ্রিকান মীয়াম্না মশাগী লৈবাক্তা নিংতম্না হিংজবগী অপাম্বা থুংহল্লবনি।

এ, এন, সি, না য়াম্না মরু ওইবা রাজনিতিগী দোক্যুমেন্ট অমা শেমখিবসি ফ্রিদম চার্টর লাওথোকখিবা অদুনি। পাক-চাওনা হায়রবদা মসি সোসিয়েলিষ্ট ষ্টেট অমগী ব্লু প্রিন্টনি। মসিদা লম চাং নাইনা য়েম্থোক্লবগী রাকম য়াওরি, লম নেসনেলাইজ তৌবা নত্তবা। থনি, রেঙ্ক অমসুং গোনোপোলি ইন্দস্ট্রি নেসনেলাইজ

তৌনবগী বাফম পীরি মরমদি অচৌবা শিনশঙ খুদিংমক কাংলুপ অময়থক্তনা মপু ওইরি। অহুনা নেসনেলাইজেসন তৌব্রবদি জাতি অমতনা মতম কুইনগী খুত্তম চন্দুনা লৈহৌরগনি ··· এ, এন, সি, না মসিগী ওইরক্লিবা ইতিহাসকী তাক্তক অমতদা লৈবাক অসিগী শেল থুমগী ফিভমদা খওওন ওনবা ( রিভোলুসনরী চেঞ্জ ) অমা পুররুবা হোৎনখিবা নত্রগা কেপিটেলিষ্ট সমাজবু নিন্দা তৌখিবা লৈখিদ্রি, ঐনা নিংশিংবা ভম্বগী মতমদদি।

কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মরমদা হায়বা তারবদা, ঐনা খঙজবা মতুংইন্না পার্টি সিনা অহুগুম্বা স্টেট অমা শাগৎপদা পুক্লিং চংই মহুনা মার্ক্সিজমগী নিতিদা য়ুম্ফম ওইবা। মসিনা ফ্রিদম চার্টরগীদমক অঙৌবা কাংবুনা পানবদগী থোরকপা সমস্যা কয়া থেংনবা ভম্বন-বগীদমক অতেনবা মতমগী ওইনা থবক তৌবা য়াওখি। পার্টি অসিনা ফ্রিদম চার্টরবু চুম্না প্রোগ্রাম অমা হৌগৎলকপগী মওংদা লৌখি, মসিমক মখোয়গী লৌখৎলকদবা প্রোগ্রামগী পান্দম অমা ওইনা লৌখিদে।

আফ্রিকান নেসনেল কংগ্রেস, কম্যুনিষ্ট পার্টিগা মান্নদে। এ, এন, সি, না আফ্রিকানশিংতবু মসিগী মেম্বর ওইনবা মীং চক্লি। মসিগী মরু ওইবা পন্দ্বংদি আফ্রিকান মীয়াম অমতা ওইনা পুনশিনবা অমদি রাজনিতিগী আথিকার মপুং ফানা ফংনবা তানবা অসিনি। অমরোমদা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মরু ওইবা পান্দবদি শেঙ্গাও পায়বা লৌথোকপা মখোয়গী মহুৎ শিন্নগী সরকারনা শিনজিনবনি। কম্যু-নিষ্ট পার্টিনা কাংলুপকী ওইবা খেন্নবশিং পুথোক্রবা হোৎনৈ অহুগা এ, এন, সি, না কাংলুপ অনিসি চান্নরা লৈমিন্নবা হোৎনৈ। মসি য়াম্না মরু ওইবা খেন্নবা অমনি।

অহুগী মসিদি অচুম্বনি, কম্যুনিষ্ট পার্টি অমদি এ, এন, সি, য়াম্না নকশিন্না চৎমিন্নহুনা অমনা অমগী মতেং পীনহুনা লাক্লি। অসিগুম্বা তেংবাংনবসিদি চুপ্না মাসকী পম্বুং অমা লৈবগী প্রমান পীনরতনি— কেন অসিগী মরীদা হায়রগা শাসন পান্নরিবা অভৌ-বশিং লৌথোকপগী মাম্বা অপাম্বা লৈবসিনি। মসিনদি ছিরম খুদিংদা পার্টি অনি অসিগী পান্দম অমস্নুং অপাম্বা লোইনা মান্নৈ হায়বা য়াদে।

পৃথিবীগী ইতিহাসতস্নু অসিগুম্বা মাম্বগী খুদম পীক থম্না লৈ। শংশঙ্গুনা উৎপা য়াবা খুদমদি গ্রেট ব্রিটেন, এউ, এস, এ, অমস্নুং সোভিয়েট ইউনিয়ন্না হিটলরগী মায়োকতা লাম্নেংননবা তেংবাংনখিবহু পনবা য়াই। অস্নুম্না মতেং পীনখিবহু হিটলরনদি হিংনদনা হান্নগনি মহুদি চরচিল নত্রগা রুজভেলট কম্যুনিষ্টকী খুং-লাই ওইগ্রে নত্রগা গ্রেট ব্রিটেন অমস্নুং আমেরিকানা কম্যুনিষ্টকী সংসার অমা পুরক্কনা থবক তৌমিন্নৈ।"

নেলসন মণ্ডেলানা মখা তানা কম্যুনিষ্টশিংনা লোইনম ওইনবা দেশশিংগী নিংতম আন্দোলনদা য়াওখিবগী খুদম কয়ামুকস্নু পীখি। মরু ওইনা মলায়া, অলজেরিয়া অমস্নুং ইন্দোনেসিয়াদনি। হায়-রিবা লৈবাকশিং অসি কম্যুনিজম চৎপা লৈবাক ওইখিদে। থা আফ্রিকাগী অভৌকশিংনা কম্যুনিষ্টপু য়াজবনি হায়রবগী বাখলসি মাও-ওইনমখিহুনা করিনীমক সাউথ আফ্রিকানশিংনা কম্যুনিষ্টশিংবু হেক্তা মরুপ ওইমিংনবগী অপাম্বা লৈরিবনো হায়বহু খঙবা ওম্নখিদে। মতাং অসি লোয়েনকপা ওইনা মণ্ডেলানা মশাগী বারোল পীবদা হায়খি—

"হে-শিংবা আফ্রিকান অচিংবশিংনা কম্যুনিষ্টশিংবু মথোয়গী মরুপ ওইনা লৌই। মরমদি হৌখিবা চহি কয়ামুক্তগী থা আফ্রিকাদা

লৈবা রাজনিতিগী সংস্থান অমা ওইরকখি। অসিগুম্বা পার্টি অসিনা ঐখোয় আফ্রিকানশিং অসি মীওইবা জাতি ওইনা হিংমিন্নরিবা মখোয়গা চপ মান্নবনি হায়না খনখি। ঐখোয়গা লোয়ননা চামিনৈ, বারী শানৈ, লৈমিনৈ অমসুং থবক শুম্মিনৈ। ঐখোয়গী রাজনিতি আধিকার কংদবা য়াদে হায়হুনা ঐখোয়গীদমক দাবী তানবদা অচৌবা খৌদাং লৌরক্লবা রাজনিতিগী কাংবু ওইখিবহু কম্যুনিষ্ট পার্টি অসি-ভনি। অমরোমদা অঙৌবা কাংবুনা অসুম্না খনগনি মহুদি গনতন্ত্র চংপা সরকার অমবু পামজবা অমদি নিংতম্না হিংবা পামজবা আফ্রি-কান খুদিংমক কম্যুনিষ্টনি হায়না। অসুম্না লাম্না থাজবসি শোগংনবা সরকারনা সপ্রেসন ওফ কম্যুনিজম এক্ট চলাইহুনা কম্যুনিষ্ট নত্তবা প্রজা মীয়ামগী মথক্তসু অখিংবা হুকুম থমজিল্লি। ঐ কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মেম্বর অমা কৈদৌঙৈদসু ওইখিদ্রি অহুবু ঐনা সরকার লীঙনবা আন্দোলনগী মতমদা লৌখিবা খৌদাংনা মরম ওইরহুনা ঐবু মাং-তাক্লবগী মশক ওইরবা এক্ট অহুগী মখাদা মিংখোল অসি হেক্তা পিশিল্লি, অখিংবা হুকুম থমহুনা কাজিল্লি অমসুং জেলদা থমজিল্লি।

অচুম্বনি ঐহাক মার্ক্সিষ্ট বাখল্লোম্না ঈখিল অমা পীখি। ঐদা নত্তে পৃথিবীগী শরুাইরবা লুচিংবা কয়া মার্ক্সকী রাজনিতি অমদি অর্থনিতি বাখলনা ঈখিল পীখি। বাফম অসি য়াম্না খেন্নবা লৈবা মীওইশিং খুদম ওইনা গান্ধী, নেহরু, নক্রুমাহ অমসুং নাশেরনচিংবনা য়াখি। ঐখোয় সোসিয়েলিজমগী নমুনা খরদি লৌদবা ঙমদে। মরমদি চাওখং খোঙথাংগী মরমদা চাওখংলবা লৈবাকশিংগা ঐখোয়গা অনিগী মরক্তা লৈরিবা খেন্নবসি অসুক্কী মতিক তামদ্রে। চাওখংপগী খোঙজেল খজিক্তং য়াঙখংহনবা শুন্নবা অমদি লোইলম শন্দোকপা কাংবুগী অউনপোং ওইনা থম্মীরম্নবা 'লাইরবা' হায়বসি কোকপা

ঙম্লব্বা। মসিনা মরম ওইদুনা ঐখোয়বু মার্ক্সিষ্ট ঙাক্তনি হায়না লৌরবদি মতু অচুম্বা ওইরোই।"

জাং কুচু খায়বা খা আফ্রিকা সরকারনা কয়াগী মতিক কুচু মুবা কাংবুশিংবু থাক হন্বনা থম্বগে হায়বগী মতাংদা মন্দেলানা হায়খি:

"মীওইবা হায়বা জাং অসিদা ব্যাবহার থম্বা ৱাংপগী থোদোক আফ্রিকান খুদিংমক্না অভৌবশিংনা মকোক থোংনা পানবা শাসনগী মখাদা তত্তনা থেংনরি। অভৌবশিংনা থাক ৱাংনা লৈবা হায়বসিনা খঙহল্লিবদি অমুবশিংনা অতোনবা মখোয়দগী থাক য়াম্না হন্বনা লৈবা হায়বনি। অভৌবশিংনা আফ্রিকানশিংবু তোঙানবা জীব অমা ওইনা লৌই। মখোয়দোনা কুচু মুবা কাংবুসু ইমুং মনুং পান্দুনা লৈরিবনি, নুংগী ওইবা ৱাথল চেল্লিবনি, মুপী অঙাংগী মুংশিবা মরী তৎনা থানদনা লৈরিবনি হায়বতু অভৌবশিংনা থক থক্কে। মখোয়-দোনা আফ্রিকানশিংসু অফবা চিঞ্জাক চানিংই, মচা-মশু অফবা স্কুলদা থানিংই, ইমুং-মনুং থাকপা ঙম্লনবা পৈশা মতিক চানা তান-শিন্নিংই। য়েংবীয়ু! য়ুমগী মীনাই ওইবা নত্রগা নোংমগী শুরগা চাজরিবা লেবর অমনা করি আশা তৌনিঙাই লৈরি?

পুম্নমকসিগী মথক্তা ঐখোয় মান্নবা রাজনিতিগী অধিকার ফংবা পাম্মী মরমদি মসি য়াওদনদি ঐখোয় মতম্ কুইনগী ওইনা করিসু তৌবা ঙমদ্রবা মীওইবা হায়বতু ওইহৌরগনি। ৱাফমসি হেক তাবগা অভৌবশিংনা ঈহৌ অমা লাক্লে থনগনি মরমদি ভোটরশিং অয়াম্বনা আফ্রিকান ঙাক্তনি। মসিনা অভৌবশিংসি গনতন্ত্রবু কি-হল্লে ...... জাং কুচুদা য়ুম্ফম ওইরম্বা রাজনিতিগী কাংলুপ খায়দোকপা খুংশেমনি, থুনা অমুক মাংখিগদবা। আফ্রিকান নেসনেল কংগ্রেসনা জাং কুচু খায়বগী মায়োক্তা লাম্লেংনরকপসি

চহি য়াথৈ ওয়বনি। করম্বা মতমদা মাই পাকনি হায়বা ওমদ্রবসু সংস্থান অসিনা মশাগী নিতি থক হোংলোই।

মসিনা ওসি এ, এন, সি, না থেংনরিবা লাল, জাতিগী ওইবা অমনি, আফ্রিকান মীয়ামগী লাঞ্জং অমনি, মতম কুইনগী অরা-অনা নংলকখিবা অমস্তুং অতৈ থেংনখিবা অরাবগী থোদোক কল্লানা পুরক-খিবা হিংনবা আধিকার তানবগী লাম্বেংনবা অমনি।"

মন্দেলা মাগী ৱারোল পাবা লেপখ্রে। কোর্ট মনুংতুসু ওন ৱাইমুক চিকখি। মহাক্না জজ্‌দা য়েংখংলকখি অমসুং খোঞ্জেল তপ্না ৱাহৈ খরা হায়রকখি—

**"ঐ পুন্সি চেঙজেন লৈরিবৈ মনুংসিদা ঐ ইছামক আফ্রিকান মীয়ামগী লাঞ্জংসিদা কৎথোকচরে। ঐ অঙোবা অমদি অমুবা অনিগী শাসন মায়োক্না লাম্বেংনখ্রে। ঐগী থম্মোয়দা চেৎনা থমজবা ফিদম অমদি গনতান্ত্রিক অমসুং নিংতম্বা সমাজ অমা লৈবা হায়বসিনি ……… অসিগুম্বা পান্দম অসিগীদমক ঐ হিংবা অমদি থবক পাংথোকপা পাম্মী। তঙাই ফদনা দরকার লৈরবদি ফিদম অসিগীদমক ঐহাক থৱাই কৎথোক্লবগীদমক শেম শারে।"**

পুং ৪ চুপ্পা ভাঙলবা তুংদা ফমথখি। গেল্লরিদা ফম্লিবা মীয়াম্না খর শাংনা হোমখি। ওহাক লৈরগা তুমিন লৈনখিবা মতমচুদা জজ্‌না ত্রাম ফিছরদা মাগী মৎংগী শাক্ষী পুথোরক্লবা খঙহনখি।

এক্বিউজ নং ২ বালটর সিস্নলু অহানরমক্তদা প্রোজিক্যুটরগী অকনবা বাহং কয়াগী শক্ মায়োক্নখি। অমুক্তংদি য়ুটারগী তৌবা ওস্বা শক্তি পাদম লাকে খনখি লোয়ননা মহাক শাক্ষী পীকম বোক্সতা লৈরিবনি হায়বা কাওখি। মীয়াম মাংদা বা ওাওখিদবা চহি ১১ শুপ্ৰবনি। অহুম ওইহুনস্ন কিভমহু মানা খুহুম চনবা ওমখি। মহাক অমসুং গোভান মবেকীনা এ, এন, সি, অমসুং উমখোন্তো অনিগী থেম্নবহু শন্দোক্না তাকখি। মখোয় খুদিংনা ষ্টেটনা মরাল শীরিবা বারিল্লা লালহৌ অমগী থৌরাং তৌই হায়বহু য়াখিদে।

নেলসন মন্দেলা অমসুং অতৈ এক্বিউজ তরুক্না করিগুম্বা মরম খরদদি মরাল লৈরবনি হায়বহু য়াখিবনা বাফম অনিথক থোরক্লে— অহানবদা, চার্জ তৌরিবশিংহু য়াবা ওমখিদবা মীওই অহুমদা পীগদবা কোর্টকী রায়, অনিশুবদা, মন্দেলা অমদি মাগী মরুপশিংবু শীবগী দণ্ড পীরক্তগ্রা?

১৯৬৪ জুন তাং ১১ শগোলশেল মুমিত্তা কোর্ট অমুক ফমখি। বুইমী মন্দেলা মনেম্বোকা, মচা মুপীশিং— জেনী অমসুং জিনজীগা লোয়ননা লাকখি। অওাং অনিহুদি কোর্ট মহুংদা পুশিনবা য়াদবদগী মপান্দা মরুপশিংগী নাক্তা লৈহনখি।

প্রেটোরিয়া চর্চ্চ এসকায়ারদা মীয়াম ত্তিনখি, পেলেস ওফ জষ্টিস মহুংদা অকনবা চেকশিন থৌরাং লৌখৎখি। খুৎলাই পায়বা পুলিস মরাং কায়না থমখি। গেল্লরীদা মীয়ামগী মীনিলখোল্লা ইরাং লাংখি। মন্দেলানা লুচিংহুনা মাগী মরুপশিং মখাগী সেলদগী সিড়িগী থাক মথং মথং কাখৎলক্তুনা ডোক মহুংদা লৈখি। মখোয় হেক চঙলকপগা কোর্ট মহুংহু নিল-খোংবা লৈত্রে, পুমচিক চিকথগ্রে।

জজ্ প্রেসিডেন্টনা চৎথরক্লিবা কেশ অদুদা মশানা ফংবা ৱাকম খর পীবদু মিনিট ৩ খক্তা লৌখি। মহাক্না খনবা মতুংইন্না মন্দেলা, উমখোন্তো ৱুই সিজৱে (Spear of the Nation) শেম্নবগী ৱাখল পুথোকখিবা মরুওইবা মীশক্নি। দিফেন্স কাংবুনা হায়বা ৱাফম অমদি মহাক্নত্র য়ানিংখি মদুদি সংস্থান অসিগী লুচিংবশিংনা মখোয়গী তুংইনবশিংদা সরকারগী লন-থুম মাংহন তাকহনবগী থবক লৌখৎপদা মীওইবগী পুন্সি মাংননবা অমতা তৌবা য়াদে হায়না পাওতাক পীখি। থারিল্লা লালহৌগী মতাংদা মরাল শীরথা লুচিং-বশিংনা য়ানিংদবগী ৱাফম ফোংদোকপদু জজ্না হায়খি মদুদি ৱারোলশিং অদুনা মাবু ফজনা ভাব তাহনবা ঙমদে মরমদি লালহৌ অমা থৌরাং তৌবা মীওইশিংগী অপাম্বদি সরকার মুনবনি।

জজ্না অরোইবা ৱারেপ অমা লৌখ্রে—

> "নেলসন মন্দেলা মরম মরিদা মরাল লৈবা মীশক অমা ওইনা ফংলে; লোইননা ৱালটর সিসুলুসু মরম মরিদা মরাল লৈবা মীশক অমা ওইনা ফংলে ...... "

লৌরিবা ৱারেপ অসিগী মতুংইন্না করম্বা মখলগী দণ্ডি পীগদগে হায়বদুদি মথং মুমিত্তা লাওথোক্কনি হায়না খঙহল্লগা কোর্ট ফম্বদু য়ৈথোকখি। মমা অমসুং মাগী মুপীদা খুৎ হাইরদুনা পুক্নিং মুংঙাই-তবা তৌদননা ঈঙ্গিৎ পীরম্লগা পুলিসকী গাড়িদা কাখৎখি। খুৎলাই পায়বা পুলিস কনভোয় অমগা লোয়ননা মন্দেলা অমসুং মাগী মরুপশিং পুলিসকী ভান অমদা পুখি। লম্বীদা মীয়াম অমনা লাও-খোংদুনা লুচিংবশিং অদুবু পুক্নিং থৌগৎখি অমসুং মখোয়গীদমক চাওথোকচবা উৎখি। গাড়ি মনুংদগী য়োৎকী বার ফাওদোক্তুনা খুৎ থিন্দোক্লগা মীয়ামবু ইকাই খুম্নবা উৎপগী সলাম

পীথি। মরৈবাক মজাতিগীদমক্তা পুন্সি কখোক্রবা বন্দিশিংনা মীয়ামদা অলবর্টিনা সিসুলুনা লুচিংলগা মীয়ামনা জাতিগী ঈশৈ 'Nkosi Sikelel i Africa শকখি।

জুন ১২ দা লম্বী খুদিং পুলিসনা মী চৎথোক-চৎশিন য়াদনবা থিংখ্রে। মাইল নিফুগী শাংলবা লম্বী রুইটব্রাটরসরান্দ অমসুং প্রেটোরিয়াগী মরক্তা খুৎলাই পাইবা লাম্মী চাইথোক্লগা থমখ্রে। পেলেস ওফ জষ্টিসকী মপান্দা তুমিন তুমিন লেপ্লুনা মখোয়গী থৌনা ফবশিংত্থু ঙাইহল্লুনা লৈরি। মুর্পী ময়ায়া "ঐখোয় লুচিং-বশিংগীদমক চাওথোকচরি, ঐখোয় কপকন্নুসি, ঐখোয়গী তুংগী পুন্সি আশা লৈরি, ইরং লংলি," হায়না ইবা বেন্নর ময়াম পায়হুনা ঙাইখি।

কোর্ট মন্নুংদা লৈরিবা মন্দেলা অমসুং অতৈ এক্কিউজ্ড্শিং পুক্লিংদা অৱাবা ৱাথল লৈবগী শকফম উংখিদে। জজ্‌না পীগদবা দণ্ডগী মওং লাওথোবকখি— "এক্কিউজ্ডশিং অসি মখোয়না তৌখিবা মবাল-গীদমক দণ্ড ফংফম থোক্লবনি ··· ··· মপুং ওইনা য়েংবদা মখোয়না লংজখিবা মরাল অসি য়াম্না ৱাংবা থাক্কী দণ্ড পীবা য়াবা, সরকারদা ইকাই খুম্নবা উত্তবা অমসুং সবকাববু শীওনখিবা মরমগীনি। ষ্টেটনা মখোয়গী ক্রাইম অত্থু অসিগুম্বা মওংগী থাক্তা চার্জ তৌদনবা লেপ্লরে। অসিগুম্বা ৱাথল অসি য়াম্না অৱাংবা থাক্তা কুপ্পা থম্লরে, অমসুং ঐনা লেপখ্রে মত্থুদি মখোয়দা অয়োৌবী দণ্ড অত্থু পীররোই। ঐনা তৌরিবা ইথৌ অসিগা চানন। মখোয়বু ঐনা চানবীবা উৎপা ঙম্বসি মত্থখক্তনি। মবম অসিনা এক্কিউজ খুদিংমক্তা ফংগদবা দণ্ডসি পুন্সি চুপ্পা জেলদা লৈবা (লাইফ ইমপ্রিজনমেণ্ট) হায়বসিনা ওইরগনি।"

লাওথোকপা অসি তাবদা মীয়াম্না শ্বর শাংনা হোন্দোক্তুনা অৱা পোত্থানৈ। শীবগী দন্তি পীররোই খঙবদগী ডোক্তা লৈরিবা বন্দিশিংত্থু মীয়াম ফম্লিবা গেল্লরিদা ওনশিন্দুনা মোমোন নোকচৈ। মন্দেলানা খুবী থাঙ্গৎপা আফ্রিকাগী সলাম অৱোইবা ওইনা সেল কুমথদ্রিবৈদো মীয়ামদা পীরম্মী।

লম্বীদা ৱুইন্নী মচানুপী অনি জেনী জিনজী ( চহি ৫ অমসুং ৪ শুরবী ) গা লোয়নবা মপুৱোইববু অৱোইবা ওইনা অমুক্তং য়েং- জহৌনবা মীয়াম মরক্তা চেনশিল্লকখি। বন্দিশিংত্থু পুলিস গাড়িনা পুখিবগা লোয়ননা মীয়াম্না স্লোগান লাওখি— আমন্দলা! ঙুৱেতু আমন্দলা! ঙুৱেতু!

ৱুইন্নী মীয়ামদা এ, এন, সি, গী সলাম পীরম্লগা কায়নরকখি। মশাগী কারদা কাখৎতুনা ওৱলেন্দোদা লৈবা য়ুম তানা থোৱকখি। য়ুম হেক য়োবগা মচাশিং ফমুংদা মফম চানা শেম-শারগা পোত্থাহনখি। খঙহৌদে, ফুইনা হৌরকপা নোংগুম, মিৎলু পিরাং ঈহৌরকখি, থম্মোয় শোক্লা কপখি।

—




লোইরবা